# কংলয় লমথোন

## (মোইরাং কংলয়রোল্)





.পা/ফোঙ্‌দোকপা

নোদিয়া ঙাংঙোইমচা

# কংলয় লমথোন

(শেইরাং কংলয়রোল)

অহানবা থুংনম ঃ- খৃঃ ২০০৪



কোপী মশীং ঃ- ১০০

লাইরিক অসিগী হক পূম্নমক
ইথোকপা অমসুং অফোঙবগীনি।

মমল লুপা ২৬০/- ( লাইব্রেরী এডিসন )



গোভর্নমেণ্ট ওফ মনিপুর

# "রাহৈ খর"

ঙাংঙোইচা নোদিয়গী "কংলয় লমথোন" না অরিবা মোইরাং লৈবাক্কী লম্মিং-তূম্মিং মশক তাকপদা নত্তুনা মোইবাং কংলৈরোলবুস্ন লৈশি লৈথোন হাপতুনা শৈথারি। "কংলয় লমথোন" মৈত্রবাক্কী মমল নাইদ্রবা লন ওইহৌরনি ; ইতিহাস অমসুং সহিত্যগী তৎন-থান' য়াদ্রবা শরুক অমস্ন ওইরগনি। হেন্না নুংঙাইরিবদি, থোইদোক্না লাইরিক অসিনা হীরমসিদা পীরিবা ঈনোৎ অত্তুনি।

পুখ্রেম শরৎচন্দ্র
আইঃ এঃ এসঃ
গোভর্নমেণ্ট ওফ মনিপুর
অগষ্ট ৩০, ২০০৪

# ৱাম্নাঙ য়ানবা

শ্রী ঙাঙোইচা নোদিয়া, মনিপুর ইতিহাস অমসুং সভ্যতাগী মরু ওইবা শরুক অমা ওইরিবা মোইরাংগী ইতিহাস, সংস্কৃতি, লোক সহিত্য অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা মমুৎ তানা থঙলবা স্কোলার অমনি। মহাক্না ইবা ৱারেং কয়া মোইরাংদা ফোঙবা "য়াগৈরেল" দা ফোঙলকখিবশিং ঐহাকসু পাবগী তানজা ফংজখি অমসুং ঐহাক্না ইবা ইতিহাসশিংদা শিজিন্নখি। হন্দক ওঝা নোদিয়ানা ফোঙলিবা "কংলয় লমথোন" অসিদা ৱাফম থরা ফোঙদোকপীয়ু হায়না নিংশিং বিরকপগীদমক ঐহাক্না ওঝাবূ থাগৎচরি অদুবু ঐহাক্তি হিষ্টোরিকেল জিওগ্রাফিদা থঙবা মীওইদি নৎচদে।

'কংলয় লমথোন' হায়বা লাইরিক অসি মৈতৈ ময়েক্তা, মৈতৈ চেদা থুৎনা ইরম্বা লাইরিক্তগী মনিপুরী (বঙ্গালি) ময়েক্তা ইথোক্লগা ফোঙবনি। লাইরিক অসি মোইরাংগী মমিং লৈরবা মায়চৌ, লৈথিদ্রবা পণ্ডিৎ মাইত্রম ৺ইবোতোম্বী সিংহদগী ওঝা ঙাংঙোইনা ফংখিবনি। থুৎই লাইরিক অসিদা কনানা ইরম্বনো নত্তগা অইবগী মমিং পল্লমদে, অইবগী মিং য়াওদবসি মনিপুরগী অরিবা পুয়াশিংগী চৎনবী ওইনা তোই অদুবু মোইরাংগী নিংথৌগী লোয়শঙদা থমলম্বনি হায়। ওঝা নোদিয়াগী মোত মতুং ইন্না লাইরিক অসি মোইরাংনা নিং-থা তম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈরিঙৈ হায়বদি ১৪/১৫ শুবা শতাব্দিগী অদুরাইদা ইরম্বা ওইগনি হায়।

'কংলয় লমথোন', মমিং অসিনা তাকপগুম, কংলয় (মোইরাং) লৈবাক্কী লম চীঙ, পাৎ, তুরেল অমসুং থুলশিংগী মমিং করম্না থোনখি হায়বদু তাকপা লাইরিকনি। লাইরিক

অসিনা মোইরাংবু "কেকে কংলয়" হায়না মশক তাকই, মোইরাং কংলা য়াম্না তোয়না পন্নবা মিংনি, কংলা নম্রগা কংলৈ হায়রগা মৈতৈশিংগী কংলাদবু খণ্ডনবসি খর চাওথোক্না য়েংবা অমসুং নৈনবা দরকার ওই।

কংলয় লমথোনগী মতুং ইন্না মোইরাংগী ঙমথৈদি মথারগদা লাল্লুবা তুরেল, চুরাচান্দপুর। অরাংদা লম্মাংদোং হৌজিক্কী বিষ্ণুপুর। নোংপোক্তা তুরেল অচৌবা, মনিপুর রিভর। নোংচুপ্তা থাংজীং চীঙশাংনা থায়নদগী লৈরম্বা মোইরাং লৈবাক্কী ঙমথৈনি হায়না তাক্লি। লাইরিক অসিদা, করয়া থংাজীং, মোইরাং লৈকাই নিপান, লোক্তাক, থাঙ্গ, থোর্দাক মরিল, কৈবুল, চীংনুংশোয় ইথায় খেবুং (থোইবীনা তুমু লোই কুম্বদা রা য়ুংখিবা মফম) অসিনচিংবগী মিং থোনখিবগী রারীশিং পল্লি। শয়া হায়রবদা লাইরিকশি থায়নগী ইতিহাসকা মরী নৈনবা ভূগোলগী লাইরিকনি হায়বা য়াই। মতাংসিদা ইংলন্দগী অফাওবা অইবা রিচার্দ হেকল্যুটনা হায়রম্বা নিংশিংলকই; মহাক্না হায়, "ক্রোনোলোজি (মতম তাকপা) অমসুং ভূগোল হায়বশি, ইতিহাশকিদি নুমিৎ-থানি, য়েং ওইগী মিৎনি"।

হৌখিবা চহী কূনযুকসিদা মোইরাংগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা নৈনবা অথও অহৈশিং য়াম্না থোরক্লে লোয়ননা লাইরিকসু য়াম্না পুথোরক্লে, মথোয়গী মনুংদা ওঝা নোদিয়াসু মরুওইবা অমনি। মহাক্কী কংলয় লমথোনসু মরুওইবা লাইরিকনি। মোইরাং ইতিহাসকি মরু ওইবা মচাক অমা ওইরগনি।

প্রোফেসার গাংমুমৈ কামৈ
মেজর খুল, ইম্ফাল
তাং ৮/৮/২০০৪

# অফোঙ্‌বগী ৱারোল

'কংলয় লমথোন' হায়বা লাইরীক অসি, লূৱাং শলাইগী লীক্লাপিচা নোংতম্লুনা পোকপা খোইদোম্ অমসুং মান্দোম মচীন মনাওনা কেকে মোইরাং লৈবাক্কি কংলয়বোল, ইতিহাশকি থৌদোক্ ৱারীশিংবু কোয়না চৎলগা শৈশক শৈথাদুনা তীনফম লাইফম, লম্মীৎ তুমিৎকি তাকপগা লোয়ননা লমগী মমিং থোল্লম্বগী ৱারোল ইবা লাইরীক্নি। কেকে অমাই লাইমৈবশিংনা থম্বীরম্বা লাইরীক অসি থায়নগী খূৎই লাইরীক্তুগী বাঙ্গালি ময়েক্তা ইথোক্লগা ফোঙ্‌দোক্লুবগীদমক, নোঙ্গাখ্রবা ঈপা গুরু মাইব্রম ইবোতোম্বী সিংহনা খৃঃ ১৯৭৫ মেগী তারিক্ ৭ তা কেকে কংলা উত্রাদা পীবিরম্বা শিন্থা অমদগী, ঐহাক্না ইথোক্তুনা ফোঙ্‌নবা হোৎনজরক্পনি। পাঙ্‌দ্রবা মচা ঐহাক্না লাইরীক অসি ফোঙ্‌দোকপা ঙমদবদগী চহী মতম শাংনা নীংবা কায়না লৈরক্পশি উবীরদুনা, গুরুদেবনা থৌজানবীরকপদগী, National Archives of India, New Delhi না শেলগী তেঙবাং পীবিরক্তুনা লাইরীক অসি ফোঙ্‌জরগা গুরুগী শিন্থা পাঙ্‌থোকপা ঙমজবনি। লাইরীক অসিগী ৱাহৈ-ৱাতা, বনান্নচিংবা পূম্নমক মহৌশাগী শক্তম কায়হন্দনা ইথোকচবনি অদুবু মীওইপোক্কি হৌনশা অশোয়-অঙাম অরাল-অহুই কয়া য়াওরল্লবসু ঙাকপিনবগীদমক গুরুদেববু খুরুমজবগা লোয়ননা অখঙ-অহৈ ওজাশিং পুম্নমকপুসু খুরুমজরি।



লাইরীক অসি ফোঙ্‌নবা হোৎনবদা, Manipur State Archives, Govt of Manipur না ঐহাকপু লমজিং লম্‌তাকপিখিবা অমদি ছাপা নম্বগী থৌদাং লৌবিখিবা থাংজীঙ প্রেস, মোইরাংগী Proprietor অমসুং Staff মেম্বরশিং পূম্নমক্কি শিংঙম্লরোইদবা লমন্ তোনশিঞ্জরবনি।

নোদিয়া ঙাংঙোইমচা
মোইবাং।

# কংলয় লমথোন

হয়া হে। হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ। কেকে থংচীঙ কোয়রেল নিংথৌ। মোইরাং কসারেল। থোংলেন য়াংলউ লয়পাক মাবা। নুঙনী শিতপা খুনেৎনা। নুঙনাং নাতপা খুথানপা। সনথোঙ তানথোঙ মপু নিংথৌ। সনলম কামপা মহারাপা য়াইপী পনলোই তানপা। খোইয়ম লীথীক কোনতি কোনমা থাপা। চীঙঙু লিরেল কোলস্থ কোনমাতৈপা। কাকলেন মরান কোনসিপা। ঙান্থু খুন্থু কোনলোইপা। য়াউরউ সাতুং কাংক্রক সারউ হৈপূ কোনমা তৈনা কোন সেমপা। পামেল র‍্থমপালপু নমঙানপা লাইয়িংথৌ। চীঙঙু নঙপু চাউপাস্থ কোয়রেল নিংথৌ। খোইয়ম শাংপাস্থ কোয়রেল নিংথৌ। থংপাস্থ কোয়রেল নিংথৌ কোয়রেল অহুম থক্তা মিংনপা। লোইতাম শাচীফু থা কোরউ নুমিৎ লংমাইচীঙতা। খেরে পুঙকোয় থোংপু লেপনা পাল। অয়িম কেকে মোইরাংনা মেনলৈপুতি লৈশনা কৌএ। মেনলৈ

লৈশনা কাতামপা লৈতুনা। পামেল সায়ি থেমচা থকতা মুপা থৃম্মু ঙাংতম হুনলকলপাতা। থোইয়ম ব্রনপী পূক্লিঙ লয়না নীঙনা। পামপা কৈয়াঙ তোং। মোইকাই য়েনথা সাপতি। সনা চোঙলেন থান। চপথাঙ য়াউরোঙ ফান। লৈসং লৈঙৌ থা উব্রোননা। কাঙহৈ মিতম মরেং হুম। মোইরাং ঙাংথ ময়ায় থায়না থুনতা নিংথোপা। থোংলেন তিংপী থক্তা সারানপা। সারান নিংথোপা। থুৎসু থোংপাল ব্রায়না। চরই কোনথা ফি ফুরীৎ সাচোনপাপু লীৎনা। লয়পাক পাফন্নপা লাইয়িংথৌ। নশানৌ তমফা লাইরয়মা। হাওরই থা-থংপতা ব্রাঙনপী। য়ীরীক কোমপাল নিংথৌ চাস্থ। তূরেল লাইচ য়ীরাই থনপী। থোংচঙ লয়মায় হনপী। ঙাংথ লম্মীং চুগপী। পোইতিং নুরা-হাপু কোনলোয় শিন-পালনা। য়ারা লাংহৈ শিনলহননা। অয়াং লমকা হউপী। মালেম সেকনীং লয়থৈকি লয়পাক থুংশাপী। হাউশম সেকনীং মানপা। লয়পাক হিংকাই নমপাতা তীনথোং লাই-শ্রাপীকুম মতোম য়াহীপপী। লুপা কিয়াংলৈ হুইমায়ুপানা থাঙশেৎনা। সনা কৈচংলৈ ব্রায়মায়ুপানা ঙইথোয়পীকা। থুথা চংপী লয়তানপোক অরেঙ কাইপা লেংকাইপা। লেংনা কৌপা ব্রমৈরম। লাইতোংপানা সনচীংলম। থুথাপানা লাইহোইরমতাকি লমকা হউরকপী নেংপাল লাইয়া লয়মা লাইসনা থানপী। কাঙকু লয়হউপোকপীতা থাংময় মাপল থানপী। পানত্রা ময়মাঙ কমপী। পাশোং লমলোয় তানপীকা। চীঙঙু নতই ননাউ অহুয়ানা মোয়ু শুনা থাংতীন লংকুয়া সুঙচীন্নবা থৌথাপা। পামেল কেকরূ মরূকুম থাঙব্রে নপা।

কুমচীঙ কোরীকা ফাপা লাইয়িংথো। কেকে লয় তরেৎ নকাইফম য়াংপা নারই খঙতা। পাঙল থান্নক মেনতং লৈপু তানা খনপা লাইয়িংথো। নাতাইরেম মোইরাং অমাইপাকি নোংকা শাচীকফম। ম লং নোংশিং নানউ থোঙতা নতোম ফমফমপা লাইয়িংথো। থোইয়ম সনা নখোঙ থাকি লমকা হউনা লহান নোং পমেল মমালীকন্না পিচা নোংতমনু। পায়া সনা লিনকোইক। নোংপান থোইতোম অহনপা। লৃরাং মানতোম অতোনপা অনিমানা কংলয় লমথোন শেপু শৈশেহৌরবএ।

নরম কংলয় নতাইমদি খাংখা লুতুম পাংতুম মতুম মতুম তুমহমএ। লংমাই কমপুংতম মাপুং মাপুং হউঙমএ। পাবি নেংপাল মরিমারো কংলয় নখোয়না লমথোন শক্কং-লকপা অসিপু। খোয়নউ য়িতা মংউ মরইমাপিকি সমু মথুংফাংনা রোনখিশিং। তাউমন য়েৎ রোই কোনফাপা। ঙাইবোং শিংমিৎ নমকাপা অসিনা। পারীরো চীঙখোঙ নমি য়োক্রখো। লৃরাঙ নসাল কন্নখো। শিংলেন অসিপু লাহন নোং। মাতু নিংথো লৃরাং তপতি তপতাইপাপু। খমনীং খোকলা রা-মা হায়। খমগাঙ খোকলা পাউমা হয়না। শিরশনো য়াইনপাপু স লউ নতনাবাব তুম হাঙেঙ হারেঙ শীংনরকপা শিংনে। সংলউ অলঙনা চীংখোঙ নমি য়োক্রা লৃরাঙ নসাল খলনখিপাপু। হউরেল খোইয়ম লাইয়ি খোনা পাউহংঙমলপাতি। খোয়নউ য়িতা মহউ মরইমাপিনা পীরকএ হায়না পাউথুমলুরো।

নোংপাল সানা মচিন মনাউ মরিমানা। কংলয় লমথোন শককৎথিপাপু। ঙাংখ পেংপাই সোয় লায়সোয় সোয়রেল অচনপাতাকি তৌনা শক্কংলকএ। খোইয়ম লাই-হিংথৌ সমুমাহৎশাংতি খেংলাং লেপলু কউসৌ সরা লপুসারোনল ময়ইয়াইরংচালনা। লেম্লৈ তামি কোএ হায়তপরা। লেনলয় হকচৎনা রানচেং হাচঙনরপাকি। কোরউ নুমিতাংকি তনা চামল থাংাপু। লুনিং তোংনীং সংকুম্লে হয়পকিপু। ঙাংখ পেংপাই সোয়। লাইসোয় সোয়রেল অচনপারা তৌনা কোএ হায়তপারা।

নরম কংলয় মতাইমতি ঙাংখ নাউতু খোংনাউরা খোংলেন য়াইনে। ঙাংখ কংলয় মতাইমতি খুয়েল ময়-রোঙরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনা। লাইহন নোং খোইয়ম লাইয়িংথৌনা কংলয় লমথোন শকপাপু। খোই-মোম পায়মা মপূকনুংপু। লোচনা ফাইনা থনলংএ হায়পা-কিপু। খুয়েল ময়রোঙরো তৌনা কোএ। খুয়েল ময়রোঙ থোনমরক্তি। কংলয় নভাক অরুপাপু নভাইরেম ভয়ম য়িরাকমনা তেংথা ঙম্লোইএ। খোইয়ম নপা য়েনা। চাঁঙচু নতম থননা। রাক্লা মানমি খুংতপ্লা। মুকমু লৈতোন কোন্না পুরুমচবমকে।

নরম লমলেন মতাইমতি। থাপী থানফম অমাই লাইহৌপীরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো। থাপী লুকোক চনুকা। খোইয়ম লংপা য়াইহৈপাকা অনিমানা য়াই য়েংনপাতা। লংপা য়াইহৈপানা থাপী লুকোক চনুপু

য়াইনরপাকিতমকনা। থাপী লুকোক চন্নুতি অমন খমলয় কমলে। মপালি তোংমু তাংমালেংপা অনিমানা। য়িপল পলেম য়িমনা। থিংলউ চাউপা য়াম্বীপ্না। লাইরেল শাংপা য়াতানপা অসিপু করিনো। থাপী শিপা নোংতমতা। অমাই নাপা নোংথাইতপীনে। য়িপল পলেম য়িমাপু। চীঙঙু মতীক্না থোইমোম মমান্নপা করমপানা য়াইনপানো। য়িপল পলেম য়িমাকিতমকপু। থোংনাং ময়াং মায়তেকপা ফানা লুক। কপো তাইপোং লৌথীপা মননলুক। থঙম্নি কয়কা লুক। লাংপল অরোন লুক্কুমপাপু লনশিং তনকে। হায়না থাঙলেন মখুংশ্নপু। থৌতু নুঙমায় সিং। লাইচ থীকফেন চাইনা থৌনাকে হায়না পাউমেনপাপু। থোইমোম লংপা অপানপানা পাউমেনলকএ। পালি অনিমারো নপল পলেম নমা অসিপু থাপী শিশিন্না অমাই নাশিন্নপীনে হায়পাপু মপালি তোংমু তাংমালেংপা অনিমানা য়াইপী মনুং হউ। তিনলাং মথে য় শাউনা রারোই হিংএ য়িপল পলেম য়িমাতি। অরাং কোরউ নুংিতাংকি মথেপু। থানফম কূ কক্লে সূমায় কাইশারে। য়িপল হাউশি মামংলেনতা। রাংলেন থুংশা-পানা কোরী থরাউ চীক্না। থাফম লাইফম রুলি হোঙকে হায়না। রাংলেন পুঙহউপা তরেং লেনখীঙপাপু। থোমলেন মিংকপ থোকপিতরে কোলেয় শোরিপা য়থং মীনমপাপু করিকি পাউমেন্নপানো হায়রকপাপু নাতারপাকি। অতুনি-কিতি পালি অনিমারো। নপল পলেম নমাকিতমকপু। য়াইপী নানুং হউহিকানো। মোংপা লুথুম ফানচাউ থীন্না হো-হা লাউনা য়াহউথোকরো। পলেম থোমলেন মিংকপ

থোক্লকপ তরা য়েংখিরো। হায়না পাউতাক্লপাতা। খোইয়ম লংপা মংয়াইমাপু হাংথোকপাতি খাহন্তনা পাউতাকপাপু নাতারপাকি। তোংমু তাংমলেংপা অনিমানা। মপলকি মোংপা লুথুম ফানচাউ থীন্না হো হা লাউনা য়াহউথোকপাপু। মপল পলেম মমা অমন থমলয় কূনখিরাপাপু। য়াইথোঙ শিয়াইনুংকি। তাইপঙ মালং কারক্লে হায়পাকিপু থাপী থানফম অমাই লাইংউপীরো তৌনা কোঅ।

নাউশং পূঙরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনা হায়-রপাতি। তাইপঙ নমু পোং রোইপাকি তনকপু। লরায় য়ু পূঙ কোয় য়ুনারেক চুমপা মাইশাংপানা। চানা লাংথোং নাউশং পাংনা চাশং তন্নমঅ হায়পাকি। চিপা নাউশং পুঙ রুচি নাউনৌ পূঙরো কৌপাপু। কেক তাপু থিপা মোইরাং শৈমন তানপানা নাউশঙ পুংরো রোনলমঅ।

নরম কংলয় মতাইমাতি। খুয়োন তেপী তেশা-রা। য়েনপা পাতম খুরোরা। খোইয়ম লংপা মায়পোমপা। হাওথা চারানপা লয়তাঙ হি রূপলপাপু লোইমোম ফৌপুম-মাতাপু মাঙতপা। য়াইপু য়াইহৈপাকা। থাপী লুকোক চন্নূকা তেনা নৌনা পুংনে। কংলয় লয়ামুং তরুপা নঙপু খোইয়ম য়াইথঙ নশানম। তপতা সনা নঙইথোং। পাথাঙ য়ৌরৈ মেলনা শারোনপাপু রাকনা তেংথা ঙমলোইঅ সনা কোনকা হুন। লুপা য়াইকা চল। চীঙঙূ নতম থল খোই-য়ম নপা য়েংনা পুরুমচরমকে।

## কংলয় লমথোন

নরম কংলয় মতায়মতি খুনলউ অচনপানে। লুরাং লোয়নাই নহা য়াউস্ তানপানা। য়ারউ সাপান লোক। চাকমোম ঙমথাই তানলকপাতা। লাংকোই সায়ঙ থক্কী তিমেন মাতাচাপু। থুৎপাক তিনলাই মেন্না য়ারউ তুংয়িল-ননা হুনচিল্লকপাতা। য়ারউ রুনপী চফম লেংনা চয়পিরে। সারেল য়ারউ সাশুং মনা লোংঙমএ হায়পকিপু নারোঙরো তৌনা কৌএ চানা নাপূং লয়না থানা করুমএ হায়পকিপু নমপূংরো তৌনা কৌএ। য়ারউ তাঙচ মরু.তানকা। তিমেন মথুৎশূকা মালেম লয়মায় থক্তকি থুনতনা লউরমএ হায়পাকি থুনলউরো তৌনা কৌএ। থোইয়ম লাইয়িংথৌ চীঙঙ্ লাকলেন পুম্নাপা। কূম তরুক য়িরীপা রাউ তরুক য়িথাপানা থা তরুক কুমথাইফম। রাউ তরুক য়িথাফমনে।

নরম কংলয় মাতায়মাতি। ঙাংখ হয়চাং লউ কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো। লহান নোং কেকে কায়াপানা। ঙাং-ঙোই কৌপা মপু নিংথৌপু পাউথেমলুঙইতা। ঙাংঙোই কৌপা মপূ নিংথৌনা। ফাইপী তেলা থ ঙতূপ পোকতকি। মরোয় হাওপাপু থৌশীথরকএ। কেকে চাউপা পুঙপু। লয়রক মইরোমপা হলনা ঙমতে। থোংপাল লাইভিংকোক লুপাকপাপু তেমনতপা মতাকলা। মিংয়েং সানথৈরঙইতা থোয়ম হামেং মানপা সিলনমপা চীঙঙ্ হয়চাঙ মানপা নুনমপাপু লৈঙমএ হায়পাকি ঙাংখ হয়চাঙ লউরো তৌনা কৌএ। নরম লম্লেন মতায়মতি রুয়ুঙ লমফম অচনপাপু তানা থনপা লাইয়িংথৌ। থোইমোম মিংপু কুপফতা। চীঙঙ্ য়াপু

কাফতপা লাইয়িংথৌরো। তাংচ মরইতোন্না ঙাংলপাসুং লই নামুং। চেংলউ মিংনা য়েংলপসুং মিংনামুং অথৈপারো। চীঙঙু নঙপু অথি থিপীকনো। থোইয়ম নঙপু অরাই লাংপীকনো। কাওরেল সনথৌ লাপা মিংয়েংনা। মিংয়েং থলয়েংনপিকনা। চীঙঙসু নতোম লইচহনলমকে। তয়ম য়িরাকমাতি নোংপাল হৈনা মতুং য়িলনা কংলয় লমথোনলুখিকে।

নরম কংলয় মতায়মতি। ঙাংথ চাঙান লউরা কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। নোংপাল থোইতোম অহনপা। লুরাং মানতোম অতোনপা অনিমানা। তরা মথোয়কি চানিঙথাকপু। চাইরেন চকপা হউরা ঙানতোন কোকতা। ঙালনা চারমএ হায়পাকিপু ঙাংথ চাঙান লউরা তোনা কৌএ চীঙঙু থোংনাং লাংপুম অরিপা মথুফম। থোফু নোংলাউফমপু। চীঙঙু নতম থল থোইয়ম নপা য়েংনা। য়িরাকমনা মানপী খুৎতপ্পা মুকমু লৈতোন কোন্না পুরুমচরমকো। তয়ম য়িরাকমতি য়িমায় হাউরই নোংপোক পাংনা কংলয় তেংথা শৈপু শন্নককে।

নরম কংলয় মতায়মতি ঙাংথ র'কো ফমরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। কেকে থংচীঙ কোয়রেল নিংথৌ। মোইবাং কশারেল থোংলেন য়াংলউ লয়পাক মাপা লাইয়িংথৌনা। হে য়িতাইরেম থোংনাং লাংপুম অরিপা নঙতি ঙাংথ লমচাউ ঙাকরো হায়না ঙাকহনপাপু। থোইয়ম কুরু শিতপাকি মপারি। চীঙঙু কিরি কিরা

অমিমানা। মপল কুরু শিতপাকি মারা মথোঙখুনপু থিরক-পাতা থিখঙতরপাকি। কনচাউ মইরা থোক্লা ব্লারৌথিএ। কোললি থামপী মইতুম থারকে হায়না। মায়কই অব্লাং পাংপালমতাকি থামপী মইতুম থাথোক্লে। থোংনা লাউনা চাকথিরে হায়পাকিপু। ঙাংখ য়িরাউ মইব্রো তৌনা কৌএ। কোললি থামপী মই চাকশিনলকলে হায়পাপু থোইয়ম লাই-য়িংথৌনা নাতারপাকি। য়িতাইরেম থোংনাং লাংপূম অরিপা য়াঙপী লুরোই কেনকপাবা কেনতপা। শব্লা লাংলেন পাফন নীকতপা নঙনা। ঙাংখ লমচাউ ঙাকপাপু থামপী মইনিল সুহনকনো। চাকগোম মইনিল তাহনকনো হায়না পাউমেনপাপু। চঁঙঙ য়েক্লপা থোইয়ম হমপনপানা। থোইয়ম লাইয়িংথৌ চীঙঙ সনা মথোঙথাতা। নতাইরেম থোংনাং লাংপূম অরিপানা ঙাংখ লমচাউ ঙাকপপু। চাক-মোম মইশা লাংপাপু লাংঙমতে। থামপী মইনিল তাপাপু তাঙমতে। হায়না পাউমেনলপাকি। অতুন্নিকিতি থামপী মইনিল সুহনকনো হায়পাপু থামপী মইনিল সুহনলে। মঙকতা তেৎনউ য়োৎহ্লিং চনশিনলো। মথোঙতা য়োহ্লিং ফোন-লাং চনশিনলো। হায়না তেৎনউ য়োৎহ্লিং চনলপাকি। তেৎনউ য়োৎপোক থেকপাতা হয়িং পেংলোই থীথোংপানা মঙক হনকা চঙপানা। মালেম লয়তা তাথিপাপু তিলহন তিনফা মানপাপু সাব্লোনলে। লাইচ য়িতা তাথিপানা চেক্লা ব্রুফোং তউকাপিপু সারোনহিএ। মফুৎ মফুৎ শাইতৎলে হায়পকিপু ঙাংখ য়িফুৎ কোমব্রো তৌনা কৌএ। লাইচ য়িতা কূম্মা শেংলমএ লইশেংপাৎব্রো তৌনা কৌএ।

ঙাংখ য়িপু য়িপেনফমরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো। লাহন নোং রানচেং পেপুপা থোইয়ম লাইচ য়িথাপানা। কোরউ নোংনাংপালকি লাইচ য়িপু থারকএ। পৈরপাপু পেনলপা কোএ। অতু নোংকিপু ঙাংখ য়িপু য়িপেনফমরো তৌনা কোএ।

অমাই শিরোনথারো কৌপতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। ময়াংচম নুংথউ খোক্লাং তাইপানা। খেরে চাচনঙমপতা। তুপি মালেম লয়নীনথৎলকপাপু খোক্লাং মতাচনা চয়পিরে। তুপি নীঙনা তেপা হলরাইখিএ। হায়পকিপু নুংথউ লইহনায়রো তৌনা কোএ। হয়েং লাইরেন য়িনোং ঙানলপাতা। খোক্লাং মতাচাপু তাউথোকংমএ। খোকমই তাউরো তৌনা কোএ। লেমলই ঙানা তৌপা কুম মোংনা চানা লৈঙমএ হায়পকিপু থমমোং তাকরো তৌনা কোএ। শিরমএ হায়পাকিপু অমাই শিরোনথা। তুপি শিফতা লাইরেন নাফতপানিকনা। অমরক নীংনা তেনা হিংখিএ। তরু তরু চঙখিরে লউথা তরুখোংরো খোলনএ।

নরম লমলেন মতাইমা ঙাংখ চীঙনুংশোয়রো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো। লহন নোং চীঙঙু মালেম লয়শেমপা তরামানা অহিং য়িনুং শোইয়াইমতা। চীঙলেন ঙমকা হউনা চীঙশেমপাপু। চীঙলেন ঙমশা লোইতনা। য়িনুং কৌপা শোয়পনা হানলে। হায়পকিপু থাংখ চীঙনুংশোয় রো তৌনা কোএ।

## কংলয় লমথোন

নরম লমলেন মতাইমাতি থুয়োন কাকলেন নোংতম শুচা অথোপা ময়ুমফমপু নাতৈননা। তোকতা লাইতা মেনপা নরায়তা। মুচীঙ চাঁঙলাংচাল। থোইমা মুতু চাঁঙলাংমইপূ ঙমলোন ঙমথংননা। ঙাংথ য়াংলউ লমতাংশাংপু তেংথাকে লাহনেনোং কেকে খূন-নিংথৌ। হেপু সনা লাখ্বানা হাওশি ঙমকা চিং। তোকলেন য়াফাকপা মালেম লয়তউ য়োং। নথোক সনা পূয়া লুপপাপু। শমু খুৎতা পায় মালেম লকম লউ। তোকমু লয়তঙ ফেন। তেংপাক মরোল হুনা। কেকে লয়মা তরেৎমা মোইরাং লয়মা নিপালমা। শামন লয়মা নমোইনু। মোনফ লয়মা মইতৈনু। শাচুঙ ঙমপী হুএল লেংকা তাংফাপী। ঙাংথ লয়মা হুএল চারিংপা কাপী। নোংচুপ লয়মা ব্রূরা কোঙয়ামপী। খউরেল নিংথৌলোকপম চনু লোকলউ লুমায় তেক শাফপী। য়াওশু লয়মা মোনতাং মোরাপা ঙমপী। মোইরাং লয়মা শিনপু ফাপী। কেকে লয়নরোয় তরেৎমা। মোইরাং লয়মা নিপালমানা সনা সেনকি থাংচেংপাতা মালেম লয়কা হাপ ফৈচা নুথোং পুনা য়াংলউ লমথোন লম। মোইরাং য়াংলউ লমতাংপু য়িলনা। নোংপাল থোইতোম অহনপা লুরাং মানতোম অনিমানা কংলয় লমথোন মশকচিনলকএ। চাঁঙ.থাঙ কোয়পা নাউনা মকোয়শিনলকএ। লুরাং লোয়নাই নহা য়াওশু তানপানা লাংকোই শাকোল তোংনা মতানথৎলকএ।

নরম লয়েন মতায়মা ব্রাংলই ম্রুমপীরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লহন নোং লুরাং লোয়নাই

নহা য়াওশু তানপানা ব্রাংলই মাকি য়ুনিঙথাকপু থামপী মইতা লুম্না থক্লমএ। অতু নোংকিপু ব্রাংলই য়ুরুমপীরো তৌনা কৌএ।

তাউমু ব্রাপান পোইয়ারো কৌপতি কৈতৌনোং কিনো হায়রপাতি। লাহন নোং চীঙঙু থোংনাং অরিপানা। ঙাংখ লমচাউ ঙাকঙইতা। থামপী মইশা লাংঙমতা। চাকমোম মইনিল তাঙগতপাকি। মমায় মমিং য়ুনা কানা থঙলমএ হায়পকিপু তাউমু ব্রাপান পোইয়ারো তৌনা কৌএ।

নরম লয়েন মতায়মা কক্লা শমকি লমতাইথেংতা পানপা ব্রা। কেকে মোইরাং নিংথৌ অনান ঙমপা। অকুমপতা থুনকঙ নিপাল নেং। অকাপতা থুনকঙ মঙা চায়পা অমে থাঙশাপপু কায়না ভুনপানা। মপারী শাংতা মমোম ফুইতা ব্রাকি তমক্লা। ময়ু থোইয়ম থংচীঙ লাইপু কোরউ লনশাচরমএ। মসেম তোংতোই পূঙতা পানপা ব্রাপু কোঙয়াং ব্রাপাল ফূক্লা। কেকে খুনচা পূম্না হুপ মোইরাং নাইচা পুম্না হউনা। থানলই য়ুপূঙথোন। লাংলেন কোঙয়াং ব্রাপাল থানা। ব্রুনউ শোইরেল থেম। পলেম পায়মা পীপুকন্নুংকি মালেম লইতারকপা। চীনপাল লৈতোন থংনা মানপী নাব্রায় হৈতরিপা। কাওরেল পুম্না ঙৌপাপু। মপল থংচীঙ লাইতা কংনা শোইনিথিএ। কেকে পোকপা সোরারেল। মোইরাং থংচীঙ অরিগা। চীঙঙু নঙকি নথোচাল থোইয়ম নরলকুপু ব্রাচিনাকে। কোঙয়াং অসিনা শোইরেল হুন লাংলেন অসিনা ব্রাপাল ফাপকা। নিংথৌ অইনা য়িপারী

তুশেমপা শাংপাকা। য়িগোম তুশেমপি ফূইপাকা মান্নসে। মপারী বুরেপ চারা রোইপাপু শাংনরপানিকিনা নিংথৌ রারো কৌপাপু। কেকে তাপু থিপা মোইরাং রাংলম হইমন তানপানা রা-নিংথৌরো কৌনখিএ।

নরম লয়েন মতায়মা কক্ল শমকি লমতাইথেৎরো কৌ-পাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপতি লাহন নোং ফান্তেক নিংথৌ শোকনাইপানা। নোপাল চাউনপা লুরাং শাংনপাপু মোংপা য়ুগচাউ শাইএ। কউচঙ থোঙতোং তানপানা য়ুমফম লমকা রোই। লীকশং শুংনাইপানা মইতান রোই। চকপা হাওরংফাই অঙোপ'না য়ুমকূপনা। সেরি য়াঙতেক্লা। খুচাইনা নারই রোই। থাঙয়ি য়াম তরেৎনা য়ুমচীন চকই নারেং (রোই) তাউ। ক'ওরেল ঙৌবী মচাতি। তাইরেল নারোংপী চা মশুং তয়া নাহৈনএ লাংকোই শাকোন মনাক ত ঙপাসং। লুইমু মশুং তয়া য়ুমশঙনৈএ। মোংপা য়ুগচাউ লানপুরোইনপা। কেকে মোইরাংককলেন নোং-তম শুচা অথৌপাপু হায়রুরো হায়না লুরাং লানলোয় তরেৎমাপু পাউকৌয়ে। ভয়ম লানলোয় তরেৎমারো কেকে পুঙলম কুমলুরো। মেইরাং তমলগ তারুরো। কেকে লমথোইপা মোইরাং লমকেৎপা ককলেন নোংতম শুচা অথৌপা রোকলেন তোমচৎ কাওকুমপা। রায়র শাসিং শু লুএল লানশীঙ মুৎলপাপু য়েনপঙ লুইরই চল লাকথ লানমিং থানা। মোংপা য়ুগচাউ লালরোইনশে। তাঙচ মরু তোনপু ককলুরো হায়না পাউমেনলপাকি। লুরাং লানলোয়

তরেৎমাতি শানং লান্নংলে। মোয়্ তালোয় মরুমপীশিংনা চফু তিনলাং শৌ য়িরান থোয়তউ রোৎনা য়েনয়োম থোম-হানলে। লানপোৎ চরই শেৎ নীঙথম চরী থম পাকলকই শময়া থোম লেংশা শমপরেৎ য়েৎ। সনা মাঙলম য়ু হাউমন শিংপাক রুমশায়ননা রাশক্করে। কেকে মায়কই পুঙলম তা রায়র শাথিরক হুএল লানথিরকলে হায়তপরা।

থোয়োল ককলেন নোংতম সুচা অথৌপাকি মোয়্, তালোয় মরুমপী। হাওনু কৈশীতোন লানলোয় য়ুমথৈ ঙাকপীতি মপারি নাউপেংনোংকি। মথংলেন মমান মচাপু কেকে পাৎলমতা মোইরাং থোইরমতা কুমতনা। লয়কাই নাউকন থোয়রেন চঙপাশিংপু য়ুপান তাংয়িন ঙমতরিএ। কোরউ অতু নোংতি ককলেন নোংতম সুচা অথৌপানা মোয়্, তালোয় মরুমপীতা পাউমেনংমএ। শানউ কৈশী-তোন লানলোয় য়ুমথৈ ঙাকপীরো হয়েং লাইরেল য়িনোং ঙানলক্লপাতি নশাপী অইতি কেকে পাৎলমতা মোইরাং থোইরম লীরুকে। লেয়্নে চোপ্তা থেম রানচেং তপ্তাপা মহুম ফোয়না ঙাথা থরংপীচাপু লেয়্নে ঙাথউ তানলুকে। নাউরা তৌকোন হউনা লা য়িমু থায়োম শান-লা নোচুপ হাওরেং কাইপী মলারেং হাওমু শামোই তাউপী মথুৎথা লয়রক মীশম তোইতৌলা থোংপাল চমলউ লাথরেঙ পানথোকরো হাওরা নমঙৌপাপু য়েনপঙ শৌপুৎ লাককে। কেকে য়িমাইপী নাউকন থোয়রেন চঙপাশিংপু য়ুপান তাংয়িন থোকসে। থোঙলেন নঙকি নাপৌরোন চারই নথোঙ লইনা থিংরো।

নশাপী নমান মচা অইকি শমু য়িতুং থোক্লপা নমু কনাকুমপানা থোঙলেন নাপৌ শং চারই নথোঙ লইনা থাংব্রো হায়রপতি ব্রায়ব শা-মীরা হুএল লানমীরা পাউহংব্রো। ব্রায়র শামীনে হায়রপতি থোঙলেন নাপৌ শংলো চারই ন.থাঙ লইনা হাংব্রো। হুএল লানমীনে হায়রপতি থোঙলেন নাপৌ শংনা চারই নথোঙ হাংকন্নব্রো হায়না ব্রারম লোনহায়না ঙাংনপপু অহিং য়িন্নুং শোয়য়াই মতা লুব্রাং লানলোয় তরেৎমান্নুং শাইকঙ য়িনলুম থাতা নাতাথিএ

কৌপা য়িনোং শোয় শোয়রা মথোঙ তইনা। য়ামপী কউনৌ চোং শেনপাং লোইয়া কেনলক্লপাতা। নউরেং লেংতা থোং শোয়রু নমতা হুলনা কেকে লোক্তাক ব্রাংফু- রেলতা লেমলই ঙাথউ তানথিএ। য়োইময়ায়না ব্রাংনা কা পাখং তাঙচ লুরেন তোন্দা থোনপা য়িনলেন থানকুয়া মিরেল খা থাননা নোংতম্নক্লপাতা। লুব্রাং লানলোয় তরেৎমাতি চুংলেন থাকুপ হউ তিমেন খুংতা শু মাংকোল মনোংলাংতা কানা পাউমেনলকএ। শানৌ য়োইপুনাই হাওন্নু কৈশীতোন লানলোয় য়ুমথৈ ঙাকপীরো থোঙলেন নাপৌ শংলো চারই নথোঙ হাংব্রো হায়না পাউমেনলকপপু। কনানৌ ব্রায়র শামী- রা হুএল লানমীরা হায়না পাউহংপাপু। ব্রায়র শামীনে হায়না পাউথুম্নক্লপাকি হাওন্নু কৈশীতোন লানলোয় য়ুমথৈ ঙাকপীতি মথংলেন মমান মচা থোয়াল ককলেন নোংতম সুচা অথৌ- পাপু থাচিক্লপাকি চারই নাপৌ শংনা থোঙলেন নাতৈ কাঙলুপাপু। মশাপী মমান মচা অথৌপাতি ব্রোইঙমতনা

লুব্রাং লানলোয় তরেৎ মাপু ব্রোইওয়্নপাকি মিপাই থাথংনা মালেম লয়তা তুখিএ। লাইচ য়িতা তুম্না য়িমু থব্রাক্লপাকুম থব্রায় নিঙতন্নবক্লে। রুনপী পুক্লিঙ শিংলক্লপাকি মোমনু নুংশি মপাউমেনপু। য়াথং হীকহায়ননা পাউমেনচরকএ। লুব্রাং পনথো য়িপা ঙাই নোংপান য়িতু নিংথৌশিংব্রো। নমোম ভাইপু নোংপান লুব্রাং চন্নুনে। চেংলউ য়িশক য়েংনা নুংশিপীব্রো পুক্লুং য়িরেপ য়েংনা রাখনপিরো। নপারি শাৎনপা নমোম লৈরাং মতম মানপা অইকুমপিপু ফুইনপা মশেলনে। নমোম অইপু য়িপারি নাউপেংপাপু কোরউ নুমিৎ মরিনিতা মথাইরিএ হায়না পাউমেনপাপু হোইয়াপিতরপাকি। অতুনিকিতি লুব্রাং পনথো য়িপা ঙাইশিংব্রো কেকে থুন-নিংথৌ য়ুমথু পোংলেন হনপাকি মপানথঙ লয়নুং চীঙ-থোঙ পোইরইতোন খোংফাং অতোনপানা পোইরই থুনথোক্লকঙইতা মতৈ লয়মা লৈনাউ তাপীনা থম্নুং মপুঙ-য়াইতকি নেমথোক্লকপা সাচুং নিংথৌ সাচুং লাংমইরেমপা মথুৎথা অসিপু থামপী তানথোং য়াইখিকে। তরা নথোয়পু চাপুক লাম্লিংইনে হায়না মরউ খোইপুং লোকা চাউনা মশাপী খোয়োন ককলেন নোংতম চূচা অথোপাপু ঙাইনপা শংলউ মথৌরাঙপু থৌতু নুঙতুম অপিশাপু থামপী তানথোং য়াই-শিন্নরিঙইতা। য়োইময়াই লাইরেন অঙানপাতি ময়ূম থোংনাং পাং থোংনাং ময়াং পাংনা। পাথং মিরেল লাপা চেপ্পা লই লীব্রা মইকুম তোলনা ভূই চকপা হাওরা নানতা খোনকুম্না মতোম কোন কোন কোনথিরপানির্কিনা। লুব্রাং লানলোয় তরেৎমাতি ব্রাংলই অয়াকপনা তোঙঙয়া

য়ুরাই অথুমপনা কোক্কারপাকি। নুপী নুংশি থঙতনা থাঙ-লেন মথুৎশূনা ঙাইথিত তিমেন মতাচানা ছাইথঙতনা লুরক কাঙতোই থি থৌনাউ লুথোঙ লেন হাওরা ঙাংকে.ক শোন হাওচেং মশম লউ লানলু চোমায় ফোয়না তাউথোপ থন-থাংনখিরে। শমু মাহক্চাংপু লৈরাং অতিংঙাতি য়িঙাঙ পাকতইনা য়িমু কাফেন্না থিংলউ চাউপা য়াহীপ্না লাইরেন শাংপা য়্যাতানরুউরে।

মশাপী মমান মচা থোয়োন ককলেন নোংতম সূচা অথৌপাতি কেকে পাংলম তানা মোইরাং থোইরম কুম্ল পাপু মরান রোন্তেরকলে। লুরাং লানলোয় তরেৎমা রায়র শাথিরু হূএল লানথিরুপাপু য়াংলউ লমথাঙমত লমরোক্করে। পারী লুরাংলোয় তরেৎমারো রায়র শাথিরুপরা হূএল লানথিরুপারা হায়না ককলেন নোংতমনা পাউহংলকএ। লুরাংলোয় তরেৎমানা পাউথুম্লকএ হোয় য়িপল থোয়োল অথৌপারো রায়র শাথিরুইএ হায়রপাতা। থোয়োল ককলেন নোংতম অথৌপানা অতূনিকিতি পারীশিংরো লেমলই ঙাচিং লোয়নাই অসিপু তরা চায়োম থোক্লথিরো হায়না লাইচ য়িশিং থোপ সোকলাং য়াফাকপনা লেমলই ফাম্না কোৎনা পীথিএ। কেকে থোয়োল অথৌপা ঙাংথ পনমই তাপতি মরান মোংপা য়াইতা রাইথুংলরে। য়োইপুনাই হাওনু কৈশীতোমপী লানলোয় য়ুমথৈ ঙাকপীরো অঙান তাংলউ থেঙনা থাঙকা তোনপা নারনশি অমম শিফা নীকলে থোঙলেন নাতৈ কাঙনা চারই নাপৌ শংলো হায়না পাউমেন-পাপু। মরুমপী থরায় মিরাংপাল অতিংঙানা পাউথুম্লকএ

শাপী য়িপুং মনাই থংলেন মানচ য়িনেমমচ ব্রো ঙাইখিব্রো। পারী নাউব্রা অশিশাপু থোমনাং য়িনৌ হোমলিএ হায়না পাইথুম্লকএ। থোয়োল ককলেন নোংতম নহা অথোপানা পাউমেনখিএ। শানৌ য়েইপুনাই মোয়্, পেম্মারো করি য়াব্রানো য়োয়ময়াই অঙান তাংলউ থেঙলপানিকিনা তরা অইপু চাপুক লাম্লে। থোঙলেন নাতৈ কাঙব্রো। মকুমপী থব্রায় মিশাংপাল অতিংঙানা হন্না অমুক পাউথুম্লকএ শাপী করি ব্রানো পারি নাউহোমলি হায়পাপু কোলোয় অথা কায়পা অসিপু ঙাইখিব্রো। মথংলেন মমান মচা ককলেন নোংতম নহাতি য়াইপী মন্নুং হউ তিনলাং মখোয় শাউনা থোঙলেন নাপৌ নম-পাপু শম্নু মখোঙ ফাংনা কওথেকলে। থোপ্লাং লেংতা থোংগাপু মালেম লয়তা থাথরে। থামপী থিনকাম্রুপাপু মোয়্ তালোয় মকুমপীতি তাঙচা লুনাইতা থিংলউ চাউপা য়াহীপ্না লাইরেল শাংপা য়াতানা য়িচাং পাকতক্লা য়িমু কাফেন্না লৈঙমগাপু চেংলউ মিৎথিৎলপাকি থব্রায় লাইথংননা। শানৌ য়েইপুনাই পেম্মারো চীঙু নোংতমথোনপু হেনফতনা করয় অমন থমলয় কুমঙম্লপানো। নমু তোংঙানপানতি রোঙমলোইএ নুরাং লানলোয় তরেৎমাপু নরিঙইনে হায়না। থোক্লাং মাক য়াইচনফমতকি তিমেন মাকি মতাচা র য়র শাশীংশু হুএন লানশীং মুংলপতাপু তিমেন খাউশাং হাংতোকলে। কমপোং অতেরা শিলহৈপা মথুংশা নো পোক কামপা শিনলোমপা মচুঙখঙ মন্নুং নোংপোক খেপান থোংনা চাতইপা মপান চাঙাঙ শিংপা চুঙপু লউথাক্লুরে। থাঙলেন মাকি য়াইচনফমতাকি থাঙলেন

মখুৎশুপু লউনা। ব্রায়র মাকি শাতান ফি হুএল লানতান ফি খুন্নুং য়োয়ককচা অরিপানা তাইথোম ফি। ব্রানা লীকশং মানপানা ঙারুব্রাক ফিপু ফাপাতা য়েকপা ফি। লেৈম্লে ঙ রুম শাপানা চরই ফিরক থায়না চেনশিন ফি লানপোৎ চরই মঙাল নাই চরই মকা ফোং। মাল্লৌ মীমাঙ তাকনা পাক্লৈ শময়া থোম। লেংথাঙ শমপারেৎ য়েৎ। লাংমই পুঙতু চীল নীঙথম চরী থম। চুঙলোং ঙকতা হুক তিমেন খুংতা শৃ থাঙলেন নামৈ য়েপ্পা মোয়্ম তালোয় মরুম-পীপু চিংনা য়েংনা মিকপখিএ। শানৌ য়োয়পুনাই মোয়্ম পেম্না য়িনেমমচা নুংশিপীরো। মোয়্ম নঙকিতমকপু নশাপী নমান মচা অইনা। থোংনাং ময়াং মায়তেকপা কান লুক। কংপা তাইপোং লৌথীপা মলন লুক। থাঙয়ি অংব্রান লুক লাংপল কয়কা লুককুমপা। চেঙপুম মনৌতোনকুমপাপু লনশিং তানলুকে হায়না। মশানৌকি শমু মঙকচাং লৈরাং অতিংঙাতা। পিরেল থকমা তানা পাউমেন লমলপাকা ঙাংথ চংলম ফানশাং মরিল য়িলনা হুএল লানতানখিএ। লুব্রাং লানলোয় তরেৎমাতি ব্রাংলই অয়াকপনা তো ঙম্না য়ুরাই অথুমপানা কোঙ্কারপাকি য়ালউ লমফাইতুনা লৈঙমলে। খোয়োল কক্লেন নোংতম শুচা অংথোপানা তানফংলুরে। তাঙচ মথোয়কি শমলাং মশেল কিশিন্নরে থোক্লাং মতা-থোক্লা য়ইনা থোম্লেন য়াহৌথোকপাপু তাঙচ মশম মশেল কিশিন্নরপানিকিনা মতোম-মতোম য়াংলউ লমফাইতুনা চিং-থুনরে। কেকে থোয়োন নোংতম নহা অথোপাতি ব্লোইতা লই শমকা থোম য়েৎতা লই থাঙকা হাইনা লুব্রাং তাঙচ

লুয়াম ককলে। খোয়েন অথৌপাতি মোয়্ তালোয় মরুমপীকি তাঙচ মরুতোলপু চরই নাহোং শানা শমু নমতা পোথংলে। লুরাং তাঙচ মরুতোল তরেৎমাতি শম খুৎতা পায়রে মরান মেংপায়াই রমতা রে নন্তে হল্লাইরক্লে। মোয়্ তালোয় মরুমপীকি তাঙচ মরুতোলতি শমু খোঙথাঙতা থারে। লুরাং তাঙচ মরুতোল তরেৎমতি খামপী শিথফমতা থারে খোয়োন ককলেন নোংতম নহা অথৌপাতি লাকথ লানপাউ তমনা সুমায় লানথৌ শারুরপাকা। মপারী নাউরা অপিশাতি মপল পলেম মমাকি শমু মহকশাং নৈরাং অতিংঙা য়িমু পাকতইনরপীপু খোয়াং লাইচ য়িথৌ লাংলপাকি। অঙাং হেকঙাই মপাউ চাউ পলেম লাংকোন হাৎনা। পলেমকি খোয়াং অতিংঙা য়িগ পাকতইনরপীপু শমু মখুৎ পীকা লোয়ননা। খোয়াং তাজিন য়িনৌ হোমৎমপাপু শমু থ তা কোনখৎলে চেংলউ মিৎত্রেঙ অনিমাপু চিংনা য়েংনা মপল খোয়েন অথৌপাতি হেকঙাই মপাউ চাউনা মিকপলক্লে। পারী য়িপুংঙো নাউরা অপিশারো নপল পলেম নমাকি খোয়াং অরেমপাতা শমু নখুৎপীকা লোয়ননা খোয়াং খোমহুক চনঙমপা নঙপু কোলোয় নমিংথোংপু করি কৌশিপানো। পারী অসিপু মোইরাং খুৎচুপ চইমিয়াং থীকলেন খোমহুকচামপারো কায়না মিংহুনথিএ। মপারী অপিশাপু য়েংনা মোয়্ তালোয় মরুমপীপু তেংথাননা মিকপ্লক্লে। মোয়্ য়োইপুনাই পেম্পা নুচা য়িনেম মচারো কোরউ লোংচা খুতিং পারী চাউতপা অসিপু খোয়াং পীপুক থন্তরপাকি অঙাং হেকঙাই মপাউ চাউনা মিকপ্লক্রপাতি নমু

কনাকুমপাতা নপারী অসিপু খোয়াং য়িনৌ হোয়্কাপানো পারী য়িপুং ঙো নউরা অথুপারো নপল পলেম নমাতি লুরাং শমু মথুংপাক্তা রুনথম চরই ফিরোল কায়কুয়া থাইনরে ।

শানৌ য়োইপুনাক্ট মোয়্ য়িনেম মচারো শানৌ নঙ-কিতমকপু লুরাং মপুঙ তাক্ল মরাল থুমপী মইমাঙ চল সাইপু মইতান পক থংনঙ লইতং লেংনা পস্থেংতরপাতি কোরউ নোংনা য়ে' মালেম লয়ন। থঙশুনো হায়না মিক মিকপহিএ। কোরউ ন্নুমিৎ মঙানি শুরপাকা মোয়্ তালোয় মরুমপীপু মপল হাওশি মামং লেনতা রাংলেন খুৎশাপানা কোরী থরাউ চীক থাফম লাইফম রুরি হোঙকে কায়না তরেৎ শেনখিঙলে রাংলেন পুঙহউরে। হাওশি মংপ্নিনলে থুন্নুং পাউতাকলে শিংপাক পাউহোম্ল। লুরাং তাচ মরুতোলকা পানা কক্রমএ হায়পকিপু কক্রা শমকি লমতাই থেনরো তৌনা কৌএ।

নবম লম্লেন মতাইমাতি সনা থোইপী লোকরো কৌ-পাতি কৈতৌনোং কিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কেক খুংনিংথৌ হেপু সনা লাথুরানা থাঙয়ি ফৌমি কৌ। লোই-মোম কই হোঙ ঙইত মোইনাং লয়মা সনা থোইয়াকি কোনলাং সনা মান য়ালপু মালেম লয়তা তারউর। হয়েং লাইরেন য়িনাং ঙানলপাকা মতাইরেম থালই লইকুমপা-শিংনা থুনলউএ। লয়মা সনা থোইয়াতা কৎলরে। কেকেনা মিকৌনা মোইরাংনা তে থানপাতি অথুনপাপু অরাকপ রো কৌএ। লয়মা সনা থোইয়াকি কোনলাং মনায়ানপু তরউ

পাপু লোকলকএ হায়পাকিপু সনা থোইয়া লোকরো কৌপাপু। কেকে তাপু খিপা মোইরাং হয়মন তানপানা সনা থোইপী লোকরো রোনলগএ।

নরম কংলয় মতাইমাতি ঙাংথ সেংকোয় য়িমরু সেনকোই রাংনলোকরো কৌপাতি কৈতৌনোং কিনো হায়রপাতি লাহন নোং কেকে হাওয়িম কে য়পাকা খোয়োল হাওতারিপাকা মনেম মচা খোয়োল লোকন্নকিতংকপু। শীংচা রাথেক্রা লুথোং রাচাউনরপাকি। কেকে হাও য়ম কোয়পানা খোয়োন লোক্লু অসিপু শীংলেন অইনা হালনা থেংনৈএ লৈরাং অইনা হ লনা চিরৈএ শীংচা লুথোং অইনা পুনঙইনে। খোয়োন হাওতারপানা অইনাতুম হালনা শীংচা লুথোং পুনঙইনে শীংলেন অইনতুম হালনা থেংনৈএ লৈরাং অইনাতুম হালনা চিরৈএ হায়পাপু। অতুনিকিতি পাথোরো কোরউ নোংনা য়েং মালেম লয়না চুন্নশনো হাও মুক্রা লেংফ ই চলনা লাপা থুরো তাজিল য়েংনশে হায়না মপাতাউ অনিমাতি হাও মুক্রা লেংফাইনলা লাপা থুরো ত ভিন য়েংনরে। কেকেনা শৈশক্রা মোইরাংনা ভেংথানপাতি ফৈপাকপু সেং কৌএ তেকপপু কোয়নপা নেএ। কেকে হাওয়িম কোয়পাতি থাকা থা খোয়োল হাওতারিপানা থককা থোংএ। মোইরাংনা য়িকাইপাপু সেনকোইপা কৌএ। অতুনোংকিপু সেনকোই রাংনা লোক ঙাংথ সেংকোয় য়িমরুরো তৌনা কৌএ।

নরম কংলয় মতাইমা ঙাংথ হৈয়া লাউপীরো কৌপাতি

কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং নোংচুপ ব্রা কোঙয়ামপীনা লায়র অতোন তাবপাকি থাঙলেন মথুৎশুপু লৈতা কচেং ময়েং ব্রাংপাকিপু। কচে' মীথাঙ ব্রায় তেৎনো মীয়োং ব্রায়না অহিং য়িন্থ' শোইয়াইমাতা মইপুল য়াতা চীক্ল। থালই লউনাপাপু লংমাই চাইচি লউতাইএ। মপারী থরাম নহা লায়রপাতি থালই য়্পুঙ থক্তা লব্রায় হাচাকোক লাইচ শমতারৈনা ঙাইথাঙননা। য়িনলুম নাউশংমাতি থাকা থা য়িনলুম নাউশং মান। থককা থোংনা থোমলেন তুমথূন হুন-পাপু। মপল পলেম মমানা মালংপাপু পাউকৌরকএ। য়িপু সনথোঙ মোরিপাত কি লমকা হউপা নোংপান লাইয়া লয়মা কাঙনৌ তোরা মরল ব্রন ম'ল' য়াঙপা থমকোন অহুমপারো নঙপু লাউরো নুরাকি থৌরই তেঙপাংলাউরো। মোয়্ চেঙচা ঙমলাউরো নূরা কানক থে'য়তোম য়ি মোয়্ শমথোঙ চারল য়িপু হুমাং লোকয়ি হউরে হায়না পাউকৌপাপু। মপারী থরাম নহা ল য়ম্পা য়িনলুম নাউশংনুংকিনা পালমকি-তমকপু থৌরই তেঙপাংকে চেঙচা ঙমলুমকে হায়না য়িপল পলেম য়িমারো ক হনিত কপ্ মাল'পাপু থৌনেক্রুপানো। নপারী অইকাড়ুম হাউচে থোনলোয়ননা নাউরা থুংলঙ তেরান শৈতুম শৈতান্নশে হায়না য়িনলুম সোকতোংনুংকি হোই হোইয়া লাউনা য়াহৌথোক্লকএ। অতু নোংকিপু হয়া লাউপীরো তৌনা কৌএ।

চায়না পুঙরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়র-পাতি লাহন নোং কেকে থোইপা লাংমইরেমপা অথৌপাকা।

নোংয়াই হইয়েন অথৌপাকা অনিমাতি সোয়রেল থমঙাক-ফমপু সোয়য়ুন্নরে। নোংয়াই হইয়েন অথৌপানা হান্না পাউমেনলবএ। পাথৌ মোইরাং খোইপা লাংমইরেমপা অথৌপারো সোয়রেল অসিপু নোংয়াই য়িপা সোয়নে থুম্নন য়িপু খোংনে পীনৌব্রো হায়পাপু। পাথৌ নোংয়াই অথৌ-পারে কেকে য়িপা লম গোইরাং য়িপু লমতা নোংয়াই নপা সোয়নে হায়পা অসিপু কোরউ নোংনা য়েংং মালেম লয়না থংঙইনে। য়াথং য়িনতান্না ব্রাহায় থুরৌননা থৎন-পাপু পাথৌরো অতুনিকিতি খোইমোম লাইকি ব্রাচুম থঙনপা চায়না খোঙফেন্ননা মরোঙ চুঙফুনশে হায়না পাউ-মেনপাপু কেকে মোইরাং খোইপা লাংমইরেমপা অথৌপানা অমরকস্থ ব্রাহোম্লকএ। পাথৌরো কোরউ নোংতমখে নপু য়েংনশে হয়েং লাইরেন য়িনোং ঙানলক্ল পাকা নরাল থৌচৎ ঙনলকরো হায়না পাউলেনরপাতা মতোম মতোম মারাল য়ুমকানথিরে।

নোংয়াই হইয়েন অথৌপানা মোয় মাকি তালোয় মরুমপী ঙানপা সোরা নাচৌশুতা পাউমেনথিএ। শানৌ য়োইপুনাই মোয় য়িনেম মচারো হয়েং লাইরেন য়িনোং ঙানলক্লপাকা শেল্লোয় য়িপাতাউ কেকে মোইরাং খোইপা লাংমইরেমপাকা চায়না খোঙফেলনঙইনে। তরা চায়োমরো ব্রাংলই খোমহানলো তরা নঙনা চায়োমপা ব্রাংলই খোম-হানপাপু শোয়তনা পাতমরো। মোয় তালোয় মরুমপীতি অহিং খোয়েন তুমথুনতা নোংয়াইপা শোয়পা মিংয়েং

ন উশুমতা চফু তিনলাং শৌ য়'রান থোয়তউ ব্রোংনা য়েন য়োম খোমহানখিএ।

কেকে মোইবং থোইপা লাংমইরেম্পাসু মোয়্‌ মাফি তালোয় মরুমপী রাঙড়্‌ লাইচাউ চন্নূতা পাউমেনখিএ। য়িরুম্পী য়োইপুনাই মোয়্‌ পেম্মারো হয়েং লাইরেন খিনোং ঙানলরুপাকা নোংয়াই হইয়েন অথৌপাকা চায়না থোং-ফেলনা মরে ও চুঙফুনঙইনে তরা চায়োম্বো ব্রাংলই খোম-হানলো হায়না পাউমেনখিএ। মোয়্‌ তালোয় মরুমপীতি অহিং ভুমথনতা নোংয়াই শোইপা মিংয়েং নাউশুমতনা চফু তিনলাং শৌ য়রান নীংকোয় ব্রোংনা তরা চায়োমলে ব্রাংলই খোমহানলে মথংলেন মমান মচা মোইরাং থোইপা লাংমইরেমপা অথৌপাতি লানপোং চরই শেংনা তিমেন তাথুম হানা খোক্লাং মতাচাপু শমু খুংতা পায়রে চুঙলাং ঙকতা হুক্লে। থা লেন নামই য়েপ্পা কংলয় মশুমাঙতা শুমায় থেনখৌ শায়ে। মরুমপী রাঙড়্‌ লাইচাউ চন্নুনা পাউমেন-খিএ, থংলেন নঙনা শুমায় থেনখৌ শাপাপু ব্রায়র শফামি, হুএল লানফা মিপু চুনরে তনপা নমায় পাকপাপু তানফং-লকঙইনে হায়না পাউমেনখিএ। শানৌ য়োইপুনাইব্রো খোইমোম য়িকাশাতুম চীঙড়্‌ থোংপান ব্রায়না পুরুমঙমরো হায়না ব্রায়র শাতারকলে হুএল লানতারকলে।

নোংয়াই হইয়েন অথৌপাসু ব্রায়র শ তানফি হুএন লানতান ফিপু লানপোং চরই মঙ্গাল নাইনা তিমেল মথুং-শুপু শমু খুংতা পায়রে। থাঙলেন নামই য়েপ্পা শুমায়

থেনখৌ শাপাপু মরুমপী ঙানপা সোরা নাচৌগূনা পাউমেন-খিএ। শাপী য়িপুং মনাই থংলেন মানচ য়িনেম্মচারো রায়র নঙকি শাখৌ-শা হুএল নঙকি লানখৌ শা অসিপু রায়র শাফামি হুএল লানফা মিপু চুনাতে হুএল লানচৎ-লকনো হায়না থৌথামপাপু পাউয়াতনা হুএল লানতারকলে হায়তপারা।

মপাখৌ অনিমাতি সোয়রেল থমঙাকফমপু রাইথুং-নরপাতা তরা চায়োম থোকমিন্নরে। মোইরাং খোইপা লাংমইরেমপানা পাখৌ নোংয়াই তথৌপারো তরা নঙকি চায়োমপা রাংলই থোমহানলকপা অসিপু য়ূপান কোনঙৌ থোংএ। চায়োম লাইথোক ফত্তে সোয়রেল লম পান্নকনো নরান রোনতেখিরো হায়না পাউমেনপাপু নোংয়াই হইয়েন অথৌপানা পাউয়াতে। খোইমোম কোরউ নোংতমখোনপু লৈরিঙইনে য়িরান রোনতেহিরোইএ হায়রপাকি মপাতাউ অনিমাতি থোক্লাং লমচই রোনলে। নোংয়াই হইয়েন অথৌপানা হালনা পাউমেনলকএ, পাখৌ মোইরাং খোইপা লাংমইরেমপারো তিমেল নতাচাপু হলনা হুনলকরো হায়র-পাপু। মোইরাং খোইপা লাংমইরেমপানা পাউথূমলবএ, পাখৌ নঙতুম নোংয়াই লালহাপা থূমন লমকেৎপানে নঙ হালনা তিমেল তা হুনলকরো হায়রপাপু। নোংয়াই হইয়েন অথৌপাতি তিমেন মতা চাপু শমু খুৎতা পায়না নোংয়াই পোকপা সোরারেল থুমন লাংপুম অরিপাপু কশা পুক্লিং লীকিননা লাপা কমলাক সেংশোননা লেপ্পপাতা। মোইরাং

থোইপা লাংমইরেমপা অংথৌপাস্থ চুঙলোং মাঙতা খিলনা কশা মনোংথৌপু পুনেমখিএ। কেকে কশা য়িনোংথোরো তিমেন তাচীন থইপিয়ো থোইয়ম নরলকুপু ব্রাচিনাকে।

নোংয়াই হইয়েন অংথৌপাতি তিমেন থাঙতপ লাক লাপা কয়াক সেংশোননা তিমেন তামীঙ কাঙনা মালংহই-রোয়ননা ফেনলকপাপু। থোংয়ম থংচীঙ মরলকুকি নোংয়াই তিমেন মতাচাপু শীঙলেন অংরেমপাতা সোয়রেল ফুমপীথক্তা কক্লু লুমায় লেংনা ফেমতোকলে। মোইরাং থোইপা লাং-মইরেমপানা পাথৌ নোংয়াই হইয়েন অথৌপারো তিমেন নঙপু তাহুল শোয়রপানে হায়রপতা। নোংয়াই অথৌপাতি পাথো মোইরাং থোইপা লাংমইরেমপারো তিমেন নথুংশূপু ফেনলকরো হায়রপাকি। কেকে অথৌপানা তিমেন মথুং-শূপু থোক্লাং থাঙতপ লাক্লা তমপা কমলাক সেংশোননা তিমেন তাচীন কাঙনা ফেনলকপাপু। নোংয়াই হইয়েন অংথৌপাতি চুঙলোং মাঙলম হিলনা কশা পুক্লিং লীকিননা ঙাইথমপাপু থোইমোম মনোংথৌনা লানতারা চীঙঙু মকা-শানা থোঙহউরপানিকিনা। কেকে মোইরাং থোইপা লাংমইরেমপাকি তিমেন মতাচানা চুঙলোং মনম থাঙকো শমু মথোঙ ফাংকা মালেম লয়কা তুনা পানলপাপু। চুঙলোং মরুম অথুপপানিকিনা ব্রুহস্তনা তিমেন তা শংথোকলে। কেকে মোইরাং থোইপা লাংমইরেমপারো থোক্লাং নতাচাপু তিমেন তাহুন শোয়রপানে হায়না ফেনতোকলকলে। কেকে মোইরাং অথৌপাতি থোক্লাং মতা-চাপু মালেম

লয়মায় থক্কি খুননা কেকে লয়কোয় পুঙলমতা মরান ৱোন্তেরক্লে। কেকে লউৱায়চাউ মোইরাং পুপালৱাপু য়োৗরক্লপাকি অৱা পোংথাখিএ। তিমেন মচা চাপূ পায়না শীংনা য়েংলুপাপূ খেরে খোকচঙনুংতা, লাহন নোং হয়িংইতা য়িপু য়াই কোৗএ য়ি য়াই মাপু পক্লা লৈঙমপাকি। নোংয়াই অসিতি মীনমএ থূমন অসিতি ৱাপৈএ কেকে অইপু থোৗৱোইতে মোইরাং অইপু তাংশক্রে হায়না ৱায়র শাহড তম হুএল লালহউ তম্না তানলকএ। নোংয়াহ হইয়েন অথোৗপাতি কোরউ নোংনা য়েং মালেম লয়না ৱাচুম্লপাকি লাইচ য়িরান লুপাতা তিমেন তাখুল য়িলনা লাইচ য়িচঙলপাকি, হয়িঙইতা য়িশিংপু লোকলউৱো কোৗনৈএ লোকলউ লাইচ য়িপু নমঙাননা লৃতুঙমএ মোইরাং খোইপা লাংমইৱেমপানা তানফংলুৱে। মোইরাংনা হয়িঙইতা কংফালপুৗত কোংৱো কোৗএ কোং কংফাল থক্তা শমু মশম লাক্ল চিংথংলে থাঙলেন মথূংশূনা তাঙচ মরুতোনপু কক্ল চই-থারে। সেল্লোয় য়িপাতাউ নোংয়াই ৱাপইপা থূমন মীনমপা চীনকোই নয়াথং য়াথং ৱাশক হয়েং খোইয়ম লাইরইপাক্তা কোরউ নোংখোঙ থিংপানা ৱারক্লপাপু তোৗঙমতরসনো হায়না মরূপ অয়োন লউথংপিখিএ সেল্লোয় মপাতাউ নোংয়াই হইয়েন অথোপাকি শমু মহকসাংপু মালেম লয়তা ভউ য়ামচেং লয়কুপ শীনা ফুরোয় লয়কোয়পি মথো য়াংকেনপি অমন পীথোমপিরমএ। তাংচ মরুতোনপু শমু খুংতা পায়না কেকে পুঙলমতা মরান ৱোন্তেরকলে। অতু নোংকিপু খোইপা

লাংমইরেমপা লৃহনব্রাই লোকলউ হইয়েনতু কোংচি চইথা পালব্রো তৌনা কৌএ। নোংম্বাই হইয়েন অথৌপাকা কেকে মোইরাং খোইপা লাংমইরেমপাকা মপাতাউ অনিমনা খালই ব্রপুঙ থোন খোক্লাং তাখোক ব্রোননা শরী মখই ফং নামুং মপান ফুক্লা চায়না খোঙফেলনা মরোঙ চুঙফূনরমএ হায়পাকিপু কেকে চায়না পুঙব্রো তৌনা কৌএ

নরম লম্লেন মতাইমা লোক্তাক লাইচ পাকয়াথি ফেনচি নোংহুম তুয়া কেন্না য়াহতোন লয়মা থাংনৌপী কেকে লয়মা অঙনপী মোইরাং লয়মা অরেমপীনা। নুরা হাওশি ঙমকা চি'না নূরা য়োমলোয় হউনা ম লেম পুঙথোন লম লেনতাকব্রো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়বপাতি। লাহন নোং কেকে মোইরাং য় ইতোন লয়মা থাংনৌপী লেন্তাক পুঙথোনপী পুইতূ থোংতউপীনা। মতু নিংথৌ খূমুচমকি খুৎলঙলোয় খোইনাইচম শনপোৎলোয় ব্রুতোইচম য়াথংলোয় পাইং থাঙ্খোক চূমপুনলোয় নুরা থামপী তউ-চেনলোয়পু ঙাইরোয়ননা লেন্তাক পুংথোনলে পূইতু থোং-তউপাপু। হুএল লালনিকিতি ব্রূরেল পেংচে ইপা মশীং চান্ম ব্রূমু লাইতোঙপা মশীং চান্ম থারা নাকতাঙপা চান্ম চান্ম চান্মনা লয়হউ শেংতাক্লা লৈমু শেংব্রোইননা পুঙহোঙ ঙইতা মতাইরেম খোরী নমোই য়াঙপু পাউ কৌথিএ। য়ি-তাইরেম খোরী নমোইয়াঙ নঙতি সেনপী চকলয় কুম কপো তমলয় কেলনা য়ারউ শাতীক্লুব্রো হায়না পাউমেনথিএ। খোরী নমোই য়াঙনা হাওশি ঙমকা চিংনা মোইরাং তমপা

নুপা য়াঙথইকা থুং রোইননা রাকয়ই হিচাউ হোলনা খোরী-তাক লাইচ য়িরম য়িলনা রাকয়ৈ হি হোনকৎখিরে। ঙান্পা চৌঙলক অচনপাতা হি থাংলে শমু খোঙনা চৎনা সেনপী তুমু মপুঙ্য়াইতা রাইথুংলুরে। সেনপী তুমুরাকপা খুনু মেল্লোং ফাপাকি শংলেন মরান য়াই কারপান নোংজুম শঙতা চঙখিপাপু। সেনপী তুমুরাকপনা পাউহৎঙমএ কেকে য়িনংথৌকি মতাইরেম খোরী নমোই য়াঙরো রারম করি লৈপাকি নমু মীয়াম পুনা সেনপী য়িপুঙয়ইপু য়িন্তাল্লকপানে। খোরী নমোই য়াংনা পাউপূন্নকএ। সেনপী খুৎনিংথৌ তুমুলাকপা খুনু মেনলোং ফাপারো। মোইরাং লয়মা অঙনপী য়াইতোন লয়না থাং নৌপী নিংথৌ তুগা অঙনপীকি কোলোয় ময়াথংকি অইপু থৌশীরকএ। মতু নিংথৌ খূমুচম থুংলঙলোয় থোইনাইচম শনপোংলোয় পাথং থাঙ-খোক চুমপুনলোয় নুরা খামপী তউচেনলে য়পু তরা মায়থঙক হায়পাকি য়ারউ শাতীক্লুরো হায়না সেনপী নপুংয়ইপু য়িনতানলকপানে। তেকপী রোকপুম চাম্মা কাইরই য়েনপুম চাম্মা মেননাং তনপা হমেঙ তুরইকাই অঙোপাসুঙ মশীং চাম্মা ঙানু খেরেচা অঙোপা চীনপাকপসুঙ মশীং চাম্মা মশীং চাম্মা শুনা শংলউ থৌরাংরো। হয়েং লাইরেন য়িনোং ঙানলপাকা য়ারউ শা-মন তীক্লশে হয়েং কোপা য়িনোং শোয়রপাকা য়িরান রোন্তেখিকে হায়না পাউমেনল-পাতা। সেনপী তুমুলাকপনা য়িতাইরেম সেনপী তুমু লয়পাক কোয়পা অচারাং-তারা-তাকরু তামু মরিমাপু পাউকৌ-থৎলে। য়িতাইরেম মরিমারো য়িপেগা মোনরাং লয়মা

য়াইতোন লয়মা থাংনৌপী কোলোয় ময়াথং শারেল শাচা-নাকে হায়পা অসিপু শোয়ফরোইএ অহিং খোয়্নেন তুমথুন তানা থৌরাওরো। হয়েং লাইরেন য়িনোং ভানলকা সেনপী য়িবমপু অসিশিংপু মরান ব্রোন্তেহিরগুনো হায়না পাউমেন-থোক্লপাকি। মতাইরেম মরিমাতি অহিং খোয়্নেন তুমথুতনা য়াঃ উ শাশীং ব্রাৎহন্তনা শংলউ থৌরাওলে।

য়িন্নুং কৌপা শোয়লপাক সেনপীচা পাথও পুয়মাপু হউনা ব্রাকয়ই হিথাংফমপু তাননা শাঃরল শা-থিনথরকএ। ব্রাকয়ই হিকু থলনা শায়াম হাপলে পুমলেন লময়াই থায়না তৃবেল লাংমই পুঙপু ফৈনা লান খোবীতাক নোংকাংখোংপু লাইচ য়িবম য়িনথংলক্লে। লোকতাক লাইচ য়িয়াই থায় লেনতাক লম্নাহনতা ব্রাইথু°লরে। কেকে লয়মা অঃনপী মোইরাং লয়মা অরেমপী য়াইতোন লয়মা থাংনৌপী সনা মখোঙ থাতা কেকে থোরী নমোইয়াও য়ারউ শাতীক্লুপানা শমু মথুং লোম্না পাউতমচথিএ। নতাইরেম অইনা সেনপী চকশয় কুম কপো তমলয় কেলনা শাতীক্লুপাতি য়ারউ শায়াম পুরক্লে। য়াইতোন লয়মা থাংনৌপীনা য়িতাইরেম ভাংথ-লাকপারো কোওয়ামপা মোইরাং লয়কাই লাকপা নওনা শংলউ নথৌরাঙপু শোয়হন্তনা থৃমুচম খুংলওলোয় খোই-নাইচম শনপোৎলোয় ব্রুতোইচমকি য়াথংলোয় পাথও থ'ঙ-খোক চুমপুনলোয় নুরা থামপী তউচেনলোয়পু তহা মায়খঙ-নপা তরা চাথোংরো শারেল শাথোংরো পাউমেনথিএ। নিংথৌ মনাই অচানপা ভাংথলাকপা কোওয়ামপানা কেকে

তরা চাথোংলোয় শাথোংলোয়শিংতা শারেল নথোয়না শাথোংপাপু য়ারউ তাঙচ মরুতোন পোনপী শমু মথূতোনপু শারম মশীং রাংহনকনো হায়না পাউমেথিএ। শারেল শাথোংপাপু লোইরপাতা মোইরাং লয়মা অরেমপীনা তয়ম-শিংরো শারেল শাথোংপা লোইরপাতি থরায় লুকতোম শীনথৎলো। য়ারউ শাফাপা হুএল লানফাপাতি থরায় লুকতোম চাহনলো য়ারউ শাফাতপা হুএল লানফাতপাশিংতি য়াংলই তাউপা মহুইচাকা তয়া চামন্নহনলো হায়থিএ। ঙাং-থলাকপা কোঙয়ামপনা য়াংলই তাউপা মহুইচাকাতি করম তরা চামন্নহনকপানো হায়না তরা চাকপু থাইনা চাহনলে কেকেনা লোইরপাপু লেনলপা কোএ নতাইরেমশিংপু শারেল শাচাপাপু লেনলে হায়না তাক্লগএ। অতু নোংকিপু য়াইতোন লয়মা থাংনৌপী লেনতাক পুঙথোন লমরে তৌনা কোএ।

নরম লম্লেন মতাইমাতি ফেনচি য় কুম পুঙ ঙাইরোং লয়শাথেল থোইপা লাইচ য়িশাক লমরো কৌপাতি কৈতৌ-নোংকিনো হায়রপাতি মোইরাং লয়কাই লাকপা কোঙ-য়ামপানা য়াইতোন লয়মা থাংনৌপী কোলোয় ময়াথং য়ারউ শাফাতা হুএল লানফাতপাতি য়াংলই তউপা মহুইচাকা তরা চাকলুক অমতা চামন্নহনলো হায়রপাপু কেকে নথোয়না ঙাংনা রা মোইরাং নথোয়না শোন্না রাপু নুংশিপা রাকিতমক য়াইতোন লয়মা থাংনৌপীপু থঙহন্তনা তরা চাকসুং থাইচানা শারেল শাগুং থেকচাননা চাহনপাপু নমু কনাকুমপা অমত্তা ঙাংফরোইএ হায়না য়ারেল থোংথৈ চীকনা

পাউমেলনরমএ। অতু নোংকিপু ফেনচি য়াকুম পুঙ ঙাইরোং লয়শা থেলরো কৌএ। খোইপা অতোনপাতি তরা হুকচাননা শারেল হাচানরপাকি তরা চায়োৎ ঙমতনা খৌরী লমতনল-পাকি চেপ্পা খোয়না লাইচ য়িপু য়েংলমএ। কাওরেল শন খোঙথৃন্তা লাইচ য়িতুঙঙমপাপু শমু খুৎনা শোক্লা থকলমএ অতু নোংকিপু খোইপা য়িশোকলমরো তৌনা কৌএ।

নরম লয়েন মতাইমা কেকে নিংথৌখোং মোইরাং রাকয়ই হিথালম পাম্বা কৈরানখোং কৌপাতি কৈতৌনোং-কিনো হায়রপাতি। লাইন-নোং মোইরাং নিংথৌ য়িথায় কয়রেমপনা পামেল রুক্রোঙ হোঙকে হায়পাকি ঙাইখোং মরমপুরু শৌশীথৎথিএ ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাপা অমেপাপু কুম্লকরো শনতং নারেং মাসুঙ চিংলকরো সেনচাউ নমতা পোরকরো থাংথ থামেনপোন পানপোল শিংপোল মিতমপাসুঙ পুরকরো। তয়ম খোরী নমোইয়াঙ নঙতি থৃখা নানপী য়িরাং থাকি পামেল রুথুম ঙারৌপাপু তলা হোয়-শোনলুরো পামেল রুক্রোং হোঙকে হায়না পাউমেনখোনকি। খোরী নমোই য়াংতি পামেল রুপু থুংলরে য়িতাইরেম ঙাই-খোং নিংথৌ খোংঙাপা অমেপাতি কুম্লকতে মপারী নিং-থৌপাতুম পুীক্লাইকি মতাইরেম ঙাইখোং মরমপুকা ঙাইরোয়ননা য়িরাং সনা মখোঙ থাতা রাইথুংলর হায়-তপারা। শনতং নারেং মাসুঙ চিংলকতে সেনচাউ নমতাসুঙ পোরকতে মেনাং তনপা হমেঙ চিরইসূঙ চি লকতে রাবয়ই হিমাতি থারকএ। থাংথ থামেন পোল মিতমপাকা পানপোল

শিংপোল মাতি পুরকএ হায়না মোইরাং নিংথৌ য়িথায় কায়রেমপানা রারোইখিএ। নিংথৌ কোলোয় ময়াংপু য়িনতে হায়না মপারী নিংথৌপাপু পামেল রকা থানরে খোংনা লাউনা শিএ অতু নোংকিপু কেকে নিংথৌখোং রাকয়ই হি থারমরো তৌনা কৌএ। পামপা কৈরেন অমসুং তান্ননা ফারে হায়পাকি পামপা কৈরেন খোংরো তৌনা কৌএ।

নরম কংলয় মতাইমাতি কেকে রোক্লরেল মোইরাং থংনরেল পুকফাৎ শাপৈ লউ কাইরই য়েনথা লউ খোইনাই ত ইপি লউ কৌপাতি কৈতৌনোং কিলো হায়রপাতি। লাহন নোং কেকে কয়াপানা ঙাংঙোই কৌপা মপু নিংথৌপু পাউথেমলৈএ। হে য়িপুংঙো ঙাংঙোই কৌপা মপূ নিংথৌরো অয়িম কেকে চাউপা পুও মোইরাং শাংপা য়াইতি লয়রক মইরোমপাসুঙ হননা ঙগতে খোংপাল লুপাকপাসুঙ তেংনা ঙমতে চীউঙ নঙনা হালনা তেংনরাউরো হায়না পাউলুঙইতা। খোইমোম কৌপ্রত মপারী খোইনাই কৌপা অঙাংঙাপু পারী নংতি কেকে থূৎ-নিংথৌপু রোইকুরো হায়না থৌশীথখিএ ঙাংঙোই কৌপা অঙাংঙা লোয়নাই থূন্তাপাতি লাংকোই শারু তোং লোল্লেন য়ুথক চিন মোইথাই য়েনথা শাপাতি সনা চোংলেন থাল চপথাঙ য়ুউরোঙ ফাননা কোরউ নোংথিন পোপোপ মাতা মইপুল হাইচাউ থালনা লোইচীঙ নিলতুম নিল লোইয়া ঙানতুম ঙালনা থূনকুম্লকএ। থূয়োল লুথোপচাউ খোপচাউ অহনপাসুঙ মেনতে

লীশিংথা মেনতোং মুংকায় চীওকি লমকা হৌরকএ। য়াংলউ লমথাঙমাতা লমরোক্লরে। থূয়োল লূথোপচাউ থোপচাউ অহনপানা পাউহংখিএ, কোরউ নোংথিল পোপোপ মাতা মইপুল হাইচাউ থালনা নোংশাথরকপা নঙপু কনানো হায়না পাউহংপাপু। অইনে ঙাংঙোই কৌপা মপূ নিংথৌকি মপারীনে থোইনাই কৌপা অঙাংঙা হায়পাতি অইনে য়িপল অরাং কৌপা মপু নিংথৌনা কে.ক ……ং নিংথৌপু রোইক্লরো হায়না থৌশীথরকএ নঙতি কনানো হায়না পাউহংখিএ। অহাতি ঙাংঙোই কৌপা মপু নিংথৌ চারীক চাকলীক মপান থাপা নোথৈ, মর, লিংপাকি মপারী থূয়োল লুথোপচাউ থোপচাউ অহনপা হায়পাতি অইনে হায়না পাউতাক্লপাকি। কৌপা অঙাংঙানা অইতি কেকে য়িপাচা মোইরাং য়াংপা য়িশিংথাইনে হায়পাতি থঙতে হায়না পাউ.মনখিএ। অতু-নিকিতি থূয়োল য়াংপা য়িশিংথাইপু নত্তে হায়রপাত কাইরই য়েনপু মথা শেৎ তেকপী রোকপু শাপৈ লউনা য়েংনশে। তেকপী রোকশু শাপৈ লউ ক ইরই য়েনশু মথা শেৎনা থূৎতম রাচ্গ য়েংনপাপূ শোয়নতরপাকি। কেকে য়িপাচা থূয়োল য়াংপা য়িশিংথাই অরেপপা রোইনরে। কেকে য়িপাচা মোইরাং য়িয়েনলুপু রোক্লরে কেকে য়িপাচাপু থংনরে হায়পানি পু কেকে রোক্লরেল মোইরাং থংনরেলরো তৌনা কৌএ।

নরম লমলেন মতাইমা নাচৌরো কৌপাতি কৈতৌ-নোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কে.ক মোইরাং

নিংথৌ থীক্রী নাচাউপানা অরাং কৌপা লউচিংথৈতা য়ারউ শাচাঙ্ই লোইমোম কইহোংঙইতা মরান ব্রোন্তেরক্লপাতা নিংথৌ মমাং শ'শঙপাতা য়ারউ শানুরা অমাপু চেনঙমএ। লীরা তেনকা থোং লকা তেনমই লাক্লা কাপথোকখিপাপু। শারেল ব্রুনপী চফম লেংনা তেনপাল্লে। য়ারউ শসূঙ মনা চাউভ্রমএ হায়পাকি নাচোরো তৌনা কৌএ। য়ারউ মাকি শা ফাকম অসিপু চমলউ লাকোন শেয়া থারমএ। চংপী লারাকসুং করম চাউপানো লাচাউব্রা কৌপাপু। কেকে তাপু থিপা মোইরাং হইমন তানপানা শাকা লাকা পানা থোনলমএ। অতু নোংকিপু নাচৌরো তৌনা কৌএ।

নরা তউপুন পোইচু চুম থাসতেক খোইচুমান কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো। লাহন নোং কেকে মোইরাং থঙপী লীব্রাহনকা লুব্রাঙ থরঙ খূনুচাকা মপাতাউ অনিমানা লোইতাম মেরা থা ব্রুনকি মহী তারকপা থাঙয়ি অঙন ফৌকাক লউপু কাইতে লউশঙ শানা থাংয়ি চাহই ঙাক লোইমোম ফৌরোং শঙএ। লাংপল তউসনা তউরীক্লাই। পাথং খোয়রাপা চীনমেলনপা তউ। তউতি থামপী মইথোঙ নিপাল হুৎপাপু। অরাং কোরউ নুমিতাং ফক্লাং লোনচা নুংতা ব্রালীনরমপাপু। হয়েং লাইরেন য়িনোং ঙানলক্লপাকা। ফক্লাং লেনচানুংকি লউথোক্লুপাপু। খুতাং তাংমা য়ইনা নিংশা থিনকায়রুপাপু। তউরেল থাঙতাপ পোপ্না লিলা হাচেন নাইঙমএ। লুব্রাঙ থরঙ খুনুচানা পাউমেনহিএ। পাথৌ মোইরাং থঙপী লীব্রাহলরো তউতি অসিপু নঙনা।

কেংকেচা পাথং মোইরাং চন্নুরালকতা থাউগা হেপ্লরু লয়কাই পোইনরুপারা। তউরেল থাগতপ পোপ্পা লিলা হাচেন নাইগ্রমএ হায়না পাউমেনপাপু। পাথৌরো অইতি কেকেচা পাথংলক্তা থাউগা হেপ্লতে। মোইরাং চন্নুরা লক্তা লয়কাই পোইনতে। পাথৌ নঙ্গনতুম নোংপাল চন্নুরা লক্তা থাউগা হেপ্লরু লয়কাই পোইনরুপা নিংগুইনে হায়না পাউথুল্লপাতা। লল্লাং খরঙ থুন্নুচানা পাথৌরো কোলোয় শোরিপা য়াথং মীনমপাপু করিকি প উমেনপানো। কোরউ নোংনা য়েং মালেম লয়না থঙশুনো হায়না কামপী মৈথু থূ রায়শেং ফায়া য়ীক। খোইচু তোলোং য়ীকপানা মইখু নোংলোন কাপাতা রাচুমশে হায়না। তউরেল মশুং লাংকি রারম অরেমপাতা তুনুং লংলা পুনকুম য়াথং খুরৌননা খংনরপাতা। থামপী কামপী থক্তা খোইচু তোলোং য়ীকনা রাচুম য়েংনপাপু। মইথু নোংলোন কাপানা কেকে য়ুমলক চঙখিরে। পাথৌ মোইরাং থাংপী লীরাহনরো। মইথু নোংলোন কাপানা রাচুম থঙলপানিকিনা। পাথৌ নংপু রাপইরে হায়না পাউ-মেলনরমএ। তউরেল মশুংলাংকিপু রারম তুনুং লংলা পুনকুম খংনরমএ হায়পাকি তউপুনরো কোএ। খোইচু তোলোং য়ীক্না রাচুমনৈএ হায়পাকি থানতেক খোইচুমানরো কোএ।

নরম লম্লেন মতাইমাতি থোংচাউ খারোক লেনপা মাপুমাঙপু নাতৈননা। চকপা খুরোয় লমলাংতোঙরো কোপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং

নোংপাল নাপুপানা কাওরেল লাংঙানুপীপু। মোইরাং অকোংচামপানা। মপল পলেম মমা থোইয়া থোইতিংচম নিংঙোনপীকিতমকপু। মপাম থোইয়া রাহোঙকে হায়না রাতানপাপু। নোংপাল নাপুপানা নাতারপাকি। কাওরেল লাংঙনুপীপু থরায় লাংকোলকে হায়না নীংথনলপাকি। কাওরেল শায়াঙথক্তা তোংনা লুএল লানচেনলকএ। মোই রাং নিংথৌ অকোংচামপাপু। কাওরেল মতুং ইনলকপারা হায়না পূক্লিং অকি চঙলুরপাকি। শানৌ য়েংইপুনাই কাওরেল লাংঙনুপীরো। নোংপাল অতিতি কাওরেল নঙকি শায়াঙথক্তা তোংনা মিংয়েং শানখৈকে। কাওরেল নঙতি শায়াঙ পোনথংলো হায়না পাউমেনপাপু। কাওরেল লাংঙনুপীন-শুঙ মানপী শায়াঙ পোনথংলকএ। অতু নোংকিপু চকপা হাওরা লমলাংতোঙরো তৌনা কৌএ।

নোংপান ফান্তেক সোক্লাইপা ময়ুমফমপু নাতৈননা ঙাইথোংরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো। ঙাইথোং নিংথৌ থোংঙাপা অমেপানা য়িপারী নিংথৌপাপু মোইরাং লোইহাথিপাপুল'কতরে। য়িতাইরেম ঙাইথোং থা শাফপা লোকলউ লুমায়তেক শাফাপারো। য়িপারী নিংথৌপাপূ য়াংতৌ লমথাঙমতা লমরোক্লুরো হায়না থৌশীরকএ। কোরউ নুমিৎ চুপপাপু য়াংতৌ লমথাঙমাতা য়িশঙ লইনা থলনা শীংলেন অরেমপাতা ঙাইরমএ হায়পাকি ঙাইথোংরো তৌনা কৌএ।

হাওয়িন য়াংকোই পুঙ লীক্লাং তারাউ পরেং কেন।

মচি হাওরমহনপা লুতুরায়। হাওরম অতোনপা থাঙয়ান লম। হাওরম শীঙথোঙ য়াইমপা মীকপ লম। পানথোক পোক-য়ি হউ হা। কেকে মোইরাং থোংলেন অথৌপা হাৎনলম। থৃমন য়াইথিঙ অয়মপা কাপ্পলম। থিংকোল পনচাউথা। কেকে লোকতাক রানপারেল। নোংপাল হিন্নচামপা মরম-থৈপু নাতৈননা লোকতাক রানরানপারেল কৌপাতি। কাওরেল লাংঙন্নুপীনা চীঙলক অচনপাতাকি নাচৌ লম্মাহনপু তালনা লাইচ য়িয়ায় থায়না রান্না শিনা লাকএ হায়পাকিপু রানপারেলরো কৌএ। কাওরেল মাপু লোকপিরকএ হায়-পাকিপু লোকতাকরো কৌএ।

নরম কংলয় মতাইমতি। চীঙঙ, থংচীঙ কোয়রেল নিংথৌপানা। নমু মীশা চাপা-'চ'-কোপা থোইয়ম লাই হিংচাপাশিংকা লানথেংনঙইতা। লান লোকএ। হয়িঙ্গইতা কেকেনা মিকৌনা মোইরাংনা রাত য়নপাতি লান ঙম্নপাপু লোকপা কৌএ। লাই হিংচাপা পুন্নমাপু তাক্লা তুম্না হাৎলে। অতু নোংকিপু লোকতাকরো তৌনা কৌএ।

লোকতাক লাইচ থোঙম্না কোয়না। চীঙহউ লয়ঙাঙ থাঙপী হাওচেং পনতোনয়া কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কেকে হেপু সনা লাথ্যা মমোম লয়মা য়োয়রেন তোমপোকপী কৌপী অমা শাৎনৈএ। লাই-রেন মইতেংঙ নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপা কৌপানা। কেকে লয়কোয় পুঙতাকি। লয়মা য়োয়রেল তোমপোকপীপু

অপ।ম পুক্লিঙ চঙলপাকি। হে য়িতাইরেম কেকে খূনতাংপা মোইরাং নামোই লৌশিংপাব্রো। য়িমান নিংথৌ হেপু সনা লাথ্বাতা হায়রুব্রো। সনা শেনকি তেংকোৎ থাঙচেংপা অসিকা সনা খূৎতোপ তমপা থিনপাকা। সনা লীকথোম তুমশাপা অসিকাসুং য়াওনা। চরই ফিথুৎশা অপানপাতি পানতা থোং। তাউচীং হইরাং অরায়পাতি নুংতা চল হইকু পোৎতম শেম। খুরায় নহা ব্রাইরংপা মকাই য়াকা হইকুপাপূ পুনা পাচা থৌথিংলু শেনকূ নানমলুব্রো। হায়না থৌশীথিএ। য়োইরেন তোমপোকপা কোলোয় ময়াথংপু শমু লুতা থোংনা। মতাই.রম নামোই লৌশিংপাতি কেকে লয়কোয় পুঙপু য়িনতানলক্লে। কেকে খূৎনিংথৌ হেপু সনা লাথ্বাকি শমু মাঙতা থানা মইতেংঙু কোলোয় ময়াথং পুরকপাপু পাউতমচথিএ। হে য়িপুংঙো কেকে খূৎনিংথৌ-ব্রো। মাকলউরেম পোইরই ময়তই নিংথৌ য়োইরেন তোম-পোকপানা নতাইরেম অইপু থৌশীরকএ। নমোম লয়মা য়োয়রেন তোমপোকপী কোপী অমা লৈএ হায়পাপু নাতাএ। পোইরই চানা থায় ব্রাংঙম নুব্রা তেমঙমতপাপু তেম্মন্নকে হায়না নিংথৌ খুতোল কৎনা পাউতমচপাপু। কেকে খূৎ-নিংথৌ হেপূ সনা লাথ্বানা পাউথুমঙমএ। হে য়িতাইরেম নামোই লৌশিংপাব্রো। অইতি য়িমোম লয়মা য়োয়রেন তোমপোকপী কোপীপু শাৎনতেএ হায়রপাকি। নামোই লৌশিংপাতি পোইরই সনা পুঙপু তালনা মরান ব্রোন্তেরক্লে। পোইরই ময়তই নিংথৌতা শমু মখূৎ লোননা পাউতমচখিএ। মোইরাং লয়মা য়োয়রেন তোমপোকপী কোপীপু শাৎনতে

হায়না নমান নিংথৌ হেপু সনা লাথ্‌না পাউমেনহৌমএ। তৌম্বিকিতি ম্বিতাইরেম নামোই লৌশিংপাব্রো । ম্বিমান নিংথৌকি মচা লয়মা য়েয়্যরেন তোমপোকপী কৌপী মহাকতি শাংনতপা মহাকলা হায়না নিংথৌ য়েয়াইরেন তোমপোকপানা পাউহংপাপু। লাইরেন ময়্যতেংঙ্‌ ম্বিপুংঙো তাউব্রো। মমোম লয়মা য়েয়্যরেন তোমপোকপী কৌপী মহাকতি। মালং অহুম চলহনতা। কোরউ নোংশা মইনসুং লাংহনতে। চীঙই নোংনিংথৌ অব্রাং পাথঙ য়েয়্যরেন-পাতা কাওচনকে হায়না লোইতাম থাপুম থূতি'তা তুম্নুং লংহৌ মোইথাপমাকা চাংকা তমনা থমলিএ হায়না পাউতমলপাতা। মতাইরেম নামোই লৌশিংপাকি য়াব্রা মপাউ তারপাতা নিংথৌ য়েয়াইরেন তোমপোকপনা পাউ-মেনলকএ। অতুনিকিতি ম্বিতাইরেম নামোই থূনতাংপাব্রো অব্রা পোৎথাখিকানো লোননা অমরক কেকে লয়কোয় পুঙতা হলব্রাইক্রুব্রো। মোইরাং অমরক ব্রোনতেক্রুব্রো। লয়মা য়েয়্যরেন তোমপোকপীতা সনা খুৎতোপ তমপা খিনপাকা শারীক থোমতুম শাপা অসিকা পীনা অমরক পাউথেমলুব্রো। মতাইরেম নামোই লৌশিংপানা সনা লীক খুতোল পূনা কেকে লয়কোয় পুঙপু ম্বিনতানখিরে। লয়মা সনা য়েয়াই-কোনন্নুংতা লোননা চঙখিয়ে। লয়মা শমু মাঙতা ফমনা শমু মথুৎ লোন্ননা পাউথেমচখিএ। ম্বিপেন্সা লয়মা য়েয়্যরেন তোমপোকপীব্রো। লাইরেন মইতেংঙু নিংথৌ য়েয়াইরেন তোমপোকপা কোলোয় ময়াথংনে। পোইরই কংলা থোনলাংমইতা পোইরই চানা থায় ব্রাংঙম নুব্রা তেমঙমতপাপু

তেম্মান্নশে। থৌতু তুকুমপাপু য়ুংমন্না চেঙচা তুকুমপাপু থিন-মন্নশে। মীতু শক পাম ব্রা মীমৌ তাংথ ব্রা মোমন্থু খুৎতোপ তেনলি ব্রা। লউরক শীঙকোং ব্রা। পারিং লাংশং ব্রা। মোমন্থু সুনা হাওতই পুনকুমপাপু পোইরই তীঙঙি ব্রাফোঙলকতা লংলা মরোন থিকুমনা থোকমন্নশে হায়রকএ। লয়মা কোলোয় নয়াথং নোংতা পুহান লীক লাংপন চীঙশাং খোইরেল হীকুম-পাপু তাঙনা থঙলকরো হায়না নতাইরেম অইপু থোশীরকএ। মোইরাং লয়মা য়োয়রেল তোমপোকপীনা নুপী কোলোয় ময়াথং ব্রারক নুমনাং অপিশাকি য়াথং খোনতা মানপীনা য়াব্রা খোনচেল মিনা পাউথুমঙমএ। য়িশাগী লাইরেল ময়তেংঙু য়োইরেল তোমপোকপাকি কোলোয় ময়াথং অসিপু ব্রারম ভরোকপা মহাক.ন। তৌয়িকিতি য়িপল কেকে থুৎনিংথৌ হেপুসনা লাথ্বা য়িব্রাং পুরীকলাইনা পোইরয় পুঙতা কাওচন-রোইএ। লাইরেল ময়তই পুংতা থাচরোইএ হায়পাকিপু। কোঙয়াঙ ব্রারোল থা। পামেল ব্রুরোল য়ুং নযু কন কুমপাপু থঙহন্তনা তেৎনৌ পনলোন থানা থমলিএ। য়াথং হায়থোক ঙমতে পুক্লিঙ শোংকি চঙএ। হায়না পাউথুমপাপু। নামোই ফুচা রাহোন চৎপানা য়াথং নমনা পান্থিহংলকএ। লয়মা সনা নয়াথং য়াথং অথুমপাপু পীনৌরো পোইরয় সনা পুঙতা হল-ব্রাইরকে। তয়ম নমোই লৌশিংপারো ফরে অতুনিকিতি। য়ি-শাপী লাইরেল ময়তেংঙু নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপাতা হায়রুরো। লয়মা নশানৌতি কোরউ নুমিৎ তরেংনি শুরকা লোকতাক পাশান্না করাং ঙমলোন্নরা থামপী তউচেন্নরকে। লাইরেল য়িশাপীতি। মরউ খোইপুং লৌকা চাউনা। য়াংলউ

লমথাঙমাতা লমরোকঙমরো হায়না। লয়মা সনাময়াথংপু তাঙনা থঙহনলপাকি। নামোই লৌশিং পাতি নিংথৌ মেনলোং মথুৎথোল শারীক থোমতুম শাপাকা সনা থূৎতোপ তমপা থিনপাক্কা অনিমাপু লয়মা শমু থূৎশিন্নরমলপাকি। নমু কনাকুমপাপু থঙহন্তনা পোইরয় ময়তই পুংতা হল্লাইখিরে হায়তপারা।

লাইরেল ময়তেংঙু নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপাতা। লয়মা কোলোয় ময়াথং। নোংতা পুহান লীককুমপাপু য়াথং পরেং শীৎনা পাউতমল্লুরপাতা। লাইরেল ময়তেংঙুনা তয়মরো অতুনিকিতি। পোইরয় লানমী পুয়মাপু য়েনয়োম থোমহান তমনা শারঙ লানলঙহনলো। রাকয়ই য়িথুনেৎ তোংচেং হিরাপা য়ারউ শাচল থোঙতাঙপাপু কায়না হুলপা। তোংচেং কাপু পীঙমপা। রাকয়ই লুকচি পুমতা তোংচেং রশা পোপত্রা। কোনথাঙ চারল লেংতরিপা হিপু। লাইচ য়িতা থানা। শেনতাং য়েনথী কুরাক হুমতং শিপাপু। থোইচু পাকনম তকনা হিয়াঙ কংতং থীৎনা ঙাইথমরো হায়না পাউমেনলপাতা। অশাইঙইকি মোইরাং লয়মা য়োয়রেল তোমপোকপীসুং। মনাই থৌংল য়াম। হুমাই থোকশাং থালনা। মপল সনা য়োয়কোননুংপু তালনা চঙখিরে। মপল য়িরাঙ পুরীকলাই হেপু সনা লাথানা পাউমেনঙমএ। য়িমোম লয়মা য়োয়রেল তোমপোকপীরো নঙপু। নমু কনাকুমপাপু থঙহনতা শানথুপহনলিপা নৎতপারা। করিকি পানম চৎথোক্লকপানো। মামোম

লয়মা নীংথিপীনা পাউথুমলকএ। য়িপল য়িরাঙ পুরীক্লাইরো। লাইরেল ময়তেংঙু য়োইরেল তোমপোকপাপু করিকি শোং-কিরুকাপানো। লাকচ মানা করি থূতুম চনলকাপানো হায়না পাউথুম্লপাতা। মোইরাং লয়মা য়োয়রেল তোম-পোকপীনা য়াথং নমনা পাউমেনলকএ। য়িপল কেকে খুংনিংথৌ নিংথৌ নরুমপানকি। থুয়া য়িচোংতা থুতোল লাপা নাহইতনা পানলে। হয়েং য়িপল নিংথৌ নমাননপা অমতা কাওচনরপাতা। নিংথৌ নরুমপানকি। লোকতাক পাশান্না করাং ঙমলোন্নন। কোরউ নুমিৎ তরেংনি শুরকা থামপী তউচেলনরুকে। মপল কেকে খুংনিংথৌনা পাউথুম-লকএ। য়িমোম করি রানো। নপল অইনাতি পানম চং-থোকফরোই হায়না থৌথামলকাতুম কোলোয় হনমপাতুম পাউথূমলকপা অশিপু। হায়কনো হায়না থৌথামপাপু পাউয়াতনা। হনমা হননা পাউমেনলপাকি। মমোম কোলোয় মতুং য়িলনা পাউমেনলকএ। য়িমোম লয়মা নীঙথিপীরো। কোরউ নুমিৎ তরেংনি শুরকা। লোকতাক পাশান্না করাং থামপী তউচেলনরুরো। নাতাইরেম কারোঙ য়ুমলেনপম পিপা। শেকপা শেকশা নাউচাপু। রায়র শাশীঙ শু হুএল লানশীঙ কক্লপাপু লোয়নথিরো হায়না। নিংথৌ য়াথং অরেপপাপু তাঙনা থঙহনলপাকি। লয়মা পুক্লিঙ মথোই থোং। মরাল য়ুমকুমথিরে।

কোরউ নোংপুম নুমিৎ নিপালনি শুথিরপাকি। মপল য়িরাং সনা লাখ্রা। রাকমই মথূনেং হিরেল কাইশাপাপু।

লাইচ ম্বিতা থানা ঙাইথমলে। অহিং খোমলেন তুমখুনতা। নোংয়াই শোয়পা মিংয়েং নাউশূমতনা। তরা চায়োমলে ব্রাংলই থোমহানলে। হয়েং কৌপা য়িনোং শোয়। য়ামপী কউনৌ চোং। শেনতাং চীনলোন চল। শেমপাং লোঙ্গৈয়া কেল। নোংপোক লমনা চাউপা মারাঙ্গীতা। করাং থৌপী লোকমায় হেন। শাতু চীঙলাই ঙালনা। অঙানপাপু খিং খিং য়াকারকলপাতা। মপল নিংথৌ সনা য়োয়কোন্নুংপু তালনা য়াচঙখিরে। নিংথৌ সনা মখোঙ থাপু মালেম লয়তা পক্লা পুরুমলপাকা। মপল হিরাং সনা লাথ্বানা পাউমেন-লকএ। য়িমোম পুক্লিঙ মতুং য়িলনা লোকতাক পাশান্না করাং ঙমলোন্ননা থামপী তউচেলনরুব্রো। নিংথৌ য়াথং থারপাকি লয়মা পুক্লিং হারাউ থোইনা। মপলকি ব্রাকয়ই মখুনেৎ হিরেল কাইশাপা। ব্রাকয়ই লুমায় তোম তোংচেং নাউনি লোঙপাপু। হিশঙ চোঙমা লইনা থলনা। ব্রাকয়ই হিকুন্নুংতা ফমফমলে। মতাইরেম কেকে লানমী চাম্মঙানা। খুমু নউরোং খুৎতা শূনা। হিয়াঙ কংতং শীৎলে। কারোঙ য়ুমলেনপম শেকপা শেকশা নাউচানা ব্রাকয়ই হিনাউ শারে। লোকতাক লাইচ য়িয়াই থায়। করাং ঙমলোন্ননা থামপী তউচেলনখিপাপু। লাইরেল ময়ুতেংঙু য়োইরেল তোম-পোকপাতি। পোইরয় লাম্মী পুয়মাকা। তীংঙিকুম পুকহুরে থারাকুম লোব্রোনলপানিকিনা থিংলউ পনচনলে। ব্রোকলেন পনকোয়রপাকি। নমু মীয়াম শিরে। মতাইরেম কারোঙ য়ুমলেনপম পিপা শেকপা শেকশা নাউচা। তোংচেং নাউ-তোল থকতাকিনা। শমু মখুৎ লোলনা পাউমেনচরমএ।

হে য়িপুংঙো লাইরেল ময়তেংঙু য়োয়রেল নিংথৌ তোম-পোকপারো। নতাইরেম অইপু বায়র শাহিংনে। হুএল লালহিংনে। নমান নিংথৌ হেপু সনা লাথ্য। কেকে য়িনিংথৌতা কোলোয় করিকূমপাপু পাউতমলুশিপানো। হায়না থরায় মমিরেলপু হিং নপা ঙাঙথোকথিএ। হায়পাকিপু লয়ঙাংরো কৌএ। তাঙচ মরইতোলপু শেংএ হাওশেং পনতোলয়া কৌএ। লাইরেল রাকয়ই মথূনেৎপু থাংনইএ হায়পাকি থাংপীরো কৌএ। লয়শা য়োয়রেল তোমপোক-পীপূ লোকহৌরকএ হায়পাকিপু চীঙহৌরো তৌনা কৌএ হায়তপারা।

নরম লমলেন মতায়মাতি নোংপাল থৌখু নুমানপা। করাং নুঙখঙ চীঙ। করাং মপীথেল। কেকে খুৎলঙ হং চপী। মোইরাং মোইপী অশৈপীনা। মইহুম য়াতা চীকনা করাং কুমশারাই। মানশা লয়গা চাউনু চনু মচীঙলেন। হুএল লালনিকিতি। নোংয়াই শাইপকপা। থুমল শাইতাংপা মতিংকোকনা হিনাশা। মশোয়রুনা তেংমায় লেপ। পাথং শাকন পাংমানা। নউরেং খাঙতপ পায়। পাথং শাকন পাংমানা। থোইশাং লমতম লুলনা। লাংপল তীনপী মরু তুপনা। থোইয়া চীনতাই মেলনা। ঙামু তোকতউ থেম-পাকা। হউরা থেলনুসু কমপোং মইরা চাউকুমপাপু। লৈমু শেং তাকনা। লয়হউ শেংরোইনপা থেললেন য়াইনে।

নরম লগলেন মাতায়মাতি। খোয়োল থুনথৌপা মশোয়রেল। অঙৌপাতি কারেং খোং। হাওপা নহা

শে.য়শেন লমপু কালনা চোংনা। হাও.রঙ চীঙখুৎশা। হাওরেঙ নিংথৌ পুয়ান শাফাপা ময়ুমফমপু নাতৈননা। থাঙকা চীংলেন পললংলা চাউথোইপা। কাপা পুরাং নিং-থৌপা মচীঙলেন। কেকে মোইরাং থারাম নহা লায়রপা মচীঙ থঙ। নোংচুপ বরা কোঙয়ামপী মচীঙয়োল। নোং-য়াই মাঙঙ হাওভৎচানা। নোংয়াই মশল পুঙপু নারেং তাউপা পীনা থানলউ চীঙ। য়ারউ শাকং পরেং মাসুং থোংথিএ। য়ারউ শাকং পবেং চীঙ। তিমেল তায়াই মাসুং হাপথিএ। তিমেন তায়াই চীঙ। শংকাই য়াইনম মাসুং থোংথিএ। শংকাই য়াইনম থোং। থাঙকা চীংলেন নাপোম তরানিথোই শুপা চীঙপু নাতৈননা। মুকাপ অশৈ-পানা য়িশৈ তেরান রাই। মুকাপরো কৌপাতি কৈতৌ-নোংকিনো হায়রপাতি। থিঙপাইচম চনু মচেক থঙ। অরাইলোকপম লয়মা মলুইথৌ। লোইপী চীঙ কাকলেন কাকলেন শাকময়ু। কোরউ নোংশা রাই। নোংলাং অতিংঙাতা। য়াংলই তাউপা লুইথোল শংশঙ শংশঙ থোকনা থোংথৈপা চেকপু। থুংথুরা হংকেল তোংপা। তমপা হাওরুথোই পাফাপাকি। রায়র মতেল চানা। পামেল তেরা বুতোল থককি কাপথরে হায়পকিতমকপু মুকাপরো কৌএ।

নরম লমলেন মাতাইমাতি। কেকে মোইরাং থাই-তোল লৌথীপানা। নোংয়াই শাকপ চীঙ। লুরাং লাংহৈপী থেলকি। য়াংমোম ফান.তক অচাপা চনুপু

হোইথিরুইতা। মরুমপী লয়মা হাওনুশং নুরৈনু শাফপীনা য়াইপী কলহউ নীক। তিনলাং মথোয় শাওরপাকি। মতু নিংথৌ খুঙথুরা হংকেল তোংপা। তমপা হাওরুথোই শাফপা। কাপুরা লৌথীপাপু থৌনেকথিএ। য়িতু নিংথৌ-রো। পাইরউরেম কেকে মোইরাং থাইতোল লৌথীপানা। য়াংমোম ফানতেক অচাপা চনুপু হোইথিরুরপানিকিনা। রারম মহৌশাপু থাথোকলে। নমোম অইপু তরা চমনথিকুম থানাক নীক। রাংলই য়ুমনথিকুম তিনচুয়রে য়িতু নিংথৌ-রো হয়েং কোরউ নুমিৎমাতি। মরাল নুহোঙ থোঙতোং-লককে হায়পপু নাতারে। অসিনিকিনা থাঙলেন খুৎতা শুনা নতোম থৌনাপীয়ো। হায়না পাউমেনলপাকি। মতু নিংথৌ খুঙথুরা হংকেল তোংপাতি। থাঙলেন মখুৎশূপু। থৌতু নুঙমায় শীৎ। লাইচ থীকফেন চাইনা ফেঙলমএ। কেকেনা শৈশরু মোইরাংনা তেংথানপাতি। থৌরপাপুতি থারপা কৌএ। থাঙলেন মখুৎশূপু শমু খুৎতা শুনা মতোম লাইচ য়িশাকথক্তা ঙাইথমপাপু। কেকে মোইরাং থাইতোন লৌথীপানা নাতারপাকি। মরউ থোইপুং লৌকা চাউনা। লয়মা য়াংমোম ফান্তেক অচাপা চনুপু। পয়া পামোং লাক। ফকলোং তাইকোননুংতা হাপনা শানথুপলপাকি। চেংলউ শক-রূতনা হলরাইরকপাপু মতাইরেম মুকাপ অশৈপানা অশৈ তেরান্নঙমএ। হে য়িপুংঙোতা খিং খিং হইরি পূংচা কাপুরা লৌথীপারো। য়াংমোম ফান্তেক অচাপা চনুতি। পয়া পামোংলক ফক্লোং তাইকোননুংতা। মতোম শানথুপ-পাপু করয়া চেংলউ শপরূতরপানো। মুকাপ অশৈপাকি

অশৈ তেনান ঙমপাপুন তারপাকি। থিংলঊ নীংনা তেনা হলব্রাইখিরে হায়তপারা। থাঙলেন মথুৎশুনা পয়া পামোং তূপ। ফক্লোং তাইকোন থায়না য়ানথৎপাপু। য়াংমোম ফান্তেক অচাপা চন্নুকি তাঙচ মরু তোলকা। শমু মথূৎ তোলকা থায়না তুপ্পা য়ানথৎলে হায়পাকিতঃকপু। থায়চ সোয় রো তৌনা কৌএ। পাইরঊরম কেকে মোইরাং থাইতোন লোথীপানা হেকঙাই মপাঊ চাউনা হোয়শোনলমএ হায়পাকি হোয়শোন পালব্রো তৌনা কৌএ। লয়মা মশম মনা ফানা তাউথোক্লমএ হায়পাকিপু। শমচাই লম্নুংশিব্রো তৌনা কৌএ। লয়মা মপুক মরিল তেইনা তাউথোক্লমএ হায়পাকি পুকতোইপীব্রো কৌএ। য়াংমোম ফান্তেক অচাপা চন্নুকি মানমঊ মকানকনা। থাংচিং কেকনাক নাপাকপাপু শাল ব্রোনখিএ। য়ারেল থোংচি তেলনা হয়কক লাইচ মিনায় শীপাপু শালব্রোনখিএ থাঙাম থোংলী লাকাপীচানা। থমোন লীনাইপাপু শালব্রোনখিএ। শমু মহকশাংতি খুন-চাল মচি কাইরংপা মসোয়রেল। পোমপী ব্রুরোক শিয়াল লমপু য়িলনা তাউথখিএ হায়তপারা।

পোমপী ব্রুরোক শিয়ান লমব্রো কৌপাতি কৈতৌ-নোংকিনো। লাহন নোং খুনচান মচি কাইরংপানা। লেমলই অকুম সোয়। ব্রানচেং অকা সেয়পু সোয়রউঙইতা। মরুমপীকিতমকপু। ঙাপা মিতং লেং। নোংপাল থোরই চকো শানা য়োয়থোনলকপাপু। মরুমপীতা ব্রাইথুংলুপাপু। মরুমপী ব্রাঙঙু চেংঙা চন্নু। য়ারা থামপল থীপীনা

পাউমেনথিএ। শাপী য়িপুংমনাই থুনচান মচি কাইরংপা-রো। নঙপু লম্লক লু-থুমনা। মনুং থোঙকা পারইনা। নুরা থুতই ময়তইনপা। চোমলাং কাউপী লন হোংনপাপু লৈপা মানলে। নংনা ঙাপা মিতং লেং নোংপাল থোরই চামপা চকো লই। থোরই চকো শানা য়োইথোনলকপা অসিপু। লেমলই ঙামিৎ চুপ। রানচেং শূচা নমনা রাই-থুংলয়ে। থুনচান মচি কাইরংপানা পাউথুম্লকএ। শানৌ য়োয়পুনাই য়িনেম্মচা। রাঙঙু চেংঙা চনুরো। য়ারা থামপল থীপীরো। অইতি করিকিপু নুরা থুতই মায়তইনা। চোয়াং কাউপী ললহোংনপাপূ করি নৈরুকপানো। নপাম কেকে লমনা তাম। নতু মোইরাং লমনা থাপপাকি। লেমলই ঙামিৎ চুপ। রানচেং শূচা নমনা রাইথুংলপানে। নঙনা থাচতরপাতি। নঙপু পুপা কায়তোং লউরো। চীঙপু লম-য়েং লউরো। অইতি মুরুকপা য়িশঙ শা শাতনপা য়িকাইফম। সোয়রেল অইকি থমঙাক শঙতা। থামপী মইচাউ হোনা মইথূ নোংলোন কাহনকে। সোয়য়ু অইকি পনলাং থক্তসুং লইতাক পোমপী শেককুরেক অংঙোপাকি পোমপী মশা ককনা য়ানকে। নঙ মিৎয়েং শানথৈরো। হায়না পাউমেন-লপাকা। সোয়রেল মাকি থমঙাক শঙলমতা কুমথখিরে। লমশঙ য়াইরেকফমপু য়োরপাতা। থামপী মইচাউ হোকৎ-লপাতা। পোমপী শেককুরেক অঙোপাকি। পোমপী মশা ককনা সোয়য়ু পনলাং থক্তা য়ানপাপু। মোমনু তালোয় মরুমপী রাঙঙু চেংঙা চনু। য়ারা থামপল থীপী। ফুপা কাইতোং লউ। চীঙপু লময়েং লউপীনা। মমান মচাকি

মইখু নোংলোন কাপা। পোমপী মশা ফৌপাপু ঙৌনা বুরপাকি। য়িমান মচা খুন্চাল মচি কাইরংপা অসিপু। নুরা খুতই মায়তইনপাপু লৈতপা মানলে। য়িমান মচাকি ঙাথিপা মশগুশা। লমলেকপা মকাইফমপু। য়িপাম কেকে লমনা তাম। মোইরাং য়িতু লমনা থাপপাকি তৌপা মানলে। পোমপী মশা ফৌপা। মইখু নোংলোন কাপাপু। লাপনা বুইএ হায়না ব্রাচুমনরমএ। অতু নোংকিপু পোমপী বুরোক শিয়ানলম। খুনচাল মচি কাইরংপা মসোয়রেলব্রো তৌনা কৌএ।

নরম কংলয় মতাইমাতি। ঙাথা পাৎ শৌপোন লোইপু নাতৈননা। শোমপা অউরী কোল। অউরী অউরা কোল। ঙাংঙোই শমুক কোলব্রো কৌপাতি কৈতৌনোং-কিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কেকেনা খুনলেপকে। মোইরাংনা খুনতাকে হায়না। তোকমু লয়তঙ ফেন। মালেম লয়কম তউনা। কাওরেল শনকোল শেমনা। মানপী শনয়াম কিরমএ হায়পাকি। ঙাংঙোই শামুক কোলব্রো তৌনা কৌএ।

নরম কংলয় মাতাইমতি। লয়কনথোং থমপা থোং-য়াতিং থোংপু নাতৈননা। থোয়োল থাংকারুংপা মসোয়-রেল। থাঙলেন লুচঙ সোয়। ব্রাপা অয়ামথোং। য়োইপু লইমা নোংথাই নিংথৌ চনু য়াব্রা ফমলাং চাল। মতু য়োয়পা নহা ফানৌচামপা মসোয়রেল। মাউপী বুঙাম ঙামচাউ সোয়। থাঙকা যুংপী থোং। চীঙলক অচনপা। চীঙং-

নমতা পোনা। নাউরা নঙপু চীঙঙ্ নরাইপকপু করম থীরক-পানো হায়না মিকপথিএ। পারী নঙপু কোরউ নোংলাউ থীকুম মিকপ্পকনো। নপল অইসুং লায়র অতোন তারপা-নিকিনা। পারী নঙপু লাংকোল ঙমলরোইএ। নপল হৈনা মতুং ইন্না থোইয়ম লাইরোইমিন্নখিরো। নপল অইসুং থুনলক তরা চানিক্লরকে হায়না। মপারী নাউরা অপিশাপু। মরান মাকি মোংপা শঃকাইন্নুংতা শুমলম্নপাকা। মপল সারুল লায়রপাতি। থুনলক তরা চানিপা চংথিরে হায়তপারা। মপারী নাউরা অপিশাতি। মপল অনিমানা লয়রাই থোইরী তংকুম তংনরা। থোংনাং লা'চুরিপা কনলউ হই। লয়তাঙ থরো মানপাপু। লুপা হইশোই থাঙনা। ক্বা শুংতাই থায়-পাকুম থাইনরা। নোংপোক হাওশম ন্নুরাপী শমপুননা। শমু নমতা লুলনা লুনলাল্লমলপাকিতমক। য়োয়ময়াই লাইরেল অঙানপাতি। মহ্নম থোংনাং পাং। থেংনাং ময়াং পাং-খিরপাকি। চীঙন্নুং মইনা ব্রুয়া থেন। থমন্নুঙ মইনা থোক-মই নেমনা। থাঙকাতোনপা নারল শিরক্লপাতা। মপলকি মরান য়াইতা। অঙাং হেকঙাই মপাউ চাউনা মিকপ্পপাকি। মপল পলেম মমানা। মপারীকি নাউরা মিকপথোলপু নাতা-রপাকি। মরান মোংপা শঙলেন য়াইতা চঙলকলে। পারী নাউরা অপিশারো। হেকঙাই ন্নুংয়েং চেংনা মিকপ্পকনো। নপল থোইমোম য়িরলকুতুম নাতারো। হয়েং য়োয়মযাইনা ব্রাংনা কা। থবি ব্রাংনা তন্নলক্লপাতা। নয়ুম থোংনাং নপুঙয়াইকি। লাইচ য়িবম অচৌপাতা। লেমলই অকুমপা ব্রানচেং অকাপাপু। ঙাপা চোপতা থেমনরো। থোইয়ম

অঙনপা চীঙঙু কুমতমপাপু। লাইচ য়িরম অচৌপাপু য়িলনা কারকঙইনে। পুক্লীং শোংকি লৈরুকানো। খোইয়ম চীরেল লাংলেপ থক্তকি। মুকতা য়াইপোকতুম শমু নখুৎনা ফংনাতুম শৎচৌরো। হায়না লনকুপিরমএ। মপল পলেম মমাতি। খোইয়ম তননা লাইরোইখিরে। হয়েং লাইরেল য়িনুং কৌপা শোয়রপাকা। য়ে য়মযাইনা মমুম নোংপোক মারায় তাকি। থবি থেনকারক। অঙান থেনচোংলক্লপাতা। লাইচ য়িরম অচৌপাকি। লয়রাই মুংপী চাংতোল থক্তা লেপ্পা। লেমলই চোপ্তা থেমনা ঙাইথমখিএ। খোইয়ম পাফল অরিপা। তুবি চীরোঙ হাইনাইপাপু লেমলই ঙায়ামকা লোয়ননা। লাইচ য়িরম য়িলনা কারকলে। নাউরা লেমলই চোপ্তা থেম্নমপানা। অকি পুক্লীং লৈরুতনা। খোইয়ম চীরেল লাংলেন থক্কি। মনিক য়াইতোম পোকপু। শমু খুৎনা ফংনা শৎলুপাপু। মনিক য়াইতোমপোকপু রোইঙমতরে। থাঙলেন য়াইরোইপাতুম রোইঙমলে। থাংলেন য়াইরোইপাপু শমু খুৎতা পায়না। মরান মোংপা শঙলেন য়াইতা চেনকারকলে। পলেম পাউতাক মতুং য়িলনা। চমলউ পান থা। তাউচীং হয়পা য়াওনা। চুহী খোইহী য়াওনা। য়িরাং মশীং শূনা থুরুমচরে। থাংলেন য়াইরোইপা মরলকুকি। নাউরা নীংথিপাতি তরা অচা রাৎতা। চরই অয়িন তামতনা। তয়ম নাইশীরে কাউরেল শনয়াম লোইরে। খোইয়ম মরলকুকি মপল সারুল লায়রপাসুং। তরা চানিথিপাপু। মপারী নাউরা অপিশানা নুংঙাই মরাং কায়না। য়াইফ মথোই থোংনা পানলে হায়পাপু নাতারপাকি। মরান থিংলউ

নীংনা তেনা হলব্রাইরকলে হায়তপারা। মপল পনথৌ মপা মচাতি লৌশিংপু থোক্লা। য়াথংপু চাননা পানমিন্নপাপু। সনা ললয়াম লোইরে। থোংনাং মরইকোক তথেল মরয়-কাইনা হায়নখিএ। তথেল স রুল লায়রপা অসিপু। মরল য়াউব্রা ললয়াম লোইরপা অসিপু করিতাকিনো হায়না শোন-মোইনপাপু। থোংনাং তথেল মনিংথৌ সোনা মনিক হনুপানা নাতারপাকি। য়িতাইরেম তথেল সারুল লায়র-পাপু পাউকোথংলে।। তা-কা মানা ললয়াম লোই। মরল য়াউব্রা ললয়াম লোইপা অসিপু পাউহংকে হায়না। মতাইরেম সারুল লায়রপাপু পাউকোথংলে। তয়মব্রো অকি পুক্লিঙ চঙকনো। নিংথৌ অইকি কোলোয় য়িয়াথং অসিপু পাউ-থুমব্রো। তয়মব্রো নঙপু লাহনঙইতি লায়র নঙপু অতোল তা। থমথু অয়েং চেংলমপানে হৌচীকতি নরল য়াউব্রা লল য়াম লোইরপা অসিপু। থোইয়ম কনাকি মরলকুনো পাউ-তাকব্রো। হায়না পাউহংলপাতা। তথেল সারুল লায়রপানা শমু থুংপু লোলনা পাউথুমখিএ। নতাইরেম অইনা খুনলক তরা চানিরুপাতা। থোইমোম লাই ফাথীপী অমপু লমব্রোক্র-রুরপাকি। শমু থুংঙম থীনা ফারকএ। য়িরাল মোংপা শঙলেন য়াইতা। তালোয় য়িরুমদীপু ব্রোইনা পানমিন্নপাপু। য়িপারী নৈরাং শাফপা অমপু শাংনরপাতা। থোইয়ম তননা লাইব্রোইখিএ। নতাইরেম অইনা তরা অচা ব্রাংলপাকি। পারী লাংকোল ঙমতনা। য়িরাল মোংপা শঙলেনতা থনম-লপাকা। থুনলক তরা চানিঙইতা। পলেম মিংথা লাউনা মিকপ্পপাপু মমা থোইমোম লাই চন্নুনা নাতার নাতারপাকি।

মরাল মোংপা শঙলেন য়াইতা চংলকলে। মপারীপু থোম-লাং থীকলেন মায়ব্রোক্লনা পাউমেনলমএ। পারী নাউবা অপিশাবো হয়েং লাইরেল কৌপা য়িন্নুং শোয়রপাকা। লয়রাই মুংপী চাংতোল থকতা ঙাইথমরো। তুপী পাফনপা লাইরেল চীরোঙ হাইনাইপাপু। লাইচ য়িরম য়িলনা কারক-ঙইনে। পুক্লীঙ অ'ক লৈতনা। তাঙচ লুরেল তোনকি। মুকতা য়াইতোমপোকপু। শমু থুৎনা ফংনা শৎচৌরো। নরাল মোংপা শঙলেন য়াইতা। থোইয়ম য়িরলকুতুম লল-নিচৌরো। হায়না পাউমেনথোলকি। য়িন্নুং কোপা শোয় চীঙলেন নোংকা ঙানলপাকি। পারী নাউবা অপিশানা। লয়রাই মুংপী চাংতোল থকতা ঙাইথমচপাপু। থোইয়ম মরল-কূপু চেনফভনা। তুপী পাফনপা থোইয়ম চীরোঙ হাইনাই-পাপু। লাইচ য়িবম য়িলনা কারকলপাকি। য়িপারী নাউবা নিঙথিপানা। তুপী পাফনপা থোইয়ম চীরেল লাংলেনথক-কি। শমু থুৎনা ফংনা শৎচরুপাপু। থাঙলেন য়াইরোইপা অমপু রোইঙমলপাকি। থাঙলেন থুৎতা শুনা মোংপা শঙ-লেনয়াইতা য়াঙনা চেনকারকলপাকা। চমলউ লাকা থা। ভাউচীঙ হইপাল য়াওনা। চুহী থোইহী য়াওনা। য়িরাৎ মশীং শুনা লাৎচরপাকা। থোইয়ম মরলকুকি য়াউবা লল-য়াম লোই। তরা চাশী রাৎতনা পানচপা অসিমঙাইএ। হায়না শমু থুৎপু লোলনা পাউথুমচহিএ। অতুনিকিতি তয়মরো। থাঙলেন নঙকি য়াইরোইপা অতুপু লউরুরো। হায়না পাউমেনলপাতা। মরাল মোংপা শঙলেন য়াইকি থাঙলেন য়াইরোইপাপু লউরুরে। নি'থৌ সনা মথোঙ থাতা

কংলরে। থোংনাং মনিংথৌ সোনা মনিক হন্নুপানা। তয়মরো থাঙলেন মরাক তম। কচেং ময়ুং রোননা শাতমকে। খোইয়ম মরলকুতি লউপীবোইএ হায়না। কচেং থাঙশা-পানা থামপী মইফম লিং। মইরি থিনকায়না। থাঙলেন মরাক তম। কচেং ময়ুং তমনা শাতমহিএ। থাঙলেন য়াইরোই-পাতি তথেল সারুল লায়রপাতা পীনথিএ। থোংনাং মনিংথৌ সনা মনিক হন্নুপাকি থাঙলেন শিনতম থাঙসূং। থাঙলেন ময়াই কা। কচেং মঙন হুন্দলপাকি। তথেল সারুল লাইরপাক্কি থাঙলেন মথূৎ শূ। খোইয়ম মরলকুতি। থোংনাং তথেল মরয়পাকতা লইঙমতরপাকি। মুকতা মঙাউ হউনা। কোরউ নোংলোন পাইনা। কেকে লোকতাক রানপারেলভা তাহিএ। খোয়েল থাংগরুংপা মশোয়রেল। মাউপী রুঙাম ঙামচাউ সেয়তা। থোংনাং কাউসুম সোরালুতা চঙলুরে। থোংনাং কাউসুম সোরা লুপু। লুরেন মপুক ফাৎনা কারকএ। অতু নোংকিপু থাঙ-কারো তৌনা কৌএ। নরম কংলয় মতাইমাতি। চীঙলক থেললেন য়াইপু তানা থনপা লাইনিংথৌ। চীঙঙু নঙপু মিৎপু কুপফতা। খোইয়ম য়াপু কাফতপা লাইনিংথৌ অরুপারো। চীঙঙু নতীক অরুপাপু নতাইরেম রাকমনা কংলয় তেংথা ঙমলমলোইএ। হয়েং কংলয় লাথুপ আপশানা তেংথারশুনো।

নরম কংলয় মতাইমাতি লেন্দলই ঙাচাপুঙরো কৌপা-তি। লাহন নোং. চীঙঙু কুরু মপারী থুরাই-লুরাহ অনিমানা।

মপল কুরু শিতপাকি মারা মখোঙ খুলপু থিরকওইতা। শারেং পুহাল নিংথৌপাপু লাইচ য়িরানলো হায়না পাউকোপাপু। শারেঙ পুহাল নিংথৌ পানা পাউথুমঙমএ। লাইচ য়িরাল অমরক্তিতি নমু মীপুম অনিতি পুঙমলোইএ। তোপনা তোপ্ন। লাইচ য়িরানকে হায়রপাকি। মশানৌ হুৱাই অতোনপানা শাপিরো লেমলই অসিপু মরউ চাউএ। অইনা হালনা লাইচ য়িরানকে হায়না। থিনপি চইশু থুৎতা শূনা। লেমলই ঙায়াঙ থক্তা তোংথৎলে। লাইচ য়িয়াই য়োরপাকা শারেঙ-কি শমু মমইতোলনা কোৎথরপাকা। লেমলই ময়ানা ফংনা চীকলুপাপু। থূৱাই শমু মথুৎশুতুনা শারেঙ তাঙচ লুরেল তোনত চইপীরে। কংফাল য়িকং থক্তা চীংথৎলে। থামপী তানথোং য়াইনা য়াউচারে। অতু নোংকিপূ লেমলই ঙাচা-পুঙরো কৌএ। নরম কংলয় মতাইমাতি য়াইতিঙ থোংলেন য়াইপু তানা থনপা লাইয়িংথৌ। খোইয়ম থোইপারেল মচা অহনপা খোইয়ম নঙপু অথি থিপিকনো চীঙঙু অরাই লঙ-পিকনো। ৱাক অইনা নিনলোইএ। থোং অইনা কাউরমতে। চীঙঙু নঙপূ লাইচ নতোম হনথিরো। য়িৱাকমাতি য়িমায় কেকে কংলয় পাংনা। খোইয়ম হৈনা মতুং য়িলনা। কংলয় লমথোন শৈপু শককৎলককে।

নরম কংলয় মতায়মাতি থামংপাৎ থমংথোং লেমলই ঙারী সোয়। ৱানচেং ঙাথোক পাৎপু তানা থনপা লাই-য়িংথৌরো। চীঙঙু নতীক অরুপাপু ৱাকনা তেংথা ঙম্ন-রোইএ। খোইয়ম কোরউ নপি তোলকনো। চীঙঙু ৱাংপা

নান্নুং নাইপিকনো। তায়ম য়িব্রাকমাতি য়িশঙ লমশঙলক্তা পোংথাবোই। নাপুং ফৈপুংলকতা হি থাংলোইয়ে। ব্রাক অইস্পঙ নোংপাল হৈনা মতুং য়িলনা কংলয় লমথোন শৈপু শকলক্কে।

ব্রাঙঙু লনমা থোং চাম ফাপী চমলউ লারিংকোলপু নাতৈননা ঙাশাপুঙ ঙারম্বো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। চীঙঙ কুরুমপারী খুব্রাই লুব্রাই অনিমানা। মপল থোইয়ম নামুংপাপু তানফংলপাকি। পনথৌ মপা মচা অহুম্মাতি। মমায় হাওরই নোংচুপ লাইনা পাংনা লাক্ল-পাতা। চীঙলক অচনপাপু য়োরক্লপাতা। থোইয়ম নামুং-পানা শারেং পুহান নিংথৌপাব্রো। লাইচ য়িরানলো হায়না পাউকৌপাপু মপারী অনিমানা পাউথুমখিএ। য়িপল থোই-য়ম নামুংপাব্রো। শারেং পুহান নিংথৌ মীমানপাতি শানৌ য়িচি য়িনাউনা থামপী তানথোং য়াইনা য়াওচাখিরে। হায়না পাউখুমলপাতা। পারীশিংব্রো শারেং পুহান নিংথৌপাতি পঙনা চাফরোইএ। লেমলই ঙাকি নিংথৌ মাপু লৈতরপাতি তাইপঙকি চানপাপু। লেমলই ঙায়াম পোকপিনপা লৈর-রোইএ। লেমলই ঙাচাফমপু কাতাইনো হায়না পাউহংল-পাতা। মপারী অনিমানা লেমলই ঙাচাফমপু চিংনা পাউ-তাকখিএ। লেমলই ঙারু অতাপাপু খুলনা খুননা লেমলই ঙাশা তমখিএ। থোইয়ম নামুংপানা লেমলই ঙাশা লোই-রপাতা। শমু লমপু তমনা লেমলই ঙা শারেং নঙথোয়ম্পু শমু লমপু হেনফরোইএ। শমু লমপু হেনলপাতি থোইয়ম লাইপু ব্রোইয়ো হায়না নোংতমলমএ। অতু নোংকিপু ঙাশা

পুঙরো তৌনা কৌএ। শারেং লমপু তমলমএ হায়পাকি ঙারমরো কৌএ। নরম লমলেন মাতাইমা নোংচুপ লয়মা মি। নোংপোক নিংথৌ মি। থোইয়ম অরূপা নঙপু। চীঙঙু নঙকি য়াইথঙ নাশা নম। তপ্তা সনা নাঙই থোংপু। পাথাঙ য়াউরই মেলনা শালরোনপাপু। রাকনা কংলয় তেংথা ঙমলমলোইএ। হয়েং কংলয় লাথুপ অরূপানা তেং-থারশনো। রাকনা মানপী থুংতপ্পা মকুমু লৈতোল কোলনা থুরুমচরমকে। থোইয়ম নঙশুঙ নতোম লাইচ হনথিয়ো। নরম লমলেন মতাইমাতি নোংপান নমকন য়াঙপা শারাপা পুঙলেন য়াইনে। হুএল লালনিকিতি নোংয়াই কাওপা হিংঙমপা। রোকলেন তোমচং কাওকুমপা। মিংতরেঙ মঙম শোয়পাপু। লৈমু শিনতাক্লা লয়হাউ শেংরোইনপা পুঙলেন য়াইনে।

নরম লমলেন মাতাইমাতি। কোমচিনরো কৌপাতি কৈতৌনোং কিনো। লাহন নোং লুরাং লোয়নাই নহা য়াউসু তানপানা। য়ারউ শাপাল লোক। চাকমোম ঙমথাই তান-লকপাতা। লাপা কোকশেং ফিপু। মালং মথি নাই থমকোন মরাঙ হউপানা মালেম লয়তা তানা হুমথরে। শমু কোকশেং ফিপু। কোমলে হায়পাকিপু কোমচিনরো তৌনা কৌএ। কোমচিন থোন মরক্তি রাকনা কংলয় তেংথা ঙমলমলোইএ। হয়েং কংলয় লা-য়প অপিশানা তেংথারশুনো। য়িরাকমতি থোইয়ম হৈনা মতুং য়িলনা কংলয় তেংথা শৈতুম শককংলক্কে।

নোংপাল লীকলাপিচা নোংতমনু পায়মা সনা লিন-কোয়কি। নোংপাল থোইতোম অহনপা। লুরাং মানতোম অতোনপা অনিমানা। কংলয় লমথোন শককংলকপাতা।

তাকয়ু লমলেন মাতাইমাপু নাতৈননা। পাচাতাক লুব্রাং-কোল কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। নোংপাল খোইতোম অহনপা। লুব্রাং মানতোম অতোনপা অনিমাকা। চীংখোঙ কোয়পা নাউকা। লুব্রাং নহা য়াওশু তানপাকা। মথোয় মরিমাপু লমরোক্লরে। খোইতোম অহনপা মানতোম অতোনপা অনিমানা। চীংখোঙ কে'য়পা নাউপু। নঙতি কনানো পাউহংপাপু। অইতি চীংখোঙ কোয়পা নাউনে হায়না পাউথুমখিএ। নাপিঙাতি কানা কনানো হায়না পাউহংপাপু। মান.তাম খোইতোম অনিমানা য়িখোয়তি নোংপান খোইতোম অহনপা। লুব্রাং মানতোম অতোন-পানে হায়না পাউথুমখিএ। লাংকোই শাকোল তোংলকপা নঙতি কনানো পাউহংপাপু অইতি লুব্রাং লোয়নাই নাহা য়াওশু তানপানে পাউথুমখিএ। অতুনিকিতি লুব্রাং য়িপাচা নোংপাল য়িয়েনলু মশেলনে। নোংপাল পা-মাচা লুব্রাং সলাইমা তাকনরমএ হায়পাকিতমকপু। পাচা তাক লুব্রাং-কোল কৌপাপু। কেকে তাপু থিপা মোইরাং ব্রাংলম হয়মন তানপানা লুব্রাংকোলব্রো কৌরমএ।

নরম লমলেন মতাইমাতি কমপোঙফাপিরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং হয়রেম কম-পোং অথৌপাকা। মারোয় লোনথুরাকা অনিমাপু মায়মু ব্রাখোইচা নাউ সোয়শেনপাকি লোঙলেন মাথুৎশূনা চইপির-পাকি। ব্রাকয়ই হিকুন্নুংতা লাইচ য়িফাই চলনা নোংমনলে। অতু নোংকিপু থাংথুরা চীংতোমপোক কমপোঙ ফাপিরো তৌনা কৌএ।

নরম কংলয় মাতাইমাতি চীঙমই নিংথৌ চীঙশোং থাপনপা মরমশাংরো কৌপাতি কৈতৌনোং কিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কেকে মোইরাং কোননমপা অথৌপা। শনলম থীপায় ঙমপাতা। চীঙমই নিংথৌ চীঙশোং থাপনপানা চেকলা কোনথৌ কাপলকপাতা। ব্রায়র মাকি মতেলচানা। কোনথৌ মশুংলাংকিতমক। কেকে মোইরাং কোননমপাতা। চেকলা মশুং তমকুমপাপু তেনপানলে। মপারী থোরী চিনাই কৌপা অমাপূ শাৎনরমএ। কেকে পাৎলম কুম মোইরাং থোইরম তাপাশিংনা হায়নরকএ। কেকে মোইরাং কোননমপাতি চীঙমই নিংথৌ চীঙশোং থাপনপানা। চেকলা কোনথৌ কাপলকপাতা। ব্রায়র মাতেল চানা তেনপানলপাকি। চীঙমই নিংথৌ থাপনপাকি। ব্রায়র মশা ব্রোই হুএল মরাল ব্রোইরৌরে হায়না পাউমেলনরকপাপূ। মরুমপী ঙাইথোং লোনলাং নিংথৌ চন্নুনা নাতারপাকি। মপারী থোরী চিনাই নাউব্রা অপিশাপু। শমু খুৎচেং পায়না পারী য়িপুংঙো নাউব্রা নীংথিপাব্রো। নপল পনথৌ নাপাপু। চীঙমই নিংথৌ চীঙশোং থাপনপাকি ব্রায়র মাশা ব্রোই হুএল মরাল ব্রোইথিরে হায়পাপু নাতারে। পারীতোল নাউব্রারো পনথৌ লাংকোল হাঙলে। পারী য়িপুংঙো নঙনা অঙাং নাউব্রা অপিশানিকিনা। নপল পনথৌ নপাকিতমকপু। থোংনাং ময়াং মায়তেকপা ফানা রুক। কপো তাইপোং লৌথীপা মননা রুক। লয়কাই পুচ রুক। থাঙয়ী কইকারুক লাংপল অব্রোন-লুককুমপাপু। নপনকিতমকপু শীথোং কানা য়িব্রোনপী। কাইরম কানা য়িন্নাপিকা-

পানো। কারোঙ কনানা থুৎথূমপিকাপানো হায়না মিকপ-পাপূ। মপারী খোরী চিনাই নাউব্রা অপিশানা। শায়েঙ পানকা তিং। য়ারেল খোঙথই চীক। কনচাউ মথৈ লৈতনা পাউমেনথিএ। হে পলেম য়িমারো পনথোকিতমকপূ মিকপ-লকনো। নপারী অইপু লৈরিয়ে। পনথোকিতমকপু লন-শিংতারিপা মথৈতি তরা চাপুংমাপু হুকথিরোইএ। ব্রাংলই চীনখুনমাপু য়ুংথিরোইএ। খোইয়ম লাইম্লিংথো কেকে পোকপা সোরারেল। মোইরাং লাংপুম অরিপানা। কেকে থংচীঙ লাই মরুনা য়োনতনা লনকূপিশনো হায়না শরী রাশকথিএ য়ারা লাংহৈ কুমরোনলা লোইতাম থাশির-পাতা। খোরী চিনাই নাউব্রা অপিশানা ব্রাংলই য়ুহোঙকে শারেল শাহোঙকে হায়পাকিতমক শংলউ থৌরাংএ। লয়-কাই থূনচা খোমনা য়ুকোঙইতা। য়িয়ু চীঙশোং থাপনপা নঙসূং ব্রাংলই য়ুথক য়াওরবো হায়না পাউকোক্লএ। চীঙমই নিংথৌ চীঙশোং থাপনপাসুং য়ূথক য়াওরইএ। কোরউ নুমিৎ চুপ্পা ব্রাংলই য়ুথক য়াওরপাকা। ব্রাংলই তোনঙয়রপাকি। কোলোই শোরিপা য়াথং অঙাওপাপু পাউমেনলকএ। নাউব্রা মোইরাং খোরী চিনাইবো পনথো নপা পোকমাপাতি। ব্রায়র য়িতেনচাতা নোংমনপা মচানে। হায়না পাউমেনথোকলকলে। খোরী চিনাই নাউব্রা হেক-ঙাই নুংয়েং চেংনা ব্রাথন লউএ। নিংথৌ চীঙশোং থাপন পাসূং। মরান য়ুমকুমথিপাতা। নাউব্রা খোরী চিনাইকা লোয়মন্নথিএ। হায়পাকিপু চীঙমই নিংথৌ চীঙশোং থাপনপা মরমশাংবো তৌনা কৌএ। নরম কংলয় মাতাইমাতি নামুং

পুঙনে। কংলয় নতীক অরুপাপু ব্রাকনা তেংথা ঙমলোইএ। কংলয় লাথুপ অরুপানা তেংথারশনো।

নরম লমলেন মতাইমাতি ঙামু মইরোঙরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। মায়মুরা খোইচ নাউ সোয়শেনপানা লেমলই ঙামু মইনি লোঙপাপু ফারমএ হায়পাকি ঙামু মইরোঙরো কৌএ।

য়াইতকরো কৌপাতি। নোংপাল লুরাং লোয়নাই নহা য়াওগু তানপানা। য়ারউ শাপান লোক চাকমোম ঙমথাই তানলকঙইতা য়ারউ শ য়াম পাই শাঙাই পীরেল শাপু য়ারউ থকচেলনরকপাপু। লাংকোই শায়াঙ থক্কী তিমেন মতাচাপূ মালং চইরোয়ননা ফেনচিনখিপাপু। য়ারউ থনুং থীংনা চইপীরপাকি মালেম লইতা তুরে। তিমেন মতাচাপু শংলু-পাপু য়ি য়াইমপু পকলকএ। তিমেন মতাচাকি য়ি য়াইমপূ সোয়রেল ফুমবিথক্তা তকথোকলমএ হায়পাকিতমক য়াইতক রো কৌএ। কৈপুল লমলেন মাতাইমাকি খোইয়ম নতীক অরুপা চীঙগু নতীক অঙনপাপু ব্রাকনা তেংথা ঙমলোইএ। হয়েং কংলয় লায়প অপিশানা তেংথারশনো। মানপী থুং-তপ্পনা থুরুমচরমকে।

তেমপা পাংরো কৌপাতি। লোয়নাই নহা য়াঙশু তানপাকি ব্রায়র মতেন চানা য়ারউ ব্রূনপী চকম লেংনা তেন-পানলে। তেনপাল পাংরো কৌপাপু কেকে তাপু থিপা মোইরাং হইমন তানপানা তেমপা পাংরো ব্রোনলমএ।

চীঙযু চীঙচাউ কৌপাতি। লাহন নোং কাকলেন মীঙমপা নমু পোংচেনপানা। মুনা চাউনা তারমএ হায়পা-কিপু চীঙমু চীঙচাউরো তৌনা কৌএ।

পাৎলেন মনুং কোলপু নাতৈননা। য়োইপু খোই-মোম লাইরইমা সনা য়িচীন তুরেং শেলুংহনপা খোংলেন য়াইপু তানা থনপী য়োইপু খোইমোম লাইরেমমা নাৎশু নারীল কোক। শিনশু শিনলিন কোকনা চরৈ ফিরোইপী খোইয়ম নোংকাই নিংথৌ চনুরো। চীঙভু মিৎপু কূপফতা খোইমোম য়াপূ কাফতপী। থাপী চান্মা শিনতম অমাই চান্মা শিনতাকপী। তোকপা খোঙকালন। শানমপা খোঙ নেৎনাপী। খোইয়ম নঙন থানথপী। নতু তোংচেং চমলউ লায়াৎ তৈপিপু য়িরাকমনা তেংথা ঙমলোইএ। সনা কোন মচং অঙাঙপাতি ফৈনা কক। লুপা কোনমচং অঙৌপাপু য়ুংনা থায়না খোইয়ম সনা থুয়া থাতা। সনা কোনকা চস লুপা য় ইকা হুলনা য়েনপৎচরমকে। য়িরাকমতি নোংপাল হৈনা মতুং য়িলনা কংলয় তেংথা শৈপু তেংথারককে।

নোংপাল খোইতোম অহনপা। লুরাং মানতোম অতোনপা। চীঙখোঙ কোয়পা নাউ। লুরাং নহা য়াঙসু তানপা। শানৌ মাচী-মনাও মরিমানা। হয়েং লাইরেন য়িন্নুং ঙানলপাতি। মোংয়াই ঙমলোন্না থুমন নাতৈননা। কংলয় লমথোন শৈতুম শক্লুশে হায়না লোইনা শিনা ঙাঙন-রমএ। রারোইরো কৌএ। লাইরেন য়িন্নুং ঙানলপাতি রারম ঙাঙনপাপু সোয়রে। শানৌ চীঙখোঙ কোয়পা নাউ

নঙতুম কংলয় লমথোন শৈতুম শক্লুরো কুপিরে সোয়কুরো কৌএ। সোয়কু লন্‌লেন খৈপু তুংরোইননা কেকে খোরী-তাক মোইরাং নোংকাংখোংপু তেংথারককে। লাহন নোং কেকেনা অশৈনা মোইরাংনা তেংথানপাতি সোয়পুতি তাকরো কৌএ। কেকে খোরী কৌপানা খোং তউএ। মোইরাং নোংকাং কৌপানা সে'য় শেনলে। অতু নোংকিপু খোরীতাক নোংকাংখোং কৌনৈএ।

কেকে নিংথৌ থীয়াঙ মীচাউপা সনা মহাকথক্তা য়ারউ শাচানা লেমলই ঙাচানাকে হায়পাকিতংক। য়িতাই-রেম কেকে হাওরোক পানপিশু রাপা পানতপা। অতোল কোাউয়াঙ রাপা লানপা নঙতি কৈপুল লমমাহনতা য়ারউ শা শেমলুরো। য়িতাইরেম খোরী তোংকা নাই নঙতি কেকে খোরীত ক মোইরাং নোংকাংখোংতা লেমলই ঙাসেমলুরো। হয়েং লোইতাম থা মাপাতা লেমলই ঙাচানা য়ারউ শাচানশে হায়না পাউমেনলক্লপাকি। হাওরোক পানপিশুতি কৈপুল লম্মাহনতা য়ারউ শাশেমলে। মতাইরেম খোরী তোংকা-নাইসুং কেকে খোরীতাক মোইরাং নোংকাংখোংতা লেম-লই ঙাসেমথিএ। লোইতাম থা-শিরা লাংহৈ কুমরোনল-পাক্তা। কেকে খুংনিংথৌনা য়িতাইরেম লেমলই ঙাসেমপা য়ারউ শাসেমপা নাপিঙঙাপু কারকরো হায়না পাউকৌথং-লে। তয়ম নপিঙঙানা য়ারউ শাসেমপা লেমলই ঙাসেমপাপু। য়ারউ শায়াম চল লেমলই ঙায়াম চনলপরা হায়না পাউহং-পাপু। খোরী তোংকা নাউনা পাউথুমলকএ। নাতাইরেম

য়িথোয়না লেমলই ঙাসেমপাপু লেমলই ঙায়াম চল। য়ারউ শায়াম চনলে হায়না পাউথূমথিএ। অতু নোংকিতি তয়ম-শিংরো। কুমশি লোইত্তাম অনৌপা রোনলকপাতা লেমলই ঙাচানা য়ারউ শাচানাসে হায়না। নিংথৌ চরই মফুরিৎ স্নারুপপাপু তয়ম অনিমাকি শমু নমতা কুপথিএ। তয়ন না-পিঙঙানা লেমলই ঙাসেমপা য়ারউ শাসেমপাপু শোয়হনকনো হায়না পাউমেনলপাতা। মপাতাউ অনিমাতি য়ারউ শাসেম-ফম লেমলই ঙাসেমফমতা হলব্রাইরকলে। থোরী তোংকা-নাউনা নীংথনহিএ। নিংথৌ শমু মাঙতাতি য়ারউ শাশেম-পাসুং শায়াম চল। লেমলই ঙাসেমপাসুং ঙায়াম চনলে হায়না পাউথূমলমএ। পাথৌ হাওরোক পানপিশু রাপা পানচুনপা। অতোন কোংয়াঙ রাপা লানপাতি য়ারউ মানা শাসেমপাসুং য়ারউ শায়াম চনলপামকমে। অইনা লেমলই ঙাসেমপাতি লেমলই ঙায়াম চনতরিএ। হয়েং লেমলই ঙা-চানা য়ারউ শাচানাকে হায়পা নোংতা। লেমলই ঙায়াম চনঙমতরপাতি অইপু কেকে খুৎনিংথৌনা কেকে মীতুফম মোইরাং মীয়ামকমতা। থাঙলেন কোমশৎনা লাংকোই শারী থোক্লকে হায়কতানে শোংকিরুইএ। শেনলোয় য়-পাতাউ হাওরোক-পানপিশুতি য়ারউ শায়াম চনলপানিকিনা অরা য়িশৌ লাংলরোইএ। পাথৌ য়িপিঙঙাপু লেংমালননপা য়িপাতাউকি য়ারউ শারং পনকোয়নুংপু। অহিং য়িনুং শোইয়াইমাতা থাঙলেন য়িথুৎশূনা য়ানফৎকে হায়না নীং-থনলপাকি। হউরেন য়োয়মায়াইনা তাংলউ থেঙলপাতা মপাথৌকি য়ারউ শারং পনকোয়নুংপু থাঙলেন থূৎতা শূনা

য়ানফৎলপাকি । য়ারউ শায়াম চনপাপু য়ারউ পনঙমলে শারেল পনলিংথিরে। য়িনুং কৌপা শোয়রপাকা হাওরোক পানপিশুনা। য়ারউ শারং পনকোয়নুংপু য়ানফৎঙমলপাপু য়ুরপাকি। হয়েং কেকে য়িনিংথৌ থীয়াঙ মীচাউশানা য়ারউ শাচাকে হায়রক্লপাতি। লমলোয় য়েক্ল য়াকি থিংলউ পনঙমলা রোকলেন পনচাইরপানিকিনা। থাঙলেন কোম-শংনা লাংকোই শরী থোকনপাপু শোংকিরুইএ। য়িতোম হাননাতুম অমন থমলয় কুমলকে হায়পাকি। ময়ু নোংপাল ফৈরউ চামপা মহউ লোইকা পামপা মহউ লোইকা ফি। চরই লাকমা তোমপা। মানলউ য়ুংনা হইপা ফিনা শমু ঙকতা শিনা। থোংনাং তিরোইপা ফানা কাই। ছুএলনিকিতি থিংথিং চাউরা মচন লোথুরোঙ লেমপা ফানা কাই। য়ারউ চাইশু কাইতোই থক্তা। চরই লাকমা কিনা নোংলাং অতিং-ঙাতা য়ালনা নোংমনলে। মরুমপী লয়মা লোইরেমফাপীনা নীংথনথিএ। শাপী য়িপুং মনাই হাওরোক পানপিশু রাপা পানতমপা। অতোন রাপীহল অসিপু রাউরা লাংহৈ কুম-রোনলে। লোইতাম থাশিরে। শাপী অসিপু মরান রোন-তেরকতরে। মরুমপী থায়োইরোল চীঙহাওনু শাথিপী। কামযু নুপী কুমরোংচই থূংপইপী। নিংঙেন নুপী মইহনচই মায়মুপী। চকপা চনু লেপনেমপী। তাইয়োং নুপী শকথীগী। লুতুং থোইপাক শাপী শমচেং ময়া থোংতপীশিংনা থৌ থামলপারা। অমন থমলই কুমলপারা। শাপীপু য়াইথোঙ শিহুনথিরপারা। ককরা মানপল লৈপু শমু থূংতা শুনাতুম পাতমথিকে। ককরা মানপল লৈপু শমু থূংতা শুনা। চীঙঙু

কোরঙ্ক ম্নিনোংথৌ খোইয়ম ম্নিকাশা। চীঙঙু রাংপা ম্নিরাল বা থোংলেন চারা ম্নিরালপই। লাংচেং চারা য়িরুথেৎ তাব্রো। খোইয়ম নঙনা ব্রাচুমপিব্রো। শাপী য়িপুং মনাই হাওরোক পানপিশু ব্রাপা পানভমপা। অতোল ব্রাপা রানপা অসিপু অমন থমলই কুমলপাতি। শীংলেন নচু থাউ লৈরাং নঙপূ লৈমায় শামব্রো। মরুমপী কামু নুপী কুমব্রোৎ চই। নিংঙেল নুপী মইহনচই মায়মপীনা থৌ থামলপাতি। শীং-লেন নঙপু নচু থাউ। লৈরাং নঙপু লৈমায় শামকনো হায়না। ককব্রা মানপল লৈপু শমু খুংতা শুনা লাই পাথরা চীঙচীনতা য়িমরানা পাতমপাপু। শীংলেন লৈমায় ব্রোন লৈব্রাং লৈমায় খুইথরপাকি। শাপী য়িমান মচা হাওরোক পানপিশু ব্রাপা পানতমপা। অতোন কোঙয়াঙ ব্রাপারানপা অসিপু অমন থমলই কুমলপা মানলে। শাপী য়িমান মচাকি হৈনা মতুং য়িলনা মারা মথোঙখুলপু লীরুকে হায়না। নুপী ব্রাচুম কোকতা থোং পুকনীং থাতা কোন। মশাপী মমান মচাকি লমলেকপা মশঙ-শা। শাতনপা মাকাইফমপু। তউরেল লাঙ-কমপী চানা য়ুমপী কাউচোং ব্রোই। তউরেল মশা পাংমনা ব্রূরা হুমপু ব্রোই। কমপোং থৌয়াঙপানা শংনা কুপপা শঙনা ঙৌনা মনপা শঙ। মরুকপা মাশঙশাপু অরাপপাতা মিৎয়েং শানথৈরকপাপু ঙৌনা লাংনা ব্রুরে। অতু নোং-কিপু অরোঙ শঙলাংমৈব্রো তৌনা কৌএ। মশাপী হাওরোক পানপিশূ য়ারউ শাসেমপাতি। য়ারউ শায়েং কাইতা য়ালনা মরু ফুনা নোংমনলে। অতু নোং কিপু লুফু কুমতম সোয়ব্রো কৌপাপু। কেকে তাপু থিপা মোইরাং হুইমন তানপানা

লফূ পাৎরো তৌনা কৌএ। তাঙচ মরুতোনপূ ফৈরা তানতা থোংনা লাইচ য়িতা চামলমএ হায়পাকিপু। শীনৌ লুচামপাৎ থাংকা লুতুম পাৎরো কৌপাপু। কেকে তাপু থিপা মোইরাং হুইমন তানপানা থাংকা লুতুমপাৎরো রোনলমএ।

নরম লমলেন মাতাইমা অরোঙ শঙলাংমৈ কৌপাতি অসিনশু মতোমতেএ। কেকে মেইরাং নিংথৌ বুরা ঙাং-ঙোইপাকা। নোংয়াই চীঙথোঙ থোঙকরাইপাকা। লোকথা থেৎশে হাওথা নেৎশে হায়না বুনপী পুকমান্নরপাকি। মোইরাং নিংথৌ বুবা ঙাংঙোইপাতি। রাকয়ৈ মথুনেৎ। তোংচেং য়ি-মৈপাকি হিরু তেংমায় লেপ্না। য়িরাং মরাঙ হুউ পুরীক্লাই মথি নাই। রাকয়ৈ থোংরোইননা লোকতাক লাইচ য়িরাই ঙালনা হুএল লানতাথিএ। নোংয়াই চীঙথোঙ থোঙকরাইপাসুং রাকয়ৈ মথুনেৎ তোংচেং লাইমৈপাপু তোংনা হুএল লান্তাথিএ। রাকয়ৈ অনিমাপূ লোঙনা ফাইনা থাংলমএ। নিংথৌ অনিমাকি লানশঙ শঙলেন অনিমাসুং লোঙনা শারমএ হায়পাকিতমক অরোঙ শঙলাংমৈরো তৌনা কৌএ হায়তপারা।

নরম কংলয় মতাইমাতি। হুইককরো কৌপাতি কৈ-তৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহনোং অঙৌপা নিংথৌ তোরানা। হাওতক লমলুমলু থুকা লমলোকলুঙইতা। থুনচান হিঙথু কানাইচা থোইমা কিয়াং পুঙতোংপা থুকা নানপী সোয়সেনপানা। সোয়য়ু পনলাং থক্তা পুন্নুং চেকপ লাংপু লাংথাকপাপু। চেক্লা রাথরেক অমাপু পোনপী থোঙতা থুনা

ঙমপল্লপাকি। শমু খুংনা লাক্লা ব্রায়র শাকরেয়া ছুএল লানকরেয়না। পোমপী নাথুতোলপু থেকতে। অঙোপা নিংথৌ তোরাকি শমু মথূংতোলপু থেকপনে পোমপী মরুতোলপু থেকতে অঙোপা নিংথৌ তোর-কি তাংচ মরু-তোলপু থেকপানে হায়না পাউমেনঙমপাপু। অঙোপা নিংথৌ তোরাতি মরান থিংলউ নীংনা তেনা। খুকা লাইচ য়িরম য়িলনা ব্রাকয়ৈ হি হোনথরকপাতা নাতারপকি কনচাউ মথৈ লৈতনা পাউমেনলকএ। খূনচাল হিঙথু কানাইচারো কোলোয় নয়াথং অসিপু রোনথোকএ হায়না রাহোমলক-পাপু। খূনচান হিঙথু কানাইচানা য়াথং নেমনা পাউথুম-লবএ। হে য়িপুংঙোতা অঙোপা নিংথৌ তোরা হাওতক লানলুমপারো। রাকয়ৈ নঙকি হিনাউ কাউতোন থক্কি অতুপু শংলউ য়েনলাওলা থুতাক ঙাইরনলা হায়না পাউমেনলক-পাপু। অঙোপা নিংথৌ তোরা হাওতক লানলুমল.পাতি কোলোয় পাউথূমতানা। রাকয়ৈ হিকু-মুংকি তিমেন মতাচা রায়কউ থং.নিং চীনি লোঙপা তাপু। খুংপাক তিনলাই মেন তিমেন থাঙতপ লাক। খোকলাং তাবৈ কাঙনা কেন-চিনখিপাপু। খূনচান হিঙথু কানাইচাকি বুনপী থমুং থীংনা চইপিরপাকিতমক। মালেম লয়তা তুমা নোংমনলে। খুনচান হিঙথু কানাইচাকি শমু মহকচাংপু অঙোপা নিংথৌ তো-রাকি রাকয়ৈ হিকুমুংতা হাপনা পুথিরে হায়তপারা। মরুমপী লোকনু মমোম লাইনু অনিমামা লয়রাই মুংপী চাংতোল থকতা লেপনা পাউমেনঙমএ। হে য়িপুংঙোতা অঙোপা নিংথৌ তোরারো। য়িপল শমু মহকশাংপু লেমলৈ ঙাপা

নংতে। নাপারী চাথাকনফরোই শারেল শাপু নংতে নমোম নাউহ্মনফরোইএ। মিপল শমু মহকশাংতি বায়র নশানে হুএল নরালতানে তাঙচ ঃ ক্লুতোলতি ককনা পুখিরো। ম্নিপল শমু মহকশাংতি লম্নরাই মুংপী চাতোন থক্তা হুনকংপিরমরো হায়না পাউমেনচরকপাপু। মপলকি শমু মহকশাংতি হুনকংপিরমতে। শমু মখুংচেং তুম কক্লা হুনকংপিরমএ। অতু নোংকিপু থুংককরো কৌপাপু কেকে তাপু থিপা মোইরাং হইমন তানপানা হইককরো তৌনা কৌএ।

নরম লমলেন মতাইমা অরোঙ থোনমরকতি। কেকে মোইরাং নিংথৌ হেপু সনা লাখুব্রাকি ব্রাকয়ই মখুনেং তোংচেং মহিচা। ব্রাকয়ই লুমা তোমপা তোংচেং নাউনি লোঙপা হিরেল কাইশাপাপু ব্রাকয়ই হিচাকাং শানা থমলঃএ হায়পাকিপু অরোঙ শঙলাংমইরো তৌনা কৌএ। অরোঙ শঙলাংমই নিংথৌ শামপা মহিথেল। লয়মা লোইরেম ফাপী কুমচাম থেনপু কালনা চোংনা। নরম লমলেন মাতাইমা পুমলেন লয়মায়াই। ফুমলেন লয়তউ সোয়। পুমলেন হাপচা লউ। পুমলেন শাহোনলমপু তেংথারককে লাহন নোং কেকে থুংনিংথৌ হেপু সনা লাখুবা নিংথৌ সনা মহাকথক্তা লোকথা হঙনতা হাওথা তানাতপাপু লোইচমলে। চংনিং লীকপান লোইপু। লোইতাম কুমরোনলক থুতিংতা। চংনিং পরেং মঙা লোই-হাএ হায়তপারা। অতু মতুং থোকপাতা নোংয়াই থুমন নিংথৌ চৌঙথোঙ থোঙকাইপা। পু য়াম য়ুমলেনপা তনতু লানথপা কৌপানা। অঙোপা নিংথৌ তোরা

হাওতক লমলুমপা খুথা লমলোকপানা। খুনচান হিংখু কানাইচাপু রাকয়ই হিকুনুংতা হাপনা খুথা (খুকা) লাইচ য়িরম য়িলন রাকয়ই হি হোনথরকপাপু। নোংয়াই খুমন নিংথৌ চীঙখোঙ থোঙকাইপাকা লমরোকনরে। অঙৌপা নিংথৌ তোরা হাওতক লমলুমপাপু খুমন নিংথৌ তিমেন মত চানা রাকয়ই মহিচাকা শমু মহকশাংকা তুনা তিমেন তাপানলে। হুএল মাকি মরালচা খুনচাল হিংখু কানাইচা শমু মহক-শাংশুং লোকলউরে। অতু নোংকিপু নোংয়াই খুমন নিংথৌ পুয়াম য়ুমলেনপা তনতু লানথপারো তৌনা কৌএ। নয়ু অতোন নোংয়াই খুমন নিংথৌ। পুয়াম য়ুমলেনপা তনতু লানথপা। লেমলই নাই হাইহৈপা। কোনলোই খুচ মানপা মইথাঙপা। য়িনুং লীকলা য়াইপু শৈশকপা। খুমন লৈশং তরেংপা। হাওতক লয়তেমপান খুথা তু-নোংপোকতা খোশাপা তৌনা কৌএ। হাওতক লইতোমপাল খুথা তু-নোংপোকতা খোশাপা নোংয়াই খুমন নিংথৌনা। হাওথা তানাতপা লোকথা থঙনতপাপু পনথেংএ। নোংয়াই খুমন নিংথৌনা হাওথা মনিংথৌ য়েনলাংপাতা পাউমেনথিএ। কেকে মোইরাং মনিংথৌত চংনিং পরেং মঙা হাপা লৈরাং মতম মালনা নোংয়াই অইঙোন তসুং চংনিং পরেং মঙা হারো হায়না পাউমেনলপাতা। লোকথা তানাতপানা চংনিং পরেং মরি হারকপাপু। নোংয়াই খুমন নিংথৌনা পাউ-মেনলকএ। কেকে মোইরাং নিংথৌতাত চংনিং পরেংসুং চোনকা চোনলি মথকতা পরেং মঙাসুং হাএ। নোংয়াহ অইঙোন্তভি পরেং কউকা কউয়ি মথক্তা পরেং মরিতাসুং

হাএ হায়না চংনিং লীকপান লোইপুলংথোকলে। লোকথা তানাতপানা নোংয়াই পুঙতাসুং হাররোই কেকে পুঙতাসুং হাররোই হায়না তোকমুলয়তঙ ফেন মালেম লয়কন তউনা ফুমলমএ। অতু নোংকিপু ফুমলেন লয়মথ্যাইরো তৌনা কৌএ। ফুমলেন থোন মরকতি কেকে মোইরাং নিংথৌ য়ুমথৃ পোংলেন হনপানা। তরা হাপচা কাইরেল শানা হাপ-লমপাপু য়রা থাশিরা লাংহৈ কুমরোনলক্লপাতা। তরা অতুনা চাপুম শা লোইমোম চামিং পাংনা পুমলকলে। অতু নোং-কিপু পুমলেন হাপচা লউরো তৌনা কৌএ। পুমলেন থোন মরকতি। য়াইতোন লয়মা থাংনৌপী পুইতু থোংতউপীনা মতু নিংথৌ থুমুচম থুংলঙলোয়। হোইনাইচম শনপোং লোয়। বুতোইচম য়াথংলোয়। পাথং থাঙথোক চুমপুন লেয়। নুরা থামপী তউচেনলোয়। তরা মায়থঙকে হায়-পাকি। মাতাইরেম মাইযুরা থোইচা নাউ সোয়শেনপাপু। শেনপি চকলই কুম কাপো তমলই কেলনা। য়ারউ শাতীক-হনলুপাপু। বাকয়ে হিকুনুংতা য়ারউ শায়াম হাপনা পুনা হোনলকএ। অতু নোংকিপু পুমলেন শাহোন লমরো কৌএ। মাইযুরা থোইচা নাউ সোয়শেনপানা লেমলই ঙানৌ তান-পাপু। লেমলই ঙায়াম ফংলপাকি। লেমলই ফোংমতা রানচেং য়াইঙমতরপাকি লেমলই ঙানম শানা পুমলপাকি পুমলেন ঙাপুম সোয়রো কৌনৈএ।

নরম লমলেন মাতাইমাতি তোকপা য়েনফৈ চীঙ। কাথোং করাং চীঙপু নাতৈননা নরম কংলয় মাতাইমাতি

সোয়থমপী য়িনামুং। ব্রাকয়ে চীঙতোম য়িয়াউপী। ঙানপা খুম্ কৈরেরোইপাপু মপারী তাংখু তাংহল অনিমানা মপল পনথো কৈরেরোইপাপু তানলকঙইতা। য়িপল মারা মথোঙ-খুলপু থিথঙতরে। থিংলউ নীংনা তেমা মোংপা য়িরাল য়াইতাতুম হলব্রাইরশে হায়না ঙাংনরমএ। শানৌ মচী-মনাউকি কোলোয় মমিং লউনা মচী মনাউ চীঙলকরো কৌএ মপল ঙানপা কৈরেরোইপানা লানখিএ ঙানপা চীঙচেং অচনপা কৌএ। ঙানপা চীঙচেং অচনপাপু নাতৈননা কালনা চোংনা। ঙানপা সরা নাচাউশূ মাকইরেল। ঙানপা সরা লাইহং-থোপানা থৌপাল য়িরুম লাই তুপি কোকনি লোঙপা। লাইরেল মইমা তোমপা। থানৌ লুহনপা লুথুম পানফোইপা। তুপি মকোক পাংমনা রায়থো থমপুং লাননা চাকতাএ। লাইরেন মকোক পাংমনা ককচীঙ তোমচীঙ লালনা চাক-তাএ। ঙানপা সরা লাইহং থোপা থাঙলেন মথুং শূনা তুপি মকোক ককলে। নোংপোক মায়কই লালনা চোংথোকখিএ হায়পাকি চোংচীঙ কোপাপু। কেকে তাপু থিপা মোইরাং হইমন তানপানা তোমচীঙরো কৌনৈএ। তুপি মকোক ককএ হায়পাকি ককচীঙরো তৌনা কৌএ।

নরম লমলেন মাতাইমা। য়োইমায়াই লাইরেল তাউ-তনপা মশাপী তাউহুইরেং অহনপাকি। লাংকোই মথুনেংনা পাইথরাই। লাইপাই লয়ুংশিপু নাতৈননা। ঙানপা সরা লাইহংথোপা ময়ুমফমপু কালনা চোংনা। নরম লম-লেন মাতাইমা লেংপা চীঙচিলরো কৌপাতি কৈতৌনোং-

কিনো হায়রপাতি। লাংন নোং কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই য়ুমথু পোংলেল হনপাকিতমক মাতাইরেম মারোং কাইমু য়ুমকা পামপাকা। ঙানপা থাঙলউ কোইচাকা। খোয়োল শামুনাউ শাথিপাকা মাখোয় অহুস্মাপু। সেনপী চকলই কুম কপো তমলই কেলনা লাংকোই শামু তীকলুরো হায়না খৌশীথিপাপু। লাংকোই শামু পুনা থিংলউ নীংনা তেনা কেকে লয়কোয় পুঙপূ তালনা মচেঙ হলব্রাইরকপাপু। কেকে থূৎনিংথৌনা নাতারপাকি। য়িতাইরেম অহুস্মানা লাংকোই শামু তীক্লুপাপু মরাল রোনতেরক্লে হায়পাপু নাতারে। য়াংলউ লমথাঙমাতা তরা চেঙচেল তম। নোইনুম থুমচেল হাপ লেমলই ঙাচেন তম্না। লমরোক্লুরো হায়না পাউমেনলপাকিতমক্লা। মারোং কাইমু য়ুমকা পামপাকি মোয়্মু তালোয় মারুমপীকা। খোয়োল শামুনাউ শাথিপাকি মোয়্মু তালোয় মারুমপীকা। ঙানপা থাঙলউ কোইচাকি মোয়্মু তালোয় মারুমপীকা। মখোয় অহুস্মানা। য়াংলউ লমথাঙমাতা লমরোকথিএ। মারোং কাইমু য়ুমকাপামপাকা ঙানপা থাঙলউ কোইচাকা অনিমাতি। লাংকোই শামু পুনা সুমপী য়িরান খোং তুপি য়িরেল পুঙতা লমরোক্লরে। শামুনাউ শাথিপাকি মোয়্মু তালোয় মরুমপীনা। হে য়িতু নিংথৌ মারোং কাইমু য়ুমকা পামপারো। সেলোয় নপাতাউ শাপী য়িপুং মনাইতি খোয়োল শামুনাউ শাথিপাপু কাতাইনো হায়না পাউহংপাপু। মারোং কাইমু য়ুংকা পামপনা হোয়তা য়িমোম পেন্নারো। নথংললেন সেলোয় য়িপাতাউ খোয়োল শামুনাউ শাথিপাতি সেনপি নুরাই-

তাঙমা ঙামপলউরে হায়না পাউথুমপাপু। থোম্নোল শম্ নাউ শাথিপাকি যোম্ তাংোয় মরুমপীনা। য়িতু নিংথৌরো শাপী য়িপুং মনাইপু। সেনপী নুরাই তাঙনা ঙামপনলি-রোইএ। লাংকোই নখোয়না শাতীকপাতা তাঙক মরল রাৎপাকিতমক। শাপী য়িমান মচাপু লাংকোই নখোয়না শামল পীনরমপা মানলে হায়না শম্ থোঙপু থীননা মীকপ-খিএ। থোয়নৌ মতাশিংকি শমু মরেংপানপু পায়না নুং শি হেশোল নীক্লা। হেঙায় নুংয়েং চেংনা পাউমেনলমএ। লাহন নোং হইরেম্না মিকৌমপা থূনচানন্না তেংথানপাতি লেংপানপু নউরো কৌএ। থোয়নৌ মতাশিংকি শমু মরেংপালপূ পায়না। মশাপীপু তেংথাননা মীকপলমএ কায়পাকিতমকপু। হইরেম নউরেং পায় লেংপায় নমুং শিরো কৌপাপু: কেকে তাপু থিপা মোইরাং হইমন তানপানা লৈংপা চীঙচীনরো কৌএ।

মরম লমলেন মাতাইমাতি চুমপঙ লয়মাযুং তুমিন লমন্নুংশি। মহা তাউচীং হইতাউ য়িরো কৌপাতি কৈতৌ-নোংকিনো। লাহন নোং চকপা মহারাপা খূকরু তাংনাই-তপা চেংলউ মিৎনাইতপানা। কাপরং সনা কাঙখলন্নুং কিয়াং মোনতেক থক্তা। লাংপল তউসনা তউরীকলাই। পাথং থোয়রাপা চীনমেলনপা তউপু। থূৎতাং তাংমা য়ইনা থোংঙমপাপু। লয়মা হুয়চীকনু তাউথোং কাইপীনা চীনপাল তারি থোংপা অসিপু করিনো হায়না সনা কাঙখল হাইনা মিৎয়েং শানথৈরুপাপু। চকপা মহারাপানা হা কনানো

পাউহংলকএ। হুয়চীকনু তাউথোং কাইপীনা মমি মথা পাইনা হানা চেনথিএ মহারো কৌএ। লাইচ য়িতা চুমপঙ লাউনা তাথিএ। চুমপঙ লয়ান্নুংবো তৌনা কৌএ। তুমিন লৈথিএ তুমিন লমনুংশিবো কৌএ।

নরম লমলেন মাতাইমা হইরেম কাচীঙ (খেরেচীঙ)। খুনচান লানলুমথেনপু নাভৈনন। লমলেন মাতাইমাতি। কাণ্ডরেল শনকৎ চীঙ খোইয়ম লাইহাথেন নোংপোক লময়েং চীঙ। পিথুপ পানতোম চীঙ। থরোই ননলং চীঙ। মরিং পাউথোং খুনপি তাকনা চীঙ। কোরউ অচু চীঙ বাংপল অশা চীঙ। খোইয়ম লাইয়িংথৌ চীঙঙ, থং চীঙ কোয়রেল নিংথৌ মকাইফম। নোংপোক লমথই চীঙ অরুপাপু য়িবাকমনা তেংথা ঙমলোইএ। মানপি থুংতপা পুরুমচরমকে।

নরম লমলেন মাতাইমাতি কেকে মোইরাং চীঙখূ তেলহৈপাকি মমোমলোয় য়িরাংলোন থোইপীমা। সেনপী তমতা কুম কপো তমলই কেলন লোইকুমলকঙইতা। কেকেপোকপা সোরারেল মোইরাং লাংপুম অরিপাপু ক.শা পুকনীং লীকিননা। নতাইরেম অইপু খোইয়ম নরলকুপু বাচুয়চকে। শাপী য়িপুং মনাই থংলেন য়িনেম মচা নোংয়াই লায়রপা। থূমন অমুতোন নহা নীংথিপা পলেম নাউয়োক হাঙনা পনথৌ লাংকোল তামপা নোংয়াই মাঙোনতা। নতাইরেম অইপু বাইথুংনপাপু য়োনতনা লনকুপীয়ো হায়না। সনা কোনকা ভুল লুপা য়াইকা চলনা থৌতু নুঙমায়থক্তা শয়ু মথুংতোলনা নমনা বাচুমফমকি খোইয়ম নঙসুং ন.তাম লাইচ হনথিয়ো।

নরম লমলেন মাতাইমাতি থোইমোম লাইরেম্মা নোইনুম থুমরোইপী তাঙচ শমপোকতপীনা। তাইপঙ লাংকোল হৈকিতমক। পোইরই থূনকঙ কোয়না। পীরেল লাংপাক নমনা। লউরী শেনথোই লাননা। তুচোং পনলানলকপাপু। থোইয়ম লাইয়িংথৌ লোনফু লোনলাং নিংথৌ রায়পৎ য়িথোমপানা। চেকলা থৌরই চীঙশোং থাপী। পোমপী (মরূপ) মরুপ তরুকমা। চেকলা মপাং ভরেৎমা। কোরউ নোংলাংপানকি। য়িঙা কুমতমকে। য়িঙেন কুমথাইকে হায়পাকি। মালং চইরোয়ননা ফেনথরকপাতা। থোইমা নারোলনুংতা থোইমোম লাইরেম্মাকা লমরোক্লরে। থোইয়ম লাইয়িংথৌনা হালনা পাউহংলকএ। কনানো য়াংলউ লমপী থিংকনো হায়পাপু। নতাইরেম অইতি থোইমোম লাইরেম্মা নোইনুম থুমরোইপীনে হায়না পাউথুমলপাতা। য়িমোম থোইমোম লাইরেম্মারো। য়ংলউ লমচাউ থিংকনো হায়না পাউমেনরায়। নরম লমলেমথৈ নোইনুম থুমথোকফমপু নাতৈননা। নরম লমলেন মাতাইমাতি চেপপী রায়া থোং। রায়থোং লমনুংশিরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কেকে অকোংচামপানা। পলেম মমা থোইয় থোইতিংচম নিংঙোনপীকি। কোংয়াঙ অরুন রাপু রাহোংকে। য়িশল কাওরেল লাংঙনুপীপু। থোইয়ম থংচীঙ লাইতা কৎকে হায়না রাতানপাপু নাতারপাকি। নোংপাল নাপুপাপু ঙাইরোয়ননা হুএল লানচেল্লকঙইতা চেকলা পোমপী চীঙচ.রায় অমুপাপু কেকেনা চেপপীরো কৌএ। য়ামলপাপু য়ারাপারো কৌএ। চেপপী য়ায়া

ব্রায়ারে। অতু নোংকি পোমপী চেকয়াম ব্রায়াপাপু ঙাই-রোয়ননা হুএল লানচেনপাপূ লাইচ য়িতা তারে। অতু নোংকিপু চেপপী ব্রায়াথোং ব্রায়থোং লমনুংশি। চুমপঙ লমনামুংব্রো কৌএ।

নরম লমলেন মাতাইমাতি তালাংব্রো কৌপাতি কৈ-তৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং লোইপী হাওতলাং তলাং মপাকা। কেকে মোইরাং নিংথৌ অনান ঙমপানা লোইপী অনান নারুপাপু। মরান ব্রোনতেরকপাতা লম-রোকনরে। অনান নিংথৌ তলাংপানা তলাং তলাং কৌ-ঙমএ। অতু নোংকিপু অনান নিংথৌ তলাংপাব্রো কৌএ।

নরম লমলেন মাতাইমাতি। হইরেম অথৌপানা নোংয়াই লমলোকঙইতা। হইরেময়িচানা নিলনতনাপা থূনচাল স্নিশূনা কাউনতনাপা। থোংপু তউরমকেহায়না থোং তউরমএ। অতু নোংকি হইরেম নোংয়াই থোংব্রো তৌনা কৌএ।

হইরেম নোংয়াই থোংপু কালনা চোংনা। মোন-তুমব্রো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কেকে মোইরাং নিংথৌ য়ুমথু পোংলেনহনপানা। সেনপী কপো নাঙইতা ব্রাকয়ৈ হিকুনুংতা মোনলাং মঙই থাঙপু। লাইচ য়িতা তুমলপাপু পুথৎলমএ। অতু নোংকি মোনতুমব্রো কৌএ।

থাঙপলব্রো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। ময়ুম সেনপী কপোনা কেকে চাউপা পুঙপু লোংনা হলনা

ভকথোকলকএ। মোইরাং লানলোয় মপুং ফাপানা সেনপী কপো থাঙনপা। থুমু নউরোঙ মথূংশু তেংনৌ য়োংপান থোংপানা। মালেম লইকা তউনা সেনপী কপো থাঙনপাপু থোনলমএ। অতূ নোংকিপু মোইরাং থাঙপলবো কৌএ। ঙাংঙোই য়ুমথু পোংলেলহনপানা হাওশি ঙমকা চিংনা কেকে পুমনা লুপনা পামেল রুপু য়ুংলমএ হায়পাকিতমক মোইরাং কোলবো কৌএ।

নরম লম:লন মাতাইমা শারীকবে কৌপাতি কৈতৌ-নোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কেকে থূংনিংথৌ য়ুমথূ পোংলেলহনপানা। য়িতাইরেম মারোং কাইমু য়ুমকা পামপাবো। ঙানপা থাঙলউ কোইচাকা। থোয়োল শামু-নাউ শাথিপাকা। সেলোয় নপাতাউ অহুয়ানা সেনপী চকলই কূম। কপো তমলই কেলনা লাংকোই শামু তীকলুবো হায়না পাউমেনঙইতা। নিংথৌ কোলোয় মপাঙ্উ পুনা সেন-পী চকলই কুমনা। লাংকোই শাতীকলুপাপু। লাংকোই মাঙতা হোইনা কারকঙইতা, কৌপা য়াইরেক ফৈয়েং নোকা ফাইরমএ। লাংকোই শামু য়াঙনা লেকলমএ শারেকবো কৌশাপু। কেকে তাপূ থিপা মোইরাং হইমন তানপানা শারীকবো কৌনৈএ। শারীক থোন মরকতি রাকনা তেংথা ঙমলোইএ হয়েং কংলয় লাথুপ অপিশানা তেংথারশূনো। তয়ম য়িরাকমাতি শ্লিমায় কেকে কংলয় পুঙ পাংনা থোইয়ম হৈনা মতুং য়িলনা কংলয় লমথোন শককংলককে।

মরম লমলেন মাতাইমা পুকশ্রী লয়মা রানতম ঙমপী মাথূফমপু পুরুমচরমকে। নরম কংলয় মাতাইমা লোকতু

হিয়াঙ থাংবো কৌপাতি কৈভৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কেকে মোইরাং নিংথৌ বুরা ঙাংঙোইপাকি মাতাইরেম। লোকথা মরমপু লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা লোকথা লোইথউরুগইতা। লোকথা মনিংথৌ য়েনবাইপা য়েনলাংপাতি য়ারউ শাপাল লোকখিপানিকিনা লৈঙমতে। লোকথা মারই মাপী শামতে ঙাইনুপীতি লৈঙমএ। লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা। য়িমোম লোকথা মরইমাপী শামতে ঙাইনুপীরে সেলোয় য়িপাতাউ লোকথা নিংথৌ য়েনলাং-পাতি কাতাইনো হায়না পাউহংপাপু। নাপাতাউ থোকথা নিংথৌ য়েনলাংপাতি য়ারউ শাপান লোক চাকমোম ঙমথাই তনথিএ হায়না পাউথুমথিএ। অতুনিকিতি সেলোয় য়িপা-তাউপু গাইনপা অরা পোংথাখিকে হায়রপাকি। লোকথা মারইমাপীনা ফকলোং চরাই থানা অরা পোংথাহনলে। লোকথা মারইমাপীনা লমপু থোংঙাই য়াথুপাপু। চেংলউ শককোয় চিংনা য়েং। য়ুমাও লৈকুম চিলনামীং। য়ুতুং লইকু থীংমা নীংলপাকি। হে য়িতু নিংথৌ লমপু থোংঙাই য়াংখুপারো। শীংঙেল লৈপুম্মাপু শেংনরমরো। লৈরাং লৈকামাপু থাইথরমরো হায়না পাউথেমপাপু। লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা থরায় মিরেল পাইনা। য়িমোম লয়মা করি য়ারা-নো হায়না পাউথুমলকএ। সেলোয় য়িপাতাউ লোকথা নিংথৌ য়েনলাংপা থরায় মমিরেলতি অই নমলোইএ হায়না পাউমেনলপাতা। লোকথা মরইমাপীতি তাঙচ য়িকাই থোইরপাকি। য়িতু নিংথৌ লমপু থোংঙাই য়াংখুপা অসিপু অমন থমলয় কুমহনলকে হায়না। নাউরা থোরী অকংপাপু

হাঙতে অয়াকপতা তীংনা। মিতু নিংথৌ লমপু থোংঙাই য়াংথুপারো কোলোয় য়িয়াথং য়িনপিতরপাতি। নুচা শমু মেলোং য়িথূতোল য়াংলই থালি থাঙতপমাতাতি থকথিরো হায়না য়ু পীথকলে। লমপু থোংঙাই য়াংথুপানা পুক্লিং শানথঙলপাকি। সেলোয় য়িপাতাউ লোকথা নিংথৌ য়েলাংপাপু য়াঙতনাতি য়াংলই য়ু থকলোইএ হায়না থালি থাঙতপ থোমপু লীশিনলে। হোরেল সেলোয় মপাতাউ লোকথা নিংথৌ য়েলাংপানা য়ারউ শাপাল লোকপাপু মরান রোনতেরকপাতা। পাথৌ লমপু থোংঙাই য়াংথুপারো লাকলপরা হায়না পাউহংলপাকি। হোয়তা সেলোয় য়িপাতাউরো নিংথৌকি মপাউ পূনা লোকথা নঙোনতা লোই থউরপানে হায়না পাউতমলপাকি। ফরে পাথৌরো হায়না পাউমেলনরপাতা। লমপু থোংঙাই য়াংথুপানা সেলোয় য়িপাতাউ লোকথা নিংথৌ য়েলাংপারো। অরা য়িশৌ লাংলিঙইনে য়াংলই য়িয়ু অসি থকরো হায়না য়ু পীথকলে। লোকথা নিংথৌ য়েলাংপাতি অমন থমলয় কুমকে তোকুম লপাতা। লোকথা মরইমাপী শামতে ঙাইনুপীনা কংলয় মশুমাঙতা লেপনা পাউমেনলকএ। লোইপী লোকথ তানা তপাশিংরো। লমপু থোংঙাই য়াংথুপানা। লোকথা ননিংথৌপু য়াইনরপাকি। অমন থমলয় কুমলে হায়না পাউমেনথোক্লপাতা লোইপী হাওয়াম পুয়া হউ। তিমেন থূংতা পায়। থাঙলেন খেরাং থাংনা তানলক্লে। লমপু থোংঙাই য়াংথুপাতি অচেন খোঙলই য়াঙনা চেনলক্লপাতা। থারই লেমলই লাই তুরেল মোংপা তুশাং লাইনা। লমপু থোংঙাই য়াথুপাকি য়াইপী

থরায় লাংকোনপিকে হায়পাকি। হিয়াঙ হিরেল ওইনা থাংউমএ হায়পাকি হিয়াঙথাং ব্রো কৌএ। লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা ৱাকয়ৈ হিকূন্নুংতা তোংনা লাইচ হিরানথিঁএ। থরায় মমিরেলপু লোকলে হায়পাকি লোকতুৱো কৌএ।

নরম লমলেন মাতাইমাতি পুকপান্নু কারামপা চামী ৱাং তাঙমপা চীঙলেননে। লোকথা নিংথৌ মরমশাংপু নাতৈন্না। নিংথৌ য়িথায় কায়রেমপা ময়ূমকম। মমোম লয়মা লাইহোংন্নুনা নোংপাল থোইতোম অহনপাপু থরায় লাংকোন পুঙপু কালনা চোং। য়োইপু থোইমোম লাইরইমা মচীঙলেন ৱাঙন্নু কয়মা লাইচাউ থেংনে। চীঙং নাহীশাং থোইয়ম নাঙাইরোয়। লাই পাথং য়োমলোয় হউ লাইন্নুরা য়োমতাং শাং। তাইপঙ নমু পোংৱোইপাকিতমক। সনা কুম্মই চাউথোক মথোই তোংপাপু। নোংতমনপা মকাই-কমপু য়িৱাকমনা কংলয় তেংখা ঙমলোইএ। তয়ম য়িৱাক-মনা মানপী খুৎতপ্পনা পুক্রুমলমকে। তয়ম য়িৱাকমতি নোংপাল থোইতোম অহনপা। লুৱাং মানতোম অতোনপা শানৌ মচীমনাউ অনিমানা। কেকে কংলয় পুঙপু পাংনা কংলয় লমথোন শককৎলকপাপু। থোইয়ম হৈনা মতুং য়িলনা ৱাক অইসুং শককৎলককে। থরায় পনলিংখিতে মিরেল পনচোংখিতে। থরই লমতা তাথিতে লেমলই লমতা কুমথিতে। ৱাকনা শাচি নারোঙ য়ই হেংঙাই মপাউ চাউ থংনিং মিকৌথৎলককে।

নরম কংলয় নাপা চীক কংলয় অরুপাপু। থোইয়ম

য়াইথঙ নশান্নম তপতা সনা নঙই থোম। পাথাংদা য়াউরংউ সেলনা শালরোনপাপু। নতাইরেম তয়ম য়িরাকমনা কংলয় তেংথা ঙমলোইএ। কংলয় লমনা তোঙপা অমতি ঙাঙনীঙ হইকক চীঙ। মুংলউ লমনামুংরে কৌপাতি। লাহন নোং নোংপাল লাইয়া লয়মা লাইশন থানপীপু। লোকথা নিংথৌ য়েনলাংপাতা কাওচনরকঙই। চীঙঙু য়ুতাউ লাই অয়াঙপানা পূথিরপাকি। মার মথোঙথূলপু মুংলউরে হায়পাকি মুংলউরো কৌএ। নরম মুংলউ থোনমরকতি তুপি শাকোং লাইরেল পোংপৈকোং। লমলেম সেংয়নাতা তুংহেম হেলনতপাপু কংলয় তেংথা ঙমলোইএ। মানপী খূংতপননা পুরুমলমকে। নোংপাল খোইতোম অহনপা লুরাং মানতোম অতোনপা অনিমানা কংলয় লমথোন মশকথংলকএ। চীঙথোঙ কোয়পা নাউনা মকোয়শিনলকএ। তয়ম য়িরাকমাসুং খোইয়ম হৈনা মতুং য়িলনা কংলয় লমথোন মশকচিনলককে।

নরম কংলয় মাতায়মাতি। চীংরাংলোক কানালম। তমরাংলোক তননা লম। মুতু খোইপা তনন লম। কেকে মোইরাং নিংথৌ য়িথ য় কায়রেমপানা। মনোংয়াই নোংপাল হোংথুয়াঙপা কানা লম। লাইশোন লাইসোয় পাংলেন কেনপু নাতৈননা। নরম কংলয় মাতায়মতি মোনতুমরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং য়োইপু খোইমোম লাইরইমা। সেনতরা অয়াঙ ফাপিনা। য়িথায় পুনেম চীঙতা য়িমফূই মায়রং শোনপী। হংকেল তাইথপ লাকপীনা। ফিপুন লুতা থোং ফকলোং নাকতা

য়েপনা লাইচ ম্নিরানপাপু। লাইচ মঙাউ হউ। মেননাং তনপা থুম্নাউ ঙামচাউ হুলনা। লাইচ ম্নিরোলনুংতা শম, খুং নানথোক্লপাকি। ফিপুল লুতা থোংপাপু লাইচ ম্নিতাউ-থোকলে। মপুং মনাই মোইরাং নাইফা নহা রূঙাম থাপাতা পাউমেনখিএ। শাপী ম্নিপুং মনাই মোইরাং নাইফা নহা রূঙাম থাপারো। নুচা ফিপুন য়িরুথোংকা থেরুক নাকতা থাপাকা। লাইচ মঙাউ হউপানা তাউথোকলে। শীংনাং কউরোঙ শানা লাইচ য়িরোলনুংকি লউথংপিয়ো হায়না। নুপী খোনচেল অপীকপানা চীকনা পাউমেনলকএ। অতু নোংকিপু লমলেন মতায়মা চেক-লাউপীরো কৌএ। নাইফা নহা রূঙাম থাপানা শীংনাং কউরোঙ শানা। নুচা ফিপুন মরুথোংকা থেরুক নাকতা থাপাকা কউরোঙ মথূংগুনা লয়-রাই চাংতোল থকতা চিংথংপাপু। মোনলাং মঙইখাঙপূ তূমলে মোনতুমরো কৌএ।

নরম কংলয় মতায়মাতি য়িথায় পুনেম চীঙ। শেকরা তাংতনপোক নুমিং অরেমপানা পানলিরাই। থবি অরেম-পানা রোংলিরাইপু তেংথারমকে। ম্নিথায় পুনেম চীঙরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং য়োইপু সেনতরা অয়াঙ ফাপিনা। য়িনফূই মায়রং শোন হংকেন তাইথপ লাকপাতা। মালং মথি নাই থমকোন মঙাউ হউপানা। য়িনফূই সনামাপু হুমতেকলে। কেকে মোইরাং নাইফা নহা রূঙাম থাপানা। খুকা মউপী রূঙাম অনি তাউথরকপাপু। চেংলউ মিংথিংলপাকি শাপী ম্নিপুং

মনাই মোইরাং নাইফা নহারো। ব্রঙাম থইচিনপিরকরো নশানৌ অইকি হংকেল অমামাপু মালংপানা হুমতেকপা অসিপু। খুৎতোপ ঙইচা য়েপ পোমোং খুপলইনপিয়ো হায়না পাউকৌচপাপু। শানৌ য়োইপুনাই মোমন্নু পেমমারো। থুকা লাইচ য়িনা কনলপানিকিনা ব্রঙাম থইঙমতরে হায়না পাউথুমলমএ। য়োইপু য়েনতরা অয়াঙ ফাপিনা নুংশি মপাউ হীকহায়ননা মিকপইউএ শাপী য়িপুং মনাই মোইরাং নাইফা নহা ব্রঙাম থাপারো। অইপু করম লইরম থইরমপানৌ হায়না শোনলমএ অতু নোং কিপু য়িথায়রো কৌএ।

য়িথায় থোন মরক্তি। লাহন নোং লোইমোম ফোরোইপীনা মোইরাং নিংথৌ অকোংচামপানা। তোপনা হুনলাল্লমঙইতা খোয়নৌ মতারুপকা লোয়ননা লাইচ য়িরানশে হায়না শংলউ থৌরাংএ। খোয়নৌ য়িতা শাচি থোংকুরারো লাইচ অসি য়িতমরো হায়না পাউমেনলে। য়ারউ শামাতেং শাচি থোংকুরানা লাইচ য়িতমপাপু। য়ারউ মরউ চাউনা লাইচ য়িতমএ। লাহন নোং অরুপাপুতি অসুকপা কৌএ। অথেনপাপু অপাপা কৌএ। লাইচ অপাপাপুতি অসুকপানে হায়না য়ারউ থুরুথুতপনা। লাইচ অসুকপাপুতি অপাপানে হায়না য়ারউ থুতোল কাঙনা পাউতাক্লপাকি। লাইচ অসুকপা লমতা য়িরানকে হায়পাকি। য়ারউ শামকোই তুরেল মিংথাংকোন তুপান কাংথিন য়েন। নাউরা থোয়রেন থাঙনা রাকয়ৈ হিকা ওই। পোমপি রাইরং চেক মাকপা পানচুমপী। থমপী খোঙগুপীনা তোংচেং হিনাউ

শা। শংলউ কইত্রাংকোননা খুমু নউকা ওই। লাইচ য়ি-রানলকপাপু। লাইচ য়িয়াই মৌরপাকা রাকয়ৈ হি রূপলে। খোইমোম লাই মাতি লাইচ য়িরোনমুংতা লুংথখিপাপু। লাইচ য়িরোনমুং কি নিংথৌ রাংলাজল লউরায় মানশারীক মখোঙ তরুক মশা শাতরা। খোইমোম লাইরেম্মাপু থীক-লেন থাত পমনা লাইচ য়িরোনমুং তকি পুথংলকএ। ককলা রাংমা তাপি মনাউতোনপা থিংকু য়েনমনা লাগনা রোকঙমএ। য়োইপু খোইমোম ফোরোইপীমা খোইনৌ য়িতা ককলা রাংমা তাপীরো হয়েং থাঙয়ি খোঙলোননা। লোইমোম খোংতিননা লউরী শেনতোইমুংতা পানমশে। খোয়নৌ য়িতা থমপী খোঙশূপী নঙতি। হয়েং থাঙয়ি অইনা লোই-মোম চিপোং পৈরপাকা। য়িতীন য়িকাঙমাপু মনচরাউরো। খোয়নৌ য়িতা নাউরা খোয়রেন থাও। তুপান কাংথিন য়েন। তূরেল মিংথাংকোমরো নঙতি। হয়েং তাইপঙ নমু মীনা থুমনাউ হেনশোনলপাতা। হেমনাউ নাহেরপাতা তরা চায়িমশনো। চামলউ লুকপান থক্তা লমরোকশে। খোয়নৌ য়িতা শাচি খোংকুরা নঙতি। হয়েং থাঙয়ি অইনা য়িয়াই কারপাকা। থাঙয়ি মাপু তংলপাতি কোরউ নোংনা য়েং মালেম লয়না থংঙশুনো। অইপু লাইমন থইমনলে হায়-রমএ। অতুনোং কি য়িথায়রো কোএ। য়িথায় খোন মরক্তি। য়িথায় পুনেম চীঙ শেকরা তাংতন পোক মনাই তাপা য়িয়া পনচনলম। নুমিৎ অামপানা পানলিরাই। থপি অরেমপানা রোংলিরাই। খোইতোম অহনপা শিরোকলম। লয়মা লাইচীঙ খোইনু মকাইফমপূ তানা থনপা খোইয়ম লাইয়িংথৌ।

চীঙঙ্ নঙপু অথিপিকানো। অরাই লাংপিকনো। কাওরেল শনথৌ লাপা খলয়েংনপিকনো। নমু পোংথৌয়াঙ খলমুক্রপিকনো। নতাইরেম য়িম্রাকমনা কাউরোই খোঙ অইনা নিনলোই। চীঙঙ্ নপা য়েং খোইয়ম নতম লউনা। সনা কোনকা হুল লুপা য়াইকা চলনা পুরুমচরমকে। হয়েং কংলয় লাথুপ অপিশানা তেংথারগুনো। চীঙঙ্ নঙসুং নতোম লাইচ হনলউরো। তয়ম য়িরাকমতি খোইয়ম হৈনা মতুং য়িলনা। কংলয় লমথোন শৈপু শককৎলককে।

পলেম মমা লীকলাপিচা নোংতমনু সনা লিনকোয়কি নোংপাল খোইতোম অহনপা লুরাং মানভোম অতোনপা। চীঙখোঙ কোয়পা নাউ। লুরাং নহা য়াউশূতানপা। শানৌ মচৌ-মনাউ মরিমাতি। থুকা লাইচ য়িরম য়িলনা কংলয় লমথোন শককৎলকএ। হাওতক শনপলয়ারো কৌপাতি কৈ তৌনোংকিনো হায়রপাতি। লোইপী হাওথা তানাতপা লোকথা খঙনতপাপু। মোইরাং নিংথৌ অঙমপানা লোকথা মপুঙতানা পঙেংলে হায়পাকি হাওতকরো কৌএ। কাওরেল মশলচাপু শোঙচি য়াফক লোননা। পামেল লেপতম য়ুংনা কাওরেল শনকোল শেমলমএ হায়পাকি হাওতক শনপল য়ারো কৌএ।

মরম কংলয় মতাঙমাতি। থুকা চংপী লয়তানপোক অরেঙ কাইপা লেং কাইপা। লেংনা কাইপা বুঙইরম। লাইতোংপানা শনচিংলম থূকাপানা লাইহোইলমরো কৌপাতি। লাহন নোং হয়িঙইতা চাইরেল নিংথৌ য়াওফূলাকপকি

মমোমলোন। লাইয়া লয়মা লাইশন থানপিপু। লোকথা নিংথৌ য়েনলাংপাতা কাওচনৈএ। মমোমকিতমকপু কাওরেল শনপুম চাম্না। তয়ম নাইপুম চাম্না। মুকফি লাইফি মশীং চাম্না। সেরি সেনচাউ মশীং চাম্না। পুথম নাতি মশীং চাম্না। শীংতুম শংকাই মশীং চাম্না। চাম্না চাম্না শুনা ললরুনলকপাপু। মপলকি ললরুনপোৎ পুম্নমানা। লেংনা কাইনা চংথোক্লকএ। অতু নোংকিপু অরেঙ কাইপা লেংকাইপা। লেংনা কাইপা রমইলগরো কৌএ। লাইতোংপানা শনচিংলম থুকাপানা লাইহোইলম কৌপাতি। কাওরেল পীপুকন্নুং অতুতা থোইয়ম য়ুতাউ লাই অয়াঙপাপু চংলে হায়পাকি। থুকাপানা লাইহোই লমরো তৌনা কৌএ। অরনপোৎ পুম্নমানা লেংনা কাইনা চংপাপু। নীংথি পুকনিঙ হুনা চঙএ। অতু নোংকি চংপিরো কৌএ। নোংপাল লাইয়া লয়মা লাইশন থানপীনা। চীঙঙু মাকা মন্নুং থোংকো পারইনপা থোইয়ম য়ুতাউ লাই অয়াঙপানা। কাওরেল পীপুকন্নুংতা শানথুপলিপাপু। চেংলউ মমিৎশেপ শেপনা য়েংনা থালয়ি লাইশন থানপীরো তৌনা কৌএ। থোইয়ম য়ুতাউ লাই অয়াঙপানা লাইয়া লইমা লাইশন থানপীপু। অহিং য়িন্নুং শোয়য়াইমাতা হুনা পুথিরে। লোকথা নিংথৌ য়েনলাংপানা। য়িমান নিংথৌ চাইরেল য়াওফুলাকপা মরলরুন অসিপু। মমোম লাইয়া লয়মা লাইশন থানপীপু নৈতরপাতি কৈতৌনকপানো। থৌতু অরেপপা চেঙচা অখিনপাতুম ওইয়ো হায়না চৈরমএ। অতু নোংকিপু থৌতু অরেপপা চেঙচা অখিনপাপু ওইরউরে। অতু নোংকিপু লোকথা

নিংথৌ য়েনলাংপা কাউচৎমল চৎলমব্রো তৌনা কৌঞ্র।

ন্নম লময়েন মতাম্নমা লব্রাম্ন পোমপীখোক চাব্রাইতা। চাইরেল তব্রা থঙ হইয়াইপোক কৌশান্তি কৈতৌনোং কিমো। লাহন নোং চাইরেল নিংথৌ য়াওফুলাকপা মমোমলোন হইয়াইন্নপু। চীঙঙু লইরক শাথৌপা খোংপাল লাংয়ানপামা পুথিরে। মপল পনথৌ মশা চাইরেল নিংথৌ য়াওফুলাকপনা অরাং কোরউ নুমিতাংকি মথৈ। য়িমোম লয়মা হইয়াইন্নপু চেংলউ শকরু তরে। মায়কই কাতোমতুম তুচোং পল্লামখিপানো। য়িমোমকি চেংলউ শকরু তরিমথৈতি। তরা থুংকুনমাপু হুকখিরোই। লাইচ চীনথুনমাপু য়ুং থিরোই হায়না। অহিং য়িনুংমাপু চাইরেল পুয় হুপ। মইপুল থুংতা শূলা য়িরেক লাইচম লান। চীংচ উ নাপোম কেলনা থিপাপু থিথংতরপাকি। পিরেল থাকমা ত হেংঙাই মপাউ চাউনা। য়িমোম লয়মপু চীঙঙু লইরক শাথউপা খোংপাল লাংয়ানপা করমপাপু লমব্রোক্লরপানো হায়না মিকপলে। কোরউ নোংপুম তরানি শূরপাকা। খোয়নৌ মতা অরুকমানা পোমপী ব্রাশোইপোনকুম চানা লাংথোং লীৎমা থিরকপাপু। খোইমা নারোলন্নুংতা। খোইমোম লাইচাক চারপাকি। তাইপঙ মীরোল থোকতনা নৈঙমলে। খোয়নৌ মতা ভরুকমানা ঙকথী লুমলাং কোন। থচাই লেংলোই চুপ। খোয়নৌরো পোমপী মশুং লাংকুম নতোম চানা লাংথোং থাতা পোমপী মশুং তমনা নতোম য়াংকোইঙমপানো হায়না। তরা মথোয়কি চায়োমলকপা ব্রাংলই খোমহানলকপাপু। তরা চায়োম থোক ব্রাংলই চীনথুন য়ুংমিন্নরে। তরা চায়োম

লেমপাতি থোইমা নারোল নুংতা চাইথোকলে কোরউ নোংপুম তরানি শুরপাতা* থোয়নৌ মতাশিংনা থঙলুইএ। অতু নোংকিপু চাইরেল তরা থঙরো। লৱায় পোমশী:থাক চাৱাইতা কৌএ। লয়মা হুইয়াইনু থোইয়ম লইৱোইংরপীপু অনৌপা পোকহউরে হুইয়াইপোকরো কৌএ।

কেকে মারোং লউ অচা চাতা লউ। লউপা মঙথঙ লউপু নাতৈনা। সালুং মাইপা মঙথঙ সোয়পু কালনা চোং। থূকা লাইচ য়িৱাংমাপু লান। থোইঙৌচেং চীঙচেং কালনা চোং। ঙাইরোং কোনচিলসুং কালনা চোং। থোইমোম মোরিপা চীঙঙু সনথোঙ পুমনা লুপপা। সনথোঙ ৱাথাইচেং অহনপা। সনথোঙ পোঙমায় ফমপানা নাশি তাউপা। সনথোঙ লাংপুম অরিপা। সনথোঙ পুনেমপা। সনথোঙ সুকমু থনপাপু ৱাঙনপা। লাংয়া থনপাপু ৱাতেমপা মুংফি লইরুমনা লীচই তোরাল শূনা। শারেল মীশুমলাংপু শুহৈপা। লানলোয় মীঙাথোংপু য়েলহৈপা। থোইয়ম অরুপা চীঙঙু অচৌপা। থোইয়ম নঙকি য়াইথঙ নশানম চীঙঙু নতমতা সনা নাঙই থোমপু। পাথাঙ য়উরই মেলনা শালৱোনপাপু। ৱাকনা তেংথা ঙমলোইএ। থোইয়ম নপা য়েং চীঙঙু নতম থন্না। থূৎপাং চাংচউ চেপ্না লোলনা পুরুমচরমকে। নরম লমলেন মাতাইমা লোকসুপ লোকচাউ য়িপু তানা থনপা। থোইয়ম সনথোঙ মোরিপা মপারী চীঙঙু অহনপারো। কোরউ নাপি তোলনা ৱাংপা নানুং নাইপিকনো। য়িৱাকমানা মানপি থূৎতপ্পনা পুরুমচরমকে। নাতাইরেম য়িমাঙতা নোং-

পাল লীক্লাপিচা নোংতমন্নু পায়মা সনা লিনকোয়কি। নোংপাল থোইতোম অহনপা লুরাং মানঃতাম অতোনপ্পা অনিমানা কংলয় লমথোন শকচিনখিএ। চীঙথোঙ কে য়পা নাউনা মকোয়শিনলকএ। লূরাং নহা য়াওশু তানপানা মতানশিনলকএ। তয়ম য়িরাকমান্নুং কংলয় লমথোন শৈপু মশকচিনলককে।

নরম লমলেন মাতাইমা। থূমুচামপা ময়ুং ফমপু নাতৈ-নরকলে। থূমুচামপা য়ুগফম কৌপাতি কৈতোনোংকিনো। লাহন নোং লংপা য়াথমলোয় তরেৎমানা কংলয় লমচাউ কোয়না থুনথিরকপাতা। নোংপাল থূমুচামপাপু লমরোক্ল-রে। নোংপাল ময়ুগনাক্তা ফয়েঙ নোংফাইরে। কৌপা য়ায়রেক লমতনলে। নোংপাল থূমুচামপানা লূকলেন পমনা হাপ-শারেল ফাহাপ্পা। হাওতৈ অয়াকপা য়ুরাই অথুমপাপু য়ুরা-ফানহল্লপাতা। থোইয়ম রূনপী পুকনীং পেনহল্লপাতা। থোইয়ম লংপা য়াথমলোয় তরেৎমানা। নোংপাল থুমূচাম-পারো থোইয়ম য়িথোয় তরেৎমাপু। চীঙঙু অপীকপা থোইয়ম অথূপাপু নংতে। লংপা য়াথমলোয় তরেৎমাতি য়িথোয়নে হায়না পাউতাক্লপাতা। লুরাং থুমুচামপাতি পুক্লিং অকি চঙনা। তেকপী অনৌপা রোকফাং হাৎ। কাই-রই অনৌপা য়েনফাং তূনা থোইয়ম মথোয় তরেৎমাপূ অম-রক য়িরাৎহউএ। থোইয়ম মথোয়তি মথি নাই চীঙঙু অমরক মরাঙ হউনা পাউমেনলকএ। নোংপাল থুমুচামপারো থোইয়ম য়িথোয়পু তরা চাহোঙরো। রাংলই য়ুহোঙরো

হায়না পাউমেন্দলপাপু। নোংপাল থূমুচামপানা শারেল ফাহাপ্পনা ব্রাংলই থাঙতম হাননা শাহোঙ য়ুহোঙলে। কোরউ নোংমা নুমিৎ-মতাসুং। নোংপাল থূমুচামপারো ব্রাংলই য়ুহোঙরো য়ারউ শাহোঙরো হায়না পাউমেনপাপু। অনৌপা অমরক তেকপী রোকয়াম তু। কাইরই য়েন্‌ফাং হাৎনা শারেল শাহোঙপাপু। কোরউ নোংপুন তরানি শূরপাতা। লংপা য়াথমলোয় তরেৎমানা পাউহংলকএ। নোংপাল থূমু-চামপারো। শারেল নওনা শাহোঙপা। ব্রাংলই য়ুহোঙপাপু ব্রাৎপরা। নোংপাল থূমুচামপানা। নতাইরেম অইকি ব্রাং-লই য়িয়ু য়াম্না লৈএ। শারেন য়িশাগু ব্রাৎতরিএ হায়না পাউথূমঙমএ। লংপা য়াথমলোয় তরেৎমাপু। শারেল শাহোঙপা। ব্রাংলই য়ুহোঙপাপু। লোইতাম থাপুম তরেৎ শূরে। নোংপাল থূমুচামপারে ব্রাংলই নয়ু। য়ারউ ন-শা কয়া লৈপানো হায়না পাউহংপাপু। নতাইরেম অইকি য়ারউ য়িশা ব্রাংলই য়িয়ুতি। থোইয়ম নথোয় তরেৎমানতি। ব্রাং-লই থকতনা শারেল চাতনা ঙমলোইএ হায়না পাউথূমলপাতা লংপা য়াথমলোয় তরেৎমানা থূমু মাইরেমপা কৌপাতি কৈতৌনশীপানো। থূমু লৈরিপারো কোলোয় মিংহুনলমশে হায়না। থূমু লৈরিপারো কৌরমএ। থূমু লৈরিপা অহোঙ থেনপুঙনে।

নরম লমলেন মতাইমাতি। থারই য়িরুম কোল কোনোঙ লাইশুমপা মহিথেলপু কৈনা তুপ। মহো ফাইপোক চীঙ। নোয়পী নোয়তম চীঙ। য়োংমু শারম চীঙরো

কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। পামা মচন থিং-ঙাতাউপীনা। মথিং লাইরেনপাপু য়ুকৌঙইতা। থোঙশীং মানপল নোয়। ব্রোইনু কোনকোন নোয়। নোয় খুংথেক নোয়মা লাংপু নোয়তমএ। তুপি মথৌচানকি মপারী চাপে ক কাতাং শাংপাপু মহৌ মহৌ পোকএ। মহৌ ফাইপোক চীঙ। নোয়পী নোয়তম চীঙ। য়োংমু শারম চীঙব্রো তৌনা কৌএ।

নরম কংলয় মতাইমাতি। চায়ামপী চেক্লাফাই তুয়াই লোক কুশু তমপাক কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপা-তি। লাহন নোং হয়িঙইতা। নো' য়াই চাউপা পুং খূমন শাংপা য়াইতি। হুইথৌ লয়কাই তানাতা। নোংয়ায় য়ুমচাউ কারেল য়াই মাপল শা। খূমন য়িমীং কানা নেকপাপু। নোংয়ায় য়িমাঙ কানা তানতা। নোয়ায় চাউপা পুঙ খুমন শাংপা মপুঙয়াইতা। চীঙঙু নোংথৌ সোরারেল মপারী। ব্রাকলেন তোংয়ায়কি অমপু তাইপঙ নমু পোংশক ব্রোইনা লাংব্রোনলকএ। কোলোয় মমিংথোংতি লমচা অতনপা পামেল হইপোং মথা হীপপাব্রো হায়না মিংথৈনৈএ। নোংয়ায় খূমন নিংথৌ। অ:তান পুনশপাকি মমোমলোয় লয়মা লাইগোংতেনপী। চেংলউ শকপান থোংপূ সনা ফুথোংপা কোনকুমপী। নোংপোকচা মিয়েংশেলনা তাঙচ য়িকাই থোইনা মিরেল মুংপী। মপল নোয় য় খূমন নিং-থৌনতি। নোংপোক মালং হুগব্রোইপাতা। কাওচনাকে হায়না ঙাইথমপাপু। থোইয়ম লাইচা অতনপা। পামেল হইপোং বূথা হীপপানা। মনুং সোয়থোঙ তাইথেংনা।

লমলক লুকাইনরপাকি নাকলু ফিয়ানলে থোয়চি থাকা মিহুন-থিরপাকি। মপন পনথৌ নিংথৌ। নোংয়ায় থুমন নিংথৌনা পাউহংলকএ। য়িমোম অহেন মিৎচুপী কচেং লৈনোপীরো। নাকলু নঙকি ফিয়ানপা অসিপু। কেকে মোইরাং ঙাই। পোইরই মইতৈ ঙাই। নোংপাল লুরাং ঙাই মচা কনানো। নপল অইকি শমু মাঙতা। তাঙচ য়িকাই লৈতনা পাউতাকরো হায়না পাউহংপাপু। মমোম নোংয়ায় লয়মা লাইথোঙ তেনপীনা পাউথূয়কএ। য়িপন নিংথৌ অতোন পুনশিপারো। নমোম অইপু কোরউ নোংতমথোনপু হেনফতপানা। লমচা অতনপা হইপোং মথা হীপপাতা। অশাম অইনা থোয়তিলনা তিনলাং থোয়তারপকি। শীংলেন লৈপুমমাপু থেৎনরে। লৈরাং লৈকামাপু চিলনরে হায়না পাউতাক্লপাপু। নোংয়ায় থূমন নিংথৌ অতোন পুনশিপানাতি কনচাউ মথৈ লৈতা। থাঙলেন থুৎতা পায়না। য়িমোম লয়মা নঙপুতি। চীঙঙু নোং-পোকহু রোইপাতা কাওচনাকে নোংহামপা নৎতপারা। করিকি লমচা অতনপাতা রাইথুংঙমপানো হায়না। য়েৎতা লই থাঙকা হাই। রোয়তা লই শমকা থোমকে তৌকুম্লপাতা মপন পানথৌ মমা নোংয়ায় থূমন লয়মনা। পারী নোংয়ায় থুমন নিংথৌ অতোন পুনশিপারো। য়িনোংয়ায় লয়মাপু রায়র করিকি নশা রোই। হুএল নরাল রোইকাপানো হায়না থ্বাঙ পমশি কোলনা থৌথামলপাতা। নোংয়ায় অতোন পূনশিপানা। কনচাউ মথৈ লৈতনা পাউমেনলকএ। য়িতাই-রেম নোয়ায় কাওথু হিংঙমপা। থাফম লউশী হনপারো। নোংয়ায় থূনমাঙ শেম। থুমন নাইমাঙ শেলনা করি তাঙচ

য়িকাই নংলোই। লমচা অতনপা হইপোং মথা ছীপপাকা। য়িমোম লয়মা লাইখোঙ তেনপীকা। তুরেল লাইচ য়িরম য়িলনা। মাউপী বুঙাম থকতা হাপনা তাউথহনলশে হায়না পাউমেনলপাকি। নোংয়ায় লয়কোয় কমপাকি কোলোয় ময়াথংপু হেপখোকফতনা। নোংয়ায় মীয়াম হউনা। মাউ-পী বুঙাম শারপাতা। য়িমোম লাইখোঙ তেনপীকা লমচা হইপোঙ মথা হীপপাকা অনিমাপু। মখোঙ কুরাউ হংকা চল। মঙক য়োংহিং চনশিনলে। মাউপী বুঙাম থক্তা থাং-কংলে। লাইচ য়িরম য়িলনা থাতাখি। লমচা অতনপাতি থোইয়ম লাইচানিকিনা। কুরাউ হংকা তানা য়োংহিং ফোলাং কেনলে। মকুমপী নোংয়ায় থুমন লয়মা বুনপী পীপুক থেনপীপু। কোরউ নুমিৎ মশীং শূরপাকি। মপারী চেংলউ শককোয় হেনপা অমাপু নাউনৌরে। চহই কুমশীং য়াম্না তাউথরে। তরা অচা বাং চরই অয়িন তাম্নপাকি। য়িথং থোইয়ম লাইচা অতনপারো। মাউপী বুঙাম অসিপু লয়রাই মুংপী পক্লা থইচিনলো। নপারী অসিপু তরা চাপুক লাম্নপাকি। অঙাং হেকঙাই মপাউ চাউনা মীকপলে। পামেল বুনা শীংনা অনৌপাপু থিনা তরা চয়িনথিশে হায়না মাউপী বুঙাম থইচিনলে। লয়রাই মুংপী থক্তা বাকয়ে হি-থাংলে। নুপা পুকচেল মতোল লোম। থাঙলেন থুংতা পায়না। পারী নুংশি বাকি। কোরউ নুমিৎ চুপ্না। চীঙ শাং মাপোম নাপোম তরুক শুনা। পামেল বুশা থা হেমপা পামলউ য়ানলে। নোংয়ায় থুমন লয়মা লাইখোঙ তেনপীনা কোরউ নুমিৎ তরামঙানি শুরপাকা। মালং নোংশা মইনা

পামেল বুশা কংলপাতা। হেমপা পামলউ থাশে হায়না বাতানরে। অহিং থোমলেন তুমথুনথিরপাতা পোমপী চেকরোনথোক ক্কাক লীক্কমপোলনা। পামেল বুচুঙ থক্তা তোংনা। পুঙলেন মাকি য়াইরোইপাপু থীলনা পাউমেনলকএ। লমচা অতনপানা য়ানথেকপা বুয়াম নথোয়পু হউকৎলো হ য়না লাউরপাতা। পুঙলেন মথোল তাপা মথৈ। খোইমা নাপী শীঙপী মথৈ হউকৎলে। লাইরেন য়িন্নুং ঙানলপাতা পামেল বুয়াম হউপাপু মিৎয়েং শানখৈনরে। লয়মা মাচৌ থানা পাউতাক্লপাতা। লয়মা লাইখোঙ তেনপৌনা। থোইয়ম করমপাকি নোংতমনো রোনথোকএ। হায়না মীকপলে। পারী নাউরা অপিশা তরা অচা রাংলপাকি। নাউরা নঙপু লাংকোল ঙমনপা। চা-চাক চাহাঙ মথী। চেঙমি ফোকাক মথীপু হুনশে হায়না শংলউ থোরাংপাপু। পামেল অতুপপানা হউকৎলকপা অসিপু। থোইয়ম করি রানো রোনথোকএ হায়না মীকপপাপু। মথংলেননা নুপী নুংশি মতো য়েংনা। থাঙলেন খুৎতা পায়। লাপা চরই য়াংকোল মতা ফন্না তাথংৎলে। চীঙলেন নাপোম তরুকমাপু থোইমা নায়াম য়ান। পামেল বুয়াম তুনা থোনারপাতা। হউরেল য়োয়ময়ায়না ময়ুম চঙ। অঙান তাংলউ থেঙচিনলক্লপাতা। থোইমা হামুল চারা লেপতমনা হামুল চারা লেপতমনুংতা শানথুপপাপু। য়িন্নুং কোপা শোঙ্ময়াইমতা। পোমপী চেকরোনথোক। ক্কাক লীক্কমপোলনা পুঙলেন য়াইরোইপাপু পুনা পাইরকলে। হামুল চারা লেপতমথক্তা তোংলরে। য়াইপুঙ খুৎতা শূনা য়ইনা পাউমেনলকএ। থোইমা নাপী শীঙপী

পুন্নমা হউকংলো হায়না য়াইপুঙ থীনলিঙইতা। লমচা অতনপানা ক্কাক লীক্কমপোলপু শমু থুংনা ফংনা ফারে। পোমপী নঙনা ভাইপঙ য়েক্লা য়াইতমলমপা রোইবে হায়না য়ারেল খোংথৈ চীকলে। পোমপী লীক্কমপোলনা নোনচা মথই ফংনা হায়চথিএ। হে য়িপুংঙোতা খোইয়ম লাইচা অপনপারো। খোইয়ম নোংতম মতুং য়িলনা শমু নথূৎপাক্তা তারে। য়াইপী থরায় মাঙপাতি ঙাকপীয়ো হায়না পাউমেনলকএ। লমচা অতনপানা মকন মন্নুং হউনা রারে'ইথিএ। নাউরা য়েকনপা পারী থমপনপা। পোমপী নশা চাতনাতি। রূনপী পুকনীং পেনন্নরোইএ হায়রপাতা। হায়কনো হে য়িপুংঙে তা খোইয়ম লাইচা মীরোই চঙথোনপারো। য়াইপী থরায় হাংপততি ঙাকপিয়ো। খোইয়ম য়াইপুঙ য়িথূংশূ অসিতুম লউহৌরো হায়গাপু। য়াইপুং নথুংশুতি কৈতৌনকাপানো হায়রপাকি। য়াইপুঙ য়িথূংশুতি ক ওরেল শল খোনএ। তন্নুম নাই পোকএ। তরা চাকসুং থোকএ। রাংলই য়ুসুং থোকএ হায়রপাতা। পোমপী নঙসুং থাখিরোই হায়না মরান লোনয়ুময়াইতা হন্নরাইরক্লে। লয়মা লাইখোঙ তেনপীতা পাউমেনথিএ। পোমপী অইখোয়পু কনলকপা। চেক্লা অইখোয়পু য়েক্লপাপু ফারকলে হায়না পুাউতমপাপু। লয়মা লাইখোঙ তেনপীনা পোমপী চেকনিংথৌ ক্কাক লীক্কমপোলরো। পোমপী নঙনা লুপ হউতা চেক্লা নপাং খোমতনা অইপু করি য়েক্লাপাপু লৈপানো হায়না পাউমেনপাপু। পোমপী লীক্কমপোলনা নতাইরেম অইতি লয়মা য়েক রাপু লৈতে। খোইয়ম থোশীখোনকিপু হেনফতনা। পুঙলেন য়াইরোইপাপু য়ইপানে

হায়না পাউমেনলপাতা। অতুনিকিতি পোমপী নওকি পুঙলেন য়াইরোইপাতি কত্তায়নো হায়না পাউহংপাপু। নশাপী য়ি-পুংঙো থোইয়ম লাইচা শমু মখূৎপাক্তা শিলনরপানে হায়না পাউতাক্লপাতা। লয়মা লাইথোঙ তেনপীনা তৌয়িকিতি পুঙলেন য়াইরোইপাতি থমলমরো। পোমপী থরায় নমিরেল-তি মাঙতনা হনথিয়ো হায়না পাউমেনলপাতা। পোমপী হরাও মথৈ লৈতনা। লয়মা শমু মথে'ঙ থাতা পুরুমলমলকা। কোরউ নোংথৌ লয়পাক্তা হলরাইথিরে। লাহন নোং ময়িম লোইপীনা মিকৌনা হেমপানা তেংথানপাতি। য়িশিংপু তুয়িরো কৌএ। মোইরাংনা অরউপাপুতি অরোকপা কৌএ। তুয়ি লাইচ মপালতা পোমপী লীক্কমপোলকি পুঙলেন য়াই-রোইপাপু লোকলউরে। অতু নোংকি তুয়াইলোক কৌএ। পোমপী মানা অহিং য়িনুং শোয়য়াইমাতা পাইরমএ হায়-পাকি চেক্লাপাইরো কৌপাপু চেক্লাফাইরো রোনলমএ। থোইয়ম লাইচা অতনপাতি পুঙলেন য়াইরোইপা পুরক্লপানি-কিনা রাংলেন য়ইমরকক্তা। তরা চাথোকরো মথোকএ। রাংলই য়ুথোকরো মথে'কএ। কাওরেল শনথোকএ তয়ম নাইথোকএ। তরা চাহোঙএ চায়ামপী লোকরো কৌএ। তাইপঙ কোইচা পোং খুংশু খুংলাই। শেংনা চানপা শূনা পালনা মশীং রাংতনা শুরে হায়পাকি। কুশু তমপাকরো তৌনা কৌএ। ভয়ম য়িরাকমাতি য়িমায় কেকে কংলয়লম পাংনা থোইয়ম হৈনা মতুং য়িলনা কংলয় লমথোন শককংল-ককে।

নরম কংলয় মাতাইমাতি তাইপীলাকরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং নোংপাল খোইতোম অহনপা। লুরাং মানতোম অতোনপা। চীঙখোঙ কোয়পা নাউ। লুরাং নহা য়াওশু তানপা মচী মনাউ মরিমানা পাউমেলকৈএ। নোংপাল খোইতোম অহনপানা। শানৌ চীঙখোঙ কোয়পা নাউরো নঙতী চীঙকি মরোল য়ামপাপু কংলয় লমখোন শকচিনলকরো। শানৌ নোংপাল নহা য়াওশু তানপা নঙতী। নোংপোক লমনা চ উপাপু। কংলয় লমখোনলুরো হায়না তাইনা মেন্নরমএ। অতু নোংকিপু তাইপীলাকরো কৌএ।

নরম লমলেন মাতাইমা তুরা লাইচ য়িমই লান। থানপোঙরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং খোইয়ম লাইরইগা। মহৌ মরইমাপীনা সীককি লমখোলঙই তয়াং লমলেন ঙইতা। লোইপী চীঙককগা। চেমপা চীঙতুপমা অসিতি। চীঙলেন য়িরাল রাপু রোইচকে হায়না থানলমএ। থানপোঙরো খোনলমএ।

নরম লমলেন মাতাইমা শারুং খুনপী ময়ুংফম। খোইয়ম লাইয়িংথৌ নোং চুতনা শাইচোৎপা। নোংশাতনা ফৌকংপা মসেম তোঙতোইপূঙপু নোংশাপা খোইয়ম লাইয়িংথৌরো। খোইয়ম নাপী তোলনা। চীঙঙু রাংপা নানুং নাইপিকনো। তয়ম য়িরাকমনা কাউতে খোঙরোইনা নিনতে। চীঙঙু নঙকি তোংচেং নচই থুল। কমপোং নাকা য়ামপাপু রাকনা তেংথা ঙমতে। খোইয়ম সনা নখোঙ থাপু। সনা কোনকা হুল লুপা য়াইকা চলনা য়েনপৎচরনকে। তয়ম য়িরাকমাতি

য়িমায় মোইরাং লয়কোয় পুঙপু পাংনা। খোইয়ুম হৈনা মতুং য়িলনা কংলয় লমথোন শককংলককে।

কেকে মোইরাং খুচুপ চাইমিয়াঙ অথৌপা হাওকা মরম শাং। তোইপীচম চন্দ্র লারোং মকা হেকপী তরুকমানা শীঙচা পোংচেন লম। সেনলোয় মপাত উ খুম নাইফারোয় মঙামানা মপাতাউ ল্হনপা মচীঙচীনপু ফৈনা লাননা। কেকে তোরপুঙ মোইরাং তোরফাই কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাত্তি লাহন নোং কেকে খুংনিংথৌ ঙাংঙোই অনাল ঙমপানা হাওশি ঙমকা চিংনা কেকে পুমনা হুপ। মোইরাং পাক্লা তাইনা। শারুং খুনপি মপুঙ তাক্লা পনথেংঙইতা। ময়ুম শারু খুনপি মপুঙয়াতি। মরান থুমপী মইগাঙ চল। কাওরেল শনথঙ তরা লান। চুঙলেপ হুমফু চোং। শাইপু মইতান পক। থংনঙ লয়তঙ ফেলনা পনথেংলপাকি। হুএল লালনিকিতি শারুং হাওনুথং মপারী নমতা পোপীপু তুনা ককএ। কেকেনা ফিকৌনা মোইরাংনা তেংথানপতি। অঙাংপুসুং তোরো কৌএ। লানলুপুসুং তোরো কৌএ। তোরো অনি শুপ্পা ফাইনা ককলকএ। অতু নোংকিপু কেকে তোরো পুঙ মোইরাং তোরফাইরো তৌনা কৌএ। শারুং থাঙশা খোমতোনপা হাওরুখোই শাফাপানা হাওশি ঙমকা চিংনা। লোইপী হাওয়াম চোংনা। লাউনা খোংনা তানথোরকএ। লোকলাউরো তৌনা কৌএ।

নরম লমলেন মতাইমাত্তি। মায়চমলোকরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। পামা মচন থিংঙা তাউপীনা মথিং লাইরেন পাথংপাপু য়ুকৌঙইতা। লুক লেন মায়চম

শানা য়ু:কৌএ। খোইয়ম মরলকু চীঙহু নথৌচাল। লাইচ য়িহইথকুমপাপু লনকুপিএ। হায়গাকিপু মায়চম লোকরো কৌএ। নরম লমলেন মাতাইমাতি। লুরেল থুনপী লোক। কুনখোই নানৌ লোক। লৈথা চারৈ লউ। চীঙঙু লাথম-পোকপু তানা থনপা লাইয়িংথৌ। খোইয়ম নঙপু অথি থীপিকনো। চীঙহু নঙপু অরাই লাংশিকানো। নাতাইরেম তম্নম য়িরাকমানা মানপী থূংতপ্পনা পুরুমচরমকে।

নরম লমলেন মাতাইমা কোনতে লউরো কৌপাতি কৈ-তৌনোংকিনো। লাহন নোং হাওনু কোনতেনু লউঙাকপীনা মপনকি থানলই মরউ:রেনতা। থাঙয়ি চাহই ঙাক লোইমোম ফোরোং শঙ থ্বা হোইনা য়োংমু লাউঙইতা। পামপা থাকুৎপা চীঙয়া পনকোয়পা। হাউনা য়িশং পকতপা শা কৈরেল নাউশোঙপানা। হাওনু কোনতেনু থানলই লউঙা-কপীপু। পামপা অথৌপানা কৈরেল খোংতুম খোং লাউতুম লাউনা। কাইতে লউশঙ থাতা তানলকপাপু। হাওনু কোন-তেনু লউঙাকপীনা। মোমনু থূৎনিংথৌকি থোননা য়াই থূৎতোপ য়াইনু-চানপাপু। থামপী মইতা য়িকলে। থামপী মইপুক নুংকি লউথোকলপাকা। পুনুং মচেকপনা চপ্পা পামপা ময়ানুংতা হুনচিনথিরে। পামপা মরই থারে। কৈরেল খোংতুম খোং। লাউতুম লাউনা চেনথিরে। কৈ-রাউপীরো তোনা কৌএ। পামপা লমফাইতুনা চানা লাংখোং থাতা নোংমনলে। হয়েং লাইরেল য়িনোং ঙানলকা হাওনু কোনতেনুনা থানলই অমরক লউকুমলকপাতা। লাহন নোং কেকেনা শৈশক্লা মোইরাংনা তেংথানপতি। কাকপূ শীংচারো

কৌএ । শীংচা ময়ামনা য়োমলোয় হউ ক্কাক য়োমতোম পৈনা। পামপা অশিপাপু চাওমএ । অতু নোংকিপু শীংচা ক্কাকতা লৈথা চারৈ লউরো তৌনা কৌএ হায়তপারা।

তয়ম য়িব্রাকমাতি কেকে কংলয় পুঙলমতা। খোইয়ম নোংশাপা মকাইফমপু নাতৈননা কংলয় লমথোন শক্কংলক্কে। খোইয়ম নঙপু কোরউ নাপী তোলকনো। চীওঙ রাংপা নন্নুং নাইকনো। তয়ম য়িব্রাকানা কাউতে। খোং অইনা নিললোইএ। সনা কোনকা হুল লুপা য়াইকা চলনা। খোইয়ম সনা নখোঙ থাতা মানপী থুংতপ্পনা পুরুমচরমকে।

নরম লমলেন মাতাইমাতি থুংথকপিরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো। লাহন নোং হয়িঙইতা। খোইয়ম লাইরয়না তরেংমানা শমু মথূং থেক্কা কোরউ নোংতা কাথিএ অতু নোংকি থুংথেকপিরো তৌনা কৌএ।

নরম লমলেন মাতাইমাতি। কেকে ঙায়তই লউকোন্নুং থমপাল নোংশা লউ। নুঙনন থুংপীপোক। সেথাই লাইয়িংথৌ। সনা পুনথোংপা লয়মায় ই কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং বুরু সীয়া কুপাচি অরিপাকি লাইচ য়িশিংথোং মপালতা চীওঙ নোংনিংথৌকি মমোমলোন লাইরয়মা তরেংমানা। চরই মফিশেং পুয়মাপু। লয়রাই মুংপী চাংতোল থক্কা থমনা য়িরু শানতেংলিঙইতা। সীয়া কুপাচি অরিপানা চরই ফিয়াম পুয়মাপু খোমলকলে। খোইয়ম লাইরয়মা তরেংমাতি তাঙচ য়িকাই নংলপাকি। শমুমথুং থেক লয়য়ি ক্ষইকই কারল লাক। য়িপু কুপাচি অরিপারো। চরই য়িথোয়কি য়িফিরোয়পু পীনোরো

হায়রপাতা। কুপাচি অরিপানা পাউথূমলকএ। কোরউ নোংনিংথৌকি মমোমলোন। থোইমোম লাইরয়মা তরেৎ-মারো। চরই নথোয়কি নফিরোয়পু পীনরকে। চরই ফি-পীমলপু করি পীকপানো হায়না পাউথূমপাপু। চরই ফিপী-মলপূ লৈতে। য়িপল কোরউ নোংনিংথৌকি সনা লনয়াম লউরুকে হায়না পাউমেনলপাপু। কূরু কুপাচি অরিপানা পাউয়াতে। হে থোইয়ম লাইরেম্মারো চরই নথোয়কি ফিমল পীনপাপু অই হায়কে পীনৌরো হায়রপাতা। থোইয়ম লাইরেম্মা তরেৎমানা। কূরু কোলোয় নয়াথংপু হেপথোক-লোইএ হায়না পাউথূমপাপু। ফরে থোইয়ম লাইরেম্মারো। নশানৌ সনা থমপাল লয়মা অতোনপীপু অইঙোস্তা কাওচন-বমরো হায়না পাউমেনলপাতা। কুরু কোলোয় ময়াথংপূ হেপথোকফতনা। মশানৌ সনা থমপাল লয়মা অতোনপীপু কাওচনরমলে। মশাপী থোয়ম লাইরয়মা তরূকমাতি। চরই মফি পীনরপানিকিনা। সনা ফিরোয়শেৎনা। চরই মকা ফোং মানলউ মীমাঙ তাকলল হায়তপারা। মশানৌ লৈরাং অতোনপীতি তাঙচ মরু লুক। পিরেল থাকমা তানা মীক-পথিএ। মশাপী তরুকমানা মশানৌকি নাউরা মীকপথোনপু। নুংশি হেশোন নীকনা তারপাকি। মশানৌপু থরায় লনথাই ঙমতপানিকিনা। ফমনা লেপনা ঙাইথমলমএ হায়পাকি ঙাইতে লউকোলনুংরো তৌনা কৌএ। মশাপী তরূকমানা শমু-থুৎপু থেক্লা পাউমেনথিএ। য়িপল অরাঙ নোংনিংথৌকি সনা মথোঙ থাতা করয়পু পাউতমলু শিপানো হায়পাপু। থোইয়ম মথৌথাপু হেনফতপানিকিনা সনা পুনলাং লুরোয়

থোংনা কোরউ নোংকাখিএ। হায়পাকিপু সনা পুনথোংপা লয়মায়াইরো ভৌনা কৌএ। লাইচ মথোয়না য়িরু শানতেং-লপাতা থৌতু নুঙমোং অপিশানা। শমু মথোঙ ননপাপু। শমু মথোঙ পোকলে হায়পাকি নুঙনল খূৎপী পোকরো কৌএ।

নরম কংলয় মাতাইমাতি। নিংথৌ লমরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং থমপা মুংয়াং চাউপানা। থোইয়ম লাইকোলনুংপু রোইকে হায়না। চুপলউ বুরোং থারমএ। অতু নোংকিপু নিংথৌ লমরো কৌএ। কংলয় নিংথৌলম থোন মরক্তি য়িরাকমানা তেংথা স্মলোইএ। হয়েং কংলয় লাথুপ অরুপানা তেংথারশনো।

নরম লমলেন মাতাইমাতি। চীনতমপারো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। থমপা মুংয়াং চাউপাকা। নোংপাল থোইতোম অহনপা। মানতোম অতোনপাকা মথোয় অহুম্মা লমরোক্নরে থমপা মুংয়াং চাউপানা য়িচুম্মা-রো নাপিঙঙাতি কনানো হায়না পাউহংঙমপাপু। থোইতোম মানতোম অনিমানা পাউথুমথিএ। য়িথোয়তি থোইতোম মানতোম অনিমানে। কংলয় লমথোন শকপা হায়পাতি য়িথোয়নে হায়না পাউথুমথিএ। পাথৌ নঙতি কনানো হায়না পাউহংলপাতা। অইতি থমপা মুংয়াংচাউপনে হায়না পাউ-তাকথিএ। অতুনিকিতি পাথৌরো য়িথোয় অহুম্মাপূ রাংলই য়ুপু থকমিন্নথিসে হায়না। রাংলই চীনতিলননা থকলমএ হায়পাকি চীনতিলপারো কৌপাপু। কেকে তাপু থিপানা চীনতমপারো কৌনৈএ।

## কংলয় লমথোন

নরম লমলেন মাতাইমাতি। থানফম য়িবাংলোকপু হৈনা তুপনা। থূৎতেকপী-বোকলউ-থূনপরম-থুরুংপী কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং লুবাং লোয়নাই নহা য়াওপু তানপানা। মালং মনা লোয়না য়ারউ শাপাল লোক। চাকমোম ঙমথাই তানলকপাতা। লাংকোই শায়াঙ থক্তা তোংনা। লাইচ য়িবাংমাপূ লানকে হায়না চোংলকপাতা। মালেম লয়তা তারপাকি শমু মথূৎ তেকলে হায়পাকি থূৎতেকপী কৌএ। কেকেনা শৈশক্তা মোইরাংনা তেংথানপাতি অপোমপাপুতি অরুংপা কৌএ। শমু মথুৎ অতেকপাপু লুংথৎলকএ হায়পাকিপু থূৎলুংপী কৌপাপু থূরুংপী বোনলমএ। তিমেন মতাচা মালেম লয়তা তারউপাপু থুনপীরকএ থুনপীলম কৌপাপু থুনপরমবো কৌনৈএ। কংলয় মাতাইমাতি য়িয়ু সনথোঙ মোরাংপা। শিনথোঙ চাম্নাপু লমঙাকপা। লাইখোং চাম্নাপু মারুং তোংপা। খোইয়ম নহাকপু কোরউ নাপী তোনকনো। চীঙঙ বাংপা নানুং নাইপিকনো। য়িবাকমানা মানপী থূৎতপ্পা মুকমু লৈতোল কোননা পুরুমলমকে। নাতাইরেম য়িবাকমাতি খোইয়ম হৈনা মতুং য়িলনা কংলয় লমথোন শৈপু শককংলককে।

নরম লমলেন মাতাইমাতি। কাংশোইপীবো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং শোপোন য়াইরেল লয়মা মশানো মচী মনাওনা। মপল নিংথৌ মাপুধিপাকি থালই মরউরলতা। লংমাই চাইচী লউনাঙইতা। লেমলই শারেংখোইপী অকংপাপু বানলেল কাংশোই থোংনা চারমএ হায়পাকি কাংশোইপীবো কৌনৈএ। শোপোন

ম্নাইরেন চন্নু শানৌ মচী মনাওনা থালই লউতারিঙইতা। লুব্রাং লোম্ননাই নহা ম্নাউশু তানপানা। ম্নারউ শাপান লোক চাকমোম ঙমথাই তানলকঙইতা পাউহংথিএ। শোপোন ম্নাইরেন চন্নুবো। শানৌ মচী মনাওনা কোরউ ন্নুমিৎ চুপ্না। মপল থালই মরউরেলতা থোরই তোলকা লং। ব্রাহী কোক-তাই শম তেংপাক লালু শাপাপু। তেংপাক লালু মশীঙ কয়া শুপানো শীঙথাবো হায়না পাউহংপাপু। শানৌ মচী মনাওতি তাঙচ মরু লুক শমু মথুৎ থেকনা পাউথুম ঙমতা-থিএ। লুব্রাং লোম্ননাই নহা ম্নাওশু তানপানা পাউমেনথিএ। হয়েং লাইরেল নোংচা-মাতা পাউথুমঙমবো হায়না পাউমেল-ঙমএ। লম্নমা শানৌ মচী মনাওসুং য়োম্নমাম্নাই অঙান তা' লউ লইনা থেঙলপানিকিনা। মপল মরাল ম্নাইতা ম্নাকা-রকলে। তরা চাকপুন্নাসুং হুকপিতে লাইচ চীনথুলমাসুং য়ুংপিতে। মপল নিংথৌ মপুথিপানা পাউহংঙমএ। ম্নিমোম নাপিঙঙানা তরা চাকপুন্নাপু হুকতা। লাইচ চীনথুনমাপু য়ুংতপা অসিপু কৈতোনোংকিনো হায়না পাউহংপাপু। হোম্নতা ম্নিপল নিংথৌ মপুথিপাবো। নমোম ম্নিথোম্নপু তাঙচ ম্নিকাই নংলে হায়রপাতা। অতুনিকিতি নপল অই-ঙোনতা তাঙচ ম্নিকাই বাপু বারম মতোল লোমনা পাউতম-বো হায়রপাতা। মমোম অনিমানা মপল সনা মথোঙ থাতা পাউথুমলকএ। ম্নিপল নিংথৌ মপুথিপাবো অসি লাইরেল নোংচামাতা থালই লউতারুপাপু। লুব্রাং লোম্ননাই নহা ম্নাউশু তানপানা। ম্নারউ শাপাল লোক চাকমোম ঙমথাই তানলকপাতা। শানৌ ম্নিচী ম্নিনাওপু কোরউ ন্নুমিৎ চুপনা

থৌনাপাপু। তেংপাক মশীঙ কয়া শুপানো হায়না পাউ-হংলকপাপু। শানৌ য়িচী য়িনাওনা পাউথুম ঙমতারাকি তাঙচ য়িকাই নংলকএ হায়না পাউতয়পাতা। মপল নিংথৌ মপুথিপানা কোলোয় অরায়পা য়াথং অরেমপাকি তমকপু। করিকি তাঙচ য়িকাইরুপানো নপল অইনা পাউতাককে। তরা থুংপুনমাপূ হুকও লাইচ চীনথূনমাপু য়ুংলো। হয়েং মানা কোলোয় অনমপা য়াথং অনৌপাপূ পাউহংলপাতি। য়িথোয়তি মোমনু নুচানে নঙ হালনা পাউথুমরো। নঙনা লাংকোই শায়াঙথক্তা কোরউ নুমিং চুপনা মালেম মনা লোয় কোরউ নোংথোঙ কোয়পাপু। লাংকোই শাকোল থোঙ-থূল কয়া সুপানো শীঙথারো হায়না পাউথূমরো হায়রপাতা। মমোম অনিমাতি হবাউ পুকনীং চ লপাকি তরা থুংথুনথিরে।

হয়েং লাইরেল য়িনোং ঙানলক্লপাকা। অমরক থিংলউ নীংনা তেনা য়োংলৈ লেংতা থোংনা থালই লউকুমলক্লপাতা মপল থালই মরউ মাঙতা থৌরই তোলকা লংনা থালই লউ-নাথিএ। লুরাং লোয়নাই নহা য়াওসু তানপানা অমরক পাউহংলকএ। শানৌ নচী ননাওনা তেংপাক থারোল হুনপাপু তেংপাক মশীঙ কয়া সুরপানো। শোপোন য়াইরেল চনু মচী মনাওনা। নিংথৌ লোয়নাই নহা য়াওসু তানপারো। নঙনা মালেম মনা লোয়না থৌনারকপাতি। লাংকোই শাকোল থোঙথূল কয়া সুপানো নঙনা হালনা শীঙথারো হায়না পাউথুমলপাতা। লোয়নাই নহা য়াওসু তানপাতি তাঙচ মরু লুকনা পাউথুম ঙমতাথিএ। লাংকোই শাকোল থকতা তোংনা থৌনাথিএ। লয়মা শানৌ মচীমনাওকি থালই

মরউরেলনে হায়পাকিপু লয়মা লউ অপিশা অচৌপারো তৌনা কৌএ।

লয়মা লউ অপিশা অচৌপাপু নাতৈননা। চৌঙমই নিংথৌ চৌঙশোং থাপনপাকি মোমন্নু তালোয় মরুমপী লয়মা তরান্নুনা লাইচ য়িশোক থেলনে। নরম লমলেন মাতাইমাতি কারল নারলরো কৌপাতি কৈতৌনোং কিনো। লাহন নোং ঙানপা খুমু কৈরোইপাকা মপারী তাংখু তাংহল অনিমাকা। থামপী কামশীঙপু শীঙকাঙ ফামনা তনঙইতা। মপল ঙানপা খুমু কৈরোইপাপু পামপা লমফমপানা য়াওচারে। মপারী কচেং তাংখু তাংহল অনিমানা থাঙলেন খুৎতা সুনা তানথিএ। পামপা নীংনা তে কৈরেল লোননা হলনা ঙাইথমপাপু শানৌ মচী মনাওনা পাউমেনথিএ। শানৌ য়িচী য়িনাওকি। থাঙলেন য়িখুৎসুনা কৈরেল মপুক ফাৎনা য়ানপিরপতি। কৈরেল মপুকন্নুংকি পনথৌ য়িপাপু শেক্লকনি। পামপা খুৎ-থোংননা নমনা ফাশে হায়না। শানৌ মচী মনাওনা কৈরেল খুৎনা নমনা ফারে। পামপা থারক থায়না থাঙলেন চেপ্পা চনলুপাপু। কৈরেল পায়মা বুনকোয়ন্নুংতা মপল পনথৌ পোকমাপতি থরায় মমি তৎতনা য়িঙাঙ ফাফেলননা লৈ। ঙমএ। কৈরেল অথৌপাপু শমু খুৎনা নমনা ফারমএ। অতু নোংকিপু কৈরেলফাপীরো তৌনা কৌএ। পনথৌ মপা মচা অহুম্মাতি তাইপঙ মালং পালতা পানমিন্নরে।

মপারী কচেং তাংখু তাংহল অনিমাতি। ফুপা বুকায় তোঙথল লাংপু লাংথাকঙইতা পোমপী চেকয়াম ফারকএ। মপল পনথৌ মপানা থাকলপাতি, পোমপী চেকয়াম ফাতে।

শানৌ মচী মনাওনা ঙাওনৈএ । পানথৌ অসিপু য়ারউ শারিলচেল পামপা কৈরিলচেলপু রোইরে হায়না শোলনা ঙাওনৈএ । হয়েং কোরউ নুনিৎমাতি য়িপল পনথৌ য়িপা মানা ফূপা র্‌কায় ক্ষমশঙ লাংপু লাংথাকলিঙইতা । চেক লাংলম লীকিঙইতা । শানৌ মচী মনাওতি লোৎনা মিৎয়েং শানথৈরুপাপু । মপল পনথৌ মপাতি । চেক্লা লাংতা থুঙ-মপাপু পামপা কৈচোং তমনা য়াওচারে । মপারী কচেং তাংখু তাংহল অনিমানা অভুতি পনথৌ করি থোয়নো হায়না পাউমেনলপাপূ । পনথৌ মপাতি তাঙচ য়িকাইরপাকি তাই-পঙ মীরোই ঙমতা । পামপা কৈরেল রোইনা শালরোনথিএ । মপারী অনিমাতি মপল পনথৌ মপাকি হৈনা মতুং য়িলনা তানশিনলকএ । পনথৌ মপা পামপা কৈরোইপাকা মপারী থোইয়ম লাইরোইপা অনিমাকা লাননথিএ হায়পাকি কৈরান লাইরানরো কৌপাপু । কেকে তাপূ থিপা মোইরাং হইমন তানপানা কারল নারল রা ওনলমএ ।

চীঙমই নিংথৌ চীঙশোং থাপনপা হুএল কোমমপা ক্ষাপা লুতুরাই কৌপাতি কৈভৌনোংকিনো । লাহন নোং মোইরাং থোরী চিনাই কৌপানা রাংলই য়ূহোংঙইতা । চীঙমই নিংথৌ চীঙশোং থাপনপাতি হাওতৈ কোককারা রাংলই তোঙঙয়রপাকি । য়িনোংয়াই নাউরা থোবী চিনা-ইরো । পনথৌ নপা কোনমপাপু রাম্বরা অইকি তিমেনচাতা নোংমনপাকি মপারীনে হায়চিনলপাকি । নাউরা থোরী চিনাই অপিশাতি পুক্কিং রাকাউতরপাকি । হোরেল কোরউ নুমিতাংতা য়াংলউ লমথাঙমাতা ঙাইথমলে। চীঙমথ নিংথৌ

থাপনপাতি মরাল য়ুমকুম লকলে। খোরী চিনাই নাউরা অপিশানা থাঙলেন খুৎতা শুনা য়াংলউ লমথাঙমাতা য়ানখুরে। চাউনা শাংনা লুতুঙমলপাকি চীঙমই নিংথৌ লুতুরাইরো কৌএ।

নরম লমলেন মাতাইমাতি থাঙপুরেল পাৎরো কৌপাতি। লাহন নোং হয়িংঙইতা লউমী থাঙপা কৌপানা খোং তউরমএ। থাঙপুরেল পাৎরো কৌএ। ময়ুম লোইপী হাওয়িম য়িমনাক চান্না তাপানা কাকলেন মীঙমপাপু শোংকিরুপাকিতমক। মালেম কমপী লয়খুন তউনা য়ান্না শানখুপলমএ হায়পাকিপু য়ামথোংরো কৌপাপু। কেকে তাপু থিপানা য়মথোংরো ওনলমএ।

লমলেন মাতাইমা য়িথিংপীরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কাকলেন মীঙমপা নয় পোংচেনপানা। পোমপী মশা পাংমানা লাইচ য়িপু থিংনা চাকতারমএ। অতু নোংকিপু য়িথিংপীরো তৌনা কৌএ।

নরম লমলেন মাতাইমাতি। শনথৌপীরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লহন নোং থোইয়ম লাইয়িংথৌনা কাওরেল শনথৌ লাপাপূ লাইনা শানা। লাইচ য়িতা তীঙনা খোংলমএ। অতুনোংকিপু শনথৌপীরো তৌনা কৌএ।

লাইকাপী য়িশোয়লোকরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাংলেন র'রোঙপা কোঙয়াঙ লাইরোইপানা। থোইয়ম লাইনা তৌপাকুম কাথিএ হায়পাকি। লাইকাপী লোকরো কৌএ। লয়মা হাওনুথম পুস্পিনা চমলউ

লাত্তোলমাতা চেঙঙৌ ফাহাপনা য়েক্কম কাংখিল্লনা লমরো-কঙমএ। খোইয়ম লাইপু থামলে লাইথামপী য়িচীঙলেনরো তৌনা কৌএ। লাইথামপী য়িচীঙলেনতা পানপা রা থাচা মথুৎসু। চাইরেল আইনা মরইমাপী মরাথঙ। মোইরাং কাইমু পুম্মিপা মরাচা। লোকলউ য়াইরোইপা। কেকে পারোঙ মোইরাং পারাং রারো কৌপতি কৈত্তৌনোং কিনো হায়বপাতি। লাহন নোং চাইরেল আইনা মরইমাপী। হাওনু কাশানু শাফপী কোঙয়াঙ মচইসুপু। কোরউ নোংলাংপা-লকি থাচা মরুপানা কুপি রাপু শমু থুৎতা পায়না। কেকে মোইরাং কাইমু পুম্মিপা মথোংচীনতা তরা চানিরঙইত্তা। মাংকোল মনুংলাংতা থোক উরমএ। য়াংলই তাউপা হুইনা ঙারপাসুং য়াংলই হুইরাই তারে তেকপী রোক্কা ঙারপাসুং তেকপী রোকলাইতা। কাওরেল শলনা ঙারপাসুং কাওরেল শনলাই তাপা রাপু। রাপু ল্যুনপু য়ায়া হায়নপাপুতি কেকেনা পারোঙ থোকপা কৌএ। কেকেনা পারোঙ থোক মোংরাংনা পারাং শাংনা ঙাঙনৈএ। মারোং কাইমু পুম্মি-পানা কোঙয়াঙ চইশূপু হুমায় মথৌপোমতা লংথোকলে। অহিং য়িনুং কৌপা সোয়য়াইমাতা। কোঙয়াঙ অতুপু শোই-ইরেল হুন লোকলউ অতুনা রাপাল ফা মতোল সনা লইচেঙ হাই কোঙয়াঙ কংলং থাংতা। লাংলেন রাকেৎনতা লোক-লউ চরোয় মাইথাংতনা পানলপাকি। মারোং কাইমু পুম্মি-পানা কোঙয়াঙ রাপাল ফুক্কা লাইচ থোরীতাক য়িরম য়িলনা থাতাখিপাপু। কোঙয়াঙ অতুনা নীংনাতে লাংলেন অতুনা য়িরম য়িলনা কাথৎলকএ। চীঙলেন নাকফুই কানা থোইয়ম

লাইনা ভৌপাকুম তিনভমএ। অতু নোংকিপু থুনতিনপীরো কৌএ। হুএন লালনিকিতি খোংকুবা হংকেল তোংপা কপো বারউ থিপাপু লইহউ শেংতাক্লা লৈমু শেংবোইনপা থেললেন য়াইতা পানপা বা। কেকে পারোওবা মোইরাং পারাং রানে কেকেনা মী শূনতে কচেং থাওহকনতা বাপু। খোইয়ম নতম য়েংনা পুরুমচরমকে।

নরম লমলেন মাতাইমাতি ফূমলউ:রা কৌপাতি কৈতৌ-নোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং খোইয়ম লাইরেম্মা অহুমনু-অরইনু-য়োৎলয়মা-তনতাল-তাংনু-থেরেবোংপম চনু লাইশ্রা হেল্লোয় তরেৎমানা। মইতেংগু লাইরেল পাথংপা খোনথৎ লোং। পাচেঙ চাচল লোং। শংকাই তোলনৌ লোং। চুমলাং খোঙথীন লোং। ফুমথী হামৎ লোংপু লোং ফানলে। লেমলই ঙাথা ঙামি তাল। সারা রুথৌৎ তানলিঙইতা মপারী কচেং তাংথু তাংহল অনিমাপূ সোয়রেল ফূমপীথক্তা শূমলমপাপু। চীঙঙু অতিনপা খোইয়ম অরো-মপানা পুথরপাকি পুয়া মাঙথরে পুমলউরো কৌএ। খোই-ইয়ম লাইরেম্মা তরেৎমানা মপারীপু থিথঙতরপাকি। লোইপী হাওকুরেক তারাউ চায়িন নাইপাতা খোমলাং তা-চীল য়িঙৌ থলনা হালনা পারী য়িপুংঙো নাউবা অথুপা শানৌ নচী ননাও অনিমাপু। খোইয়ম লয়রক শাথউপা খোংপাল লাংয়ানপা করমপানা পুথিরপানো। পলেম নমা অইকি থীকলেন য়িতা নুংকি খোমলেন তাচীন য়িঙৌ হোমপাপু থাথোকতপানে। পলেমকি খোমলাং তাচীল য়িঙৌ অসিপু থরায় নগিরেলনা থকহউরো হায়না। খোমলাং

তারাউ পীপুক থনপাপু চাইথোকলে। অতু নোংকিপু লমলেন কুরেকচাইরো কৌপাপু। কেকে তাপু থিপা মোইরাং হইমন তানপানা কূরেকচাইরো কৌএ। খোইয়ম লাই অনিমানা হৈনা শিংনা কারকএ হায়পাকি হইনৌ শিংকারো কৌএ। লাইচ য়িরম লালনা লোইথোকখিয়ে হায়পাকি য়িরোইরো কৌএ। খোইয়ম লাইয়িংথৌ মহাক্রা মমায় মনম পোলনা চঙথিএ থামৈপোলরো কৌপাপূ। কেকে তাপু থিপা মোই-রাং হইমন তানপানা থামৈকোলরো কৌএ। খোইয়ম লাইয়িংথৌ মানা মুনা কানা খোকলকএ মইকাপীরো কৌএ। খোইয়ম মশানৌ অনিমানা কেকে কংলয় লমথাপুঙতা রাই-খুংলুরে। শানৌ মচী মনাও অনিমাতি য়াংখুপা কুয়ান চীঙ। য়াংহনপা কূতাউলোকপু তানা থনলিপা লাইয়িংথৌরো। চীঙঙূ নঙকি য়াইথঙ নশা নম। তপ্পা গনা নঙইথোম। পা-থাঙ য়োৗরই মেলনা শালরোনপা। কমপোং নাকা য়ামপা। রাকয়ই নাচইখুল তোং চেং নহিরমপু হোনঙমলোইএ। খোই-য়ম নতীক অরুপাপু য়িরাকমানা তেংথা ঙমলোইএ। হয়েং কংলয় লাখুপ অপিশানা তেংথারশনো।

নরম লমলেন মাতাইমাতি হুয়চীকপা য়িরিল তেং। তাউথোং কাইপী য়িচীঙলেনপু তেংথারককে। লাহন নোং হয়ীঙইতা চাহুই লৈরোংপোকরো কৌএ। কোলোয় অমরক মিংহুনপাতি অচা চাতা মারোং লউ। শাঙাই কোং-য়েং লউ। থরুং পাইপু লউ। থুনু থীকফাংলউ। শেনতাং চীললোন লউরো তৌনা কোরমএ।

লউব্রায় লউতাউথোং কৌপাতি। লাহন নোং তোইপী য়াইথীঙ চন্নু অকোং চারেলপীকা য়োৎচি লয়কোইপম চন্নুকা। থোয়নৌ মতা অনিমানা। কেকে থুৎনিংথৌ ঙাংঙোই য়ুমথু পোংলেলহনপাকি থান্নে মরউরেলপু। থাঙয়ি ফৌরূক কাইরূক তানলে। থূমন থুমপাকি মচল থোয়নৌ নৈরি কৌপী মতু নিংথৌ থান্নে লউরাং চই। লউব্রায় কামু থোক লোকলউ লেংহানপা। হাকুম কোঙয়াঙ ব্রারুকোন তুচোমপাপু থৌরই তোলকা লং য়োংয়া থনতউনা। য়ুফা থূমন তাল বাহী কোকতাই শম হারু লোংনা ফৌনা। থাঙয়ি য়েনপোপ থোক লোইমোম কৌমি থেম। থাঙয়ি থূৎতা পায় চাইচি ফামনা লংনা। থাঙয়ি মনৌ য়োক লউরী সেনতোই নুংতা লাইচ য়িকা চল। থাঙয়ি অচাউ থেম চুপলউ তাইকা মেল ব্রাইরী শনলম মথোঙ লয়না ফূনকে হায়চিনলক্লপাতা। কোরউ হলনা কাং কুমপী য়াইচেং নীকলপাকি। মোমনু থুচীন লাইপুম থুংলপাকি মপু নিংথৌ সনা মথোঙ থাতা চেনকারকলে। নিংথৌ কোনলোয় শঙকায়মাঙ লাথোঙ অচনপাতা লেপনা পাউমেনলৈএ। হে য়িপুংঙো ঙাংঙোই য়ুমথু পোংলেলহনপারো। নতাইরেম য়িথোয়পু কোরউ হলনা কাং কুমপী য়াইচেং নীকলপাকি। চুপলউ তাইকা মেল বাইরী শনলম মথোঙ লয়না ফূনঙমতারে। মোমনু য়িথোয়পু থুচীন লাইপুম। থুংলে। পুরীকলাই নঙকি থাঙয়ি চাকা তানপাপু। কয়রূক নীরূক থনপা ঙমলরোইএ নয়ু য়িপু য়িকোপীয়ো নয়ু কেকেয়ি। থংচীঙ ঙাংচীঙ-য়ি। মোইরাং মানপা শনচেল য়ি। কোরেক অনি

চীন'তিল য়ি। নাঃতা অনি কোকশোক য়ি। অরাং চীঙপল পলরাই য়ি। তুরেল লোকচা মংচা য়ি। শারোল মংলোন য়ি। কৌপা কৌন্নু য়ি য়িঃরং য়িথাম য়ি। ঙানপা নোংচাই য়ি। অরোই সুপতু নোং। সেল্লে'য় লংমাই নোং লংমাই থীকলেঙ মায়রেঙ নোং। কুমপা নাউশং নোং। রাহোং চানতা নোং। ময়ুম সেনপী নোং। সেনপী কপো নোং। কপো তাইপোং তয়াং নোং। ময়ুম লোইপী লোকথা নোং। লোকথা হাওথা নোং। হাওথা চাইরেল থুংঙম নোং। চাইরেল সুপতু নোং। চীঙয়া নৈফোল নোং। কইয়িং কইয়াং নোং। শারং ঙারং নোংপু য়ি-পিয়ো হায়না নিংথৌ সনা মথোঙ থাতা রাকংচরপাকি। কেকে থুং নিংথৌতি নিংথৌ লাথোঙ অচনপাতা মপান য়াথে ক্লকলপাকি। কাংলা তোংলয় য়াঙতা ফমফমলে। মতাইরেম থোয়োল লাংচেং লাই মৈপা মোরি মাইপু থুনা পাউঃকৌ থংলুরো হায়না পাউঃকৌথংলুরপাতা। মতাইরেম থোয়োল মোরি মাইতা। তয়মরো কুমশি কোরউ হলনা কাংকুমপা য়াইচেং নীকপা অসিপু। কেকে পারম কাউ মোইরাং নিনপা করমপাপু নৈপানো। কংলা মঙহী-পরো থোইয়ম লাইপাউ তাশে হায়না পাউমেনথোকলকলে। মতাইরেম থোয়োল মোরি মাইনা ঙাইথোংতোনপা মঙতা লুক। মন্নুং তোনপা পামেলুকতা চমলঙ থোপচল য়ুই। চেঙঙৌ ফাহাপনা য়েরুম কাংথিলনা তরেং শেলতি মরায় লোং নোইনু থুমতি কাকূপ শিং শিংলাকা য়োম। ফিয়ু লয়রুম শীনা থোমলেন মংচঙথিপাপু। ময়ু থংচীঙ লাইনা থোমলেন মঙপাউ চেলঃমএ। অয়ুম কেকে লয়কোয় পুঙতা।

শাকৈ মচেংপা মচানা তালোয় লুমতিলনপাপু লৈএ। অতুপু থিনা বুপনা লোংনা ফূমনা ব্রোকচীন নোংলাউনৌব্রো। শনখোঙ নোং কৌব্রো। খৌফূ নোংহউব্রো কংলা হিরাউব্রো নযু অইতি লাইচ য়ি-থারককে হায়না খোমলেন মঙপাস্তু চেনলমলপাপু তাইপঙ মালং কারকলে। নিংথৌ সনা মথোঙ থাতা খোইয়ুম লাইপাউ থাররে। হে য়িপুং ঙোতা কেকে খূৎনিংথৌ ঙাংঙোই লয়মাপাব্রো। নতাইরেম অইনা খোমলেন মঙচঙপাপু। নযু খোইয়ুম লাইয়িংথৌকি চীঙঙু লাইপাউ ব্রাতি। কেকে লয়কোয় পুঙতা শাকৈ মচেংপা মচানা তালোয় লুমতিলনপাপু লৈএ। অতুপু থিনা ব্রোকচীন নোংলাউফমতা নোংলাউনৌব্রো। শনখোঙ নোং হউব্রো। কংলা হিবাউব্রো। খৌফু নোংকৌব্রো হায়না পাউতমপাপু নাতারপাতা। কেকে খূৎ-নিংথৌনা য়িতাইরেম লয়কাই লাকপা পুম্নমাপু য়াকারকও হায়না। শাঙাই-তু খোঙলোয় য়াঙপাপু শীনা পাউ-কৌথৎলপাতা। অঙমপা সনা চিনপা লেংনা তিল। লাংমই লাংচাউ থেংপা লেংফাংনা য়াকারক্লপাতা। কেকে খুৎ-নিংথৌনা পাউমেনলকএ। কেকে সনা চিনপা মোইরাং লুপা থেংপা পুম্নমাব্রো। কেকে লয়কোয় পুঙতা শাকৈ মচেংপা মচানা তালোয় লুমতিলনপাপু লৈএ। অতুপু থিনা ব্রোকচীন নোংলাউনৌব্রো হায়না পাউমেনখোক্লপাকি। কেকে লয়কাই লাকপাশিংনা কেকে লয়কাই খূনলক চঙনা থিকৎলুপাপু। ঙাংথ লয়কাইতা শাকৈ মচেংপা মচানা তালোয় লুমতিনপাপূ লৈঙম্মাকি। কেকে কংলা তোং-লয় য়াঙতা পুথৎলকলে। কেকে মোরি মাইতা

খূংশিন্নথোকলে। থোয়োল মোরি মাইরো কংলয় নোংলা-উফমতা রোকচীন নোংলাউনৌরো হায়না পাউমেনলপা-কি। তালোয় লোংনা ফুম থংলেন বূপনা ফুম্না নোংলা-উনরে। থোইয়ম লাথোঙ শীনলপানিকিনা। শনথোঙ নোংহউরে। থৌফু নোংকৌরে। কংলা হিরাউরে। রোকচীন নোংলাউফমতা তোত-রোত ময়শাংপা খূনলক অশৈপানা মোইরাং নোংকৌ য়িশৈ শক। লয়কা নোংকা তাইরপানিকিনা থোইয়ম থংচীঙ লাইনা য়াপীরে। থংচীঙ ফিরূ খূম ফিমু লইরুম শী। নোংলেন কুমপল মায়রুমনা ময়ু য়িপু য়িথারে। ফূরেল কুমফূ চেপ্পা হই। কোরউ থেক-তুম থেক রাঙপল থোংতুম থোং। নোংথী মাঙাও হউ লয়রক শিনশূ মরীল থন। শাপল য়াঙপী মনম শী। কাউপী শূমলোয় তাউ। তূরেল লাইথাঙ কান। লিনলী কোননা তাউ। থোইয়া তউতোন থোম। ককচেং লাইচ য়িমায় শী। রায়থূ মথুং বূনা তাউথয়ে। রায়থূ খূংলোঙ য়ি। থরাউ মনম বূনা তাউথয়ে। থরাউ নমশং য়ি। পীরেল শেনতোয় থুম। শাপল লাংপক মরোল খূম। ঙোনা চাউনা তাউথোকলে। অতু নোংকিপু কেকে লাউরায় লউতাউথোং মোইরাং তাউথোং লউরেনপারো কৌএ। কেকে মোইরাং নিংথৌ হেপু সনা লাথরানা। মমোন লয়মা য়োয়রেন তোমপোকপীপু। পোইরয় মৈতৈ নিংথৌ য়োয়রেন তোম-পোকপাকিতমক। নমোই খূনতাংপানা লমপু রোই রাচংনা পাউথেমলপাপু। পোইরয় পুঙতা কাওচনরোই হায়পাকি। কোঙয়াং রাকি রারোল থা। পামেল বূকি বূরোল য়ুং।

মমোম লয়মাপু কনা খঙহনজনা। তাইপাও কনা য়ুহনতা। লোৎনা থমলমএ হায়পাকি লয়মা লমশংবো তৌনা কৌএ হায়তপারা।

নরম লয়মা লমশং অচনপাপু তুংবোইননা। থামপী লাউথাম চনু। নুমফুই য়িয়া খোংপু ওইবোইননা। নরম লমলেন মতাইমা খোকলা তাংলা পুডবো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং থমপা মুংয়াং চাউপা মরীক চোনপা। নাশি নাপা য়ুফা য়োইথং নেনপা। মচন লয়মা তাউরয়মা লোয়নাই তাপীনা। লংশূং খোংকা তিংনা। লোয়য়া লমকন খোপাতি। শারেল শাহোঙ ঙম য়াংলই য়ুহোঙঙমশাতা। লুরাং লোয়নাই নহা য়াওস্থ তানপাসুং। য়ারউ শাপান লোক। চাকমোম ঙমথাই তানলকপাতা লমরোক্লরে। লাহন নোং হয়ি ওইতি পাথৌ কৌপাতি য়িচুমারো কৌএ। থমপা মুংয়াং চাউপানা য়িচুম্মারো নঙতি কনানো হংপাপু। অইতি লুরাং লোয়নাই নহা য়াওস্থ তানপানে হায়না পাউথুমলপাতা। য়িচুম্মারো নঙতি কনানো পাউহংএ। অইতি থমপা মুয়াং চাউপানে হায়না পাউথুমলপাতা। অতুনিকিতি নরম লমলেন মতাইমা অসিতা য়াংলই য়ুহোঙ ঙগপাতি করিনো হায়না পাউহংলপাতা। থমপা মুংয়াং চাউপানা পাউথুমলকএ। কেকে লমচনকে মোইরাং লমলোককে হায়না শংলউ থৌরাঙপানে পাউথুমলপাতা। পাথৌ থমপা মুংয়াং চাউপাবো কেকে নপাচা মোইরাং নয়েনমু মশেলনে। কোরউ নোংপু য়েং মালেম লয়পু য়েংনা শংলউ থৌরাঙবো হায়না থামলমএ। থামফমবো কৌএ।

পাথৌ লুরাং নহা য়াওশু তানপায়ো রাংলই য়ু থকথো হায়না রাংলই য়ু থকহনপাপু। তাউচীং হইত্রোই অতোইপানা য়ুমিনরপাকি রাংলই থইরে। পাথৌ থমপা মুংয়াংচাউপারো রাংলই নয়ু অসিপু করিনো থইয়ে হায়পাপু নাতারপাকি। হোয়তা পাথৌরো শমু থুৎনা পায়না রাংলই য়ুমিনপাতি তাউচীং হইত্রোই অতোইপানে পাউথুমএ। পাথৌরো অতুকিনা থইপানে। য়ারউ অইকি শায়াই থাউতাকি শারেল থাওচিমা অসিকা রাংলই য়ুমিনৌরো হায়না পীরমএ। শাঙাই লাউরো কৌএ। শারেল শানা রাংলই য়ুমিনরপাকি রাংলই থেইনা হাউরে। রাংলই অয়াকপা হাওতৈ অথুমপানা কোক্কারপাকি। থাওলেন-নামই য়েপপাপু কাউরমএ য়াংতউ লমথাওমাপু য়োরপাতা নীংনা তেন লউরএ হায়পাকি থাওলউরো কৌএ। থোকলা মতা-চাপু ঙারমএ হায়পাকি থোকলা তাঙা পুঙরো কৌএ। চেৎনা চাননা ঙাঙনরমএ ঙাঙনচেৎরো কৌপাপু কেকে তাপু থিশানা ঙান্নু চেৎরো কৌএ। শেনচিললকএ শেনপা পাৎরো কৌএ। তেকপী রোকনাউ মচা অমকা। থুনপী নুঙকাং চীঙকি কৈপী য়েকশারোম অমকা ফানা শুমলমএ। রোমক্কা শারউ রোকসুমপুঙরো কৌপাপু কেকে তাপু থিপানা রোমপা শারউ রোকশোং পুঙরো কৌএ।

থোইয়ম থোইতোম মানতোম অনিমাতি কংলয় লমথোন শকলকএ। চীঙথোঙ কোয়পা নাউনা কংলয় লমথোন মকোয়শিনলকএ। লোয়নাই নহা য়াওসু তানপানা কংলয় লমথোন মতানথৎলকএ। নোংপাল শানৌ মচী মনাও মরীমানা।

মালং নোংশা মইনা কনপানিকিনা। হনু মানলই কাপা শানা লাইচ য়িভা তীংলমএ হায়পাকিপু হনুপা খোংবো কৌএ।

নরম লমলেন নতাইমাতি থমপা মুংয়াং চাউপা ব্বাংলই য়ুহোঙ পুঙ। মরম লমলেন মতাইমা ব্বাংথা-ব্বো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি লুব্বাং য়াওশু তানপানা। কোরউ নোংখোঙ কোয়না। য়ারউ শাপাল লোকলকপাপু মালং নোংশা মইনা কনলপানিকিনা অব্বা হকশোক লাংল-পাকি। পামেল ব্বাং নুনম মনা অমনা থাতা থা। পামেল ব্বাং নুনম মনা অমনা থকতা থূম। চরই ফিঙৌ থল। মালং নোংশা মইপু থাঙলমএ ব্বাংথব্বো কৌএ।

খোইয়ম মচী মনাও মরিমানা কেকে কংলয় পুঙপু তম-শিনলকএ। লয়তম পাংব্বো কৌএ। নরম লমলেন মতাই-মাতি খোইয়ম লাইয়িংথৌনা কাওরেল শনশেলহনপাপু ব্বোইনা। ব্বমংলাই মফেৎলোয় মাপলমা। য়াথমলোয় মহীশাং তরেৎমানা। কাওরেল শনশেলনহাপু ব্বোইনা শাল-ব্বোনলে। লউপুক ঙাযু খোইচাক। লাংপল কউচেঃ চোংপী চাপু হোইক্রু পরেং লেংনা য়ারউ শাকৎ পুঙনে। কংলয় মতীক অরুপাপু য়িব্বাকমনা ঙমলমলোইএ। হয়েং কংলয় লাথুপ অরুপানা তেংথারশনো। য়িব্বাকমতি মুকমু লৈতোন কোল। মানপি থুৎতপ্পনা পুরুমচরমকে।

কংলয় মতাইমাতি ঙাংলউ থেললেন য়াইনে। লুএল লালনিকিতি চোথে নিংথৌ চারিংপাকা। শারুং নিংথৌ লোললাংপাকা মেনতে নিংথৌ শোরাপাকা। লানলু অহুম

থোননিকনা। লয়হউ শেংতাকনা লয়মু শেংরোইনপা থেল-লেন য়াইনে। নরম কংলয় মতাইমতি বুরাৎ য়াইপুঙনে। হুএল লালনিকিতি চাউরা মনিংথৌ হুএল চাউহুইরোং শাফাপাকা। থূরোয় মনিংথৌ হুএল থেকপা লানথৌপাকা। তেকপী থারোমপাকা লানলু অহুম্মানা থোননীকনা লয়হউ শেংতাকনা লয়মু শেংরোইনপা পুঙলেনয়াইনে। নরম কংলয় মতাইমাতি থূনুচামপা পুঙলেন য়াইনে হুএল লাল-নিকিতি থরায় অপাইশা লাংচেং অপোইপাপু লয়হউ শেংতাকনা লয়মু শেংরোইনপা পুঙলেন য়াইনে। নরম কংলয় মতাইমাতি হাওকোম লয়মা অপানপী পুঙলেন য়াইনে। নরম কংলয় মতাইমাতি লাইয়ু পুনশিপা শঙলেন অশৈ চাম্মনা য়াকা পুঙ। অমাই চাম্মনা পোং পৈনপা শঙনে। ককচীঙ মানপানা হেন্নতরিঙই হেনপা শঙ। তোমচীঙ মানপানা তাউনতরিঙই তাউনপা শঙ। তেকপী থারোমপাপু বুফতপা শঙ। য়েনপা থানতোমপাপু থরায় পুংচি মতাই কাঙনা মশা থেকচাপা শঙ। হুএল লালনিকিতি য়মথোম তুয়িনপী তুয়িনপা। থাচীপ লেংনুং নুংকি পাথৌ হংচিপা হংচিপী। লাংথোং কংকারম অথৌপাকা লানলু অহুম থোনীকনা লয়হউ শেংতাকনা-লয়মু শেংরোইনপা শঙলেন য়াইপু। থোইয়ম নপা য়েং। চীঙঙু নতীক য়েংনা পুরুমচরমকে।

থমনীং অপান য়োয়। থোইয়ম মকারম য়িপু ফৈনা লালনা কংলয় মতাইমাতি। রোকচীন ফেনতা নোংহুম শঙনে। থোইয়ম লাইয়িংথৌনা কোরউ নোংলাংপালকি। নোংথরই কইরাক শানা থূনকুমপা। কংলয় লয়ামুং নামুংপা

চেংলউ মিৎনা ম্লেৎলপাস্নং মিৎনামুং অথৈপা নঙপু ।
লাহন নোং খোইয়ম নোংপাল খোইতোম অহনপা । লুৱাং মানতোম অতোনপা অনিমানা । কংলয় লমতীক অরুপাপু শৈশরুরমতে । য়িৱাকমনা কংলয় নতীক অরুপাপু তেংথা ঙমলোইএ । হয়েংং কংলয় লাথুপ অরুপানা তেংথারশনো । য়িৱাকমনা মানপী খুৎতপনা মুকমু লৈতোন কোননা পুরুম-চরমকে ।

ৱোকচীন হিংখুম নাননৈ পুঙপু নাতৈননা । খোইয়ম লাইয়িংথৌনা হিংখুম নাননৈ থুংনা লাইচ য়িতা তীংলমএ । ৱোকচীন হিংখুম পাৎৱো তোনা কোএ । নরম কংলয় মতাইমাতি খেরে খোংশাং লাইচ য়িরম অরুপাপু খোইয়ম লাইরূপ মাপলমানা। শংলউ কউত্রাংকোনপূ কনম হুনা সনা লাইহি হোল অপিশাপু কানারম । লাই পাথং মরুপলোয় লাইনুৱা মফেৎলোয়না । খেনা চোংনা কারকএ । খেরে খোংশাংৱো তোনা কোএ । খেরে খোংশাং লাইচ য়িরম য়িলনা ৱাকনা কংলয় লমথোনথৎলককে নোংপাল খোই-তোম অহনপা । লুৱাং মানতোম অতোনপাকা শানৌ মচী মনাও অনিমানা । খোইয়ম লাইয়িংথৌ মানতক থায়াইতক । তাকুপ থানিং লোনপা চীঙ । নীংশোং মাউপী লোক । মাহৌ চানতা থাউকি লমহউরকপা । নোং চুহনা চাইচোৎপা নোংশাতনা ফৌকংপা মসেম তোঙতোই পুঙপু নোংশাপা মথূফমনে । কংলয় নতীক অরুপাপু তেংথা ঙমলোইএ । মুকমু লৈতোন কোন মানপী খূৎতপ্পনা পুরুমচরমকে ।

য়িৱাকমাতি কেকে খোরী কয়থেললেনকি । কংলয়

মভীক অরুপাপু তেংথারককে। কংলয় খোরী কয়খেললেনরো কৌপাতি কৈন্তৌনোংকিনো হায়রপাতি । লাহন নোং থংপা নোংনিংথৌ কোনথৈ অতামপাকি মপারী । নিংথৌ খোরী হায়পা হৈনা মরু চাউপা পামেল রু চুঙ কনপানা কো- রউ নোংথিল পোপোপপু । মোইথাই য়েনথা শাপাতি সনা চোঙলেন থাল । চপথাঙ ম্নোরোঙ ফান । লৈশং লৈঙৌ থারোন্ননা । লোন্নেন লুথক চিন । কেনতা নোংচুম চন্নরো- য়ননা নোংথৌ কয়রাক শানা থুংকুম রায় । চীঙনুং চীঙঙু খোংনাং অরিপা য়াওপী লুরোয় কেনতা । সাবা পাকল নীকতপা । থোংলেন হম্নিং খোইচা অরিপানা ময়পী চাউরা মপাল ফুক । খোঙকাঙ কেকপাক মফম হোং । ফুংকা থীকপী মফম তাউনা চায়পিন্নে । নিংথৌ খোরী কাপানা পুচেং মথং নেং । লাংচেং মথং তাউনা তরা চাহোঙ থেল । লেমলই ঙাহোঙ থেল । নোইন্নু থুমহোঙ থেল । হুএল লালনিকিতি তায়াল মনিংথৌ চারাইরোং লানথৌ য়াওপু । লয়হৌ শেংতাক্লা লয়মু শেংরোইরোং লানথৌ য়াওপু । লয়হৌ শেংতাক্লা লয়মু শেংরোই নপা থেললেন য়াইনে ।

নরম কংলয় মতাইমতি মকারম পাৎপু নাতৈননা । কুকি অহোঙপা পুঙলেন য়াই । লাইমু অচৌপা থেললেনয়াই । লাই পাথং মরূপলোয়না য়াকা পুঙ । লাইন্নুরা মফেৎলোয়- না পোংপৈথেল । হুএল লালনিকিতি চীঙতা লাউপা তরামা । তমতা লাউপা তরামাকা অহোঙ পুংথা থানা পুঙ । লয়মা য়াংতাউনু অতাউপী পায়মা সনা লিনকোয়কি । চীঙয়াই চারাং লেপপা । চীঙশাং পলথমপা । খোইরোং শাফাপা ।

কৌপা লৈথাম মানপা অপিশা হরিনোংকোল শেরলপাপু অহোঙ পুঙয়াই চলনা পুও। য়েইপু লয়মা হাওশি নমোইনু মুংশি পলেম নাউয়োক হাঙপীপু ঙানুরোল লউশিয়াম চনু লাইশ্রা পায়মা লিনচেন ফংতপীনা। পলেম পীথাঙ শিলনা লাংকোলঙই। চফু কানমতপাপু কানমএ হায়না। লাংলেন কোঙয়াঙ তংথায় চই। রূতং তাংমা চই। লেমলই ঙারোং লাং রোংলাং থাপই চইনা লুরাই হুমপু থক্তা তাঙচ শমলক থায়না চাইপীরপাকি। নুরা মানলউ মকানকনা তুরিংখি। নুচা থাঙপা মনম থাংনা শারিংখিএ। নুংশি হেকশোন নীক তাইপঙ মীরোই ঙমতনা। লয়মা হাওশি নমোইনুনা ওনথি চেক। হুইচারিকপা হুইনিংনাং নোংনাং য়াংশারীক থোননোপানা। লোইতাম য়িঙেল থা শাপল লাংনা কোং-তালপানা। লাংনা য়ারউ শারেপ থুম। চরোং পোইতিং-ঙানা মপাল থুমু লৈরোং শারকলপাতা। পোমপী মরুপ হউতা চেকপা মপাং পুতনা থোইয়ম সনা মথোঙ থাতা মতোম য়িঙেল চীঙথোঙ য়াকৈপা থোইয়ম মকাইফমপু কংলয় লমমরু অরুপা। তেকপী থারোমপা মালেম লয়থারোলকি লয়নীন শা। থিংলউ কাওতোম চংপা রোকলেন লাপা কউরোনপানা মালেম লয়থারোনকি থোনচেল রূং-কার তরেংমাপু ঙংনা। রোকলেন য়াতোল থোংনা তাউথঙপা পুঙলেল য়াইনে। কংলয় নতীক অরুপাপু তয়ম য়িরাকমনা তেংথা ঙমলোইএ। ম্যানপী থূংতপ্না মুকমু লৈতোল কোলনা। ময়ুম নোংপোক কপো শামপা লায়রপা মকোন থঙ। মাচি য়াইফুনুংকি চিথশা। মালেম ময়ম্মা সনা কোন মচং অঙাঙপা তয়ম নাইকা

শিলনপা কোননা। থোইয়ম সনা নথোঙথাতা ঙাপা মশুং তয়া য়েনপৎচরমকে। থোংনাং ময়াং লুপা কোন মচং অঙোপা। কোরউ নোংলুপান কাওরেল শনকা শিলনপা কোমনা চীঙঙু নথোঙ থাতা ঙাবা মশুং তমনা তোরানচ রমকে। চীঙঙু নঙপু অথি থীনা থোইয়ম অরাই লাংপকনো।

পূংলেন অরাং লাইনা পাং পারমতা থৌতু ফৈনা লৈপা। চেঙচা অসনপা থৌতু অরাংপা নুঙনে। নুঙলেন মথুফমতি। থমপা মোংয়াং চাউপা ঙাইতই পনমাপা। শাইপু য়িরুথুমতা রাঙনপা থোইয়ম মাকি মকাশা থোইয়ম লাইনামুং অরিপানে। তাইপঙ মীনা কানতা নমু মী য়োৎপা নুঙনে। থোইয়ম লাইমাঙ থানা চেঙচা অমনা লেপ্পা য়ুং। থৌতু অমনা ফৈনা থাপা নুঙতি। নিংথি মপুঙ য়াইকি নোংয়াই উউশীরাকপা থাথহনপানা লোইপী মপুঙ তাকনা পনথেংলু ঙইতা। কাওবেল ঙাঙপা নিংথি পামহৈপাকা লোয়ননা থোইয়ম থংচীঙ লাইতা লমরে কফম নুঙনে। থৌতু অমা ফৈনা থাপাতি থোইয়ম থাংচীঙ লোক্না নুঙ। চীঙঙু শাংনফম থৌতু নুঙমু শিতপা চে চা নুঙঙৌ নাতপা। হয়িনা মথোঙ তেকতপা নুঙ হায়না মশা তাতপা নুঙ। লাইচয়িফুৎ থোক থোংলেন য়িরম তরেৎমানা য়িফাওরম। তাইপঙ মীনা পোরুফম থোইয়ম লাইকোকলম চীঙঙু নতীক অরুপাতি চমলউ লায়াং তই কাতি থাংথো তুপ্পা। থোইয়ম থংচীঙ লাইকা পানা। য়িরাকমনা মানপী থূৎতপ্পা য়ুকমু লৈতোল কোলনা পুরুমচরমকে। চীঙঙু নঙপু নতোম লাইচ হনলমকে।

য়িরাকমতি রাথা লয়মা অঙাংমাপী লমচা মরু তোংপী মখূফমপু কৈনা লান। হলনা হাৎনা লাইফমলেনপু কালনা চোং। নুরা হইতউকোল থুমকাং নউরইতাকপু তেংথারক-কে। লাহন নোং হয়িঙইতা নুরাপুতি হইতউরো কোঁএ। পাথংপু থুমকাংরো কোঁএ। নুরা হইতউমা পাথং থুমকাং-মাকা তোয়না শাংনা শান্নরমএ হায়পাকি। নুরা হইতউকোল থুমকাং নউরইতাকরো কোঁএ।

মরম লমলেন মতাইমাতি থোইয়ম লাই শারোয় ছুমফুমা-থোঈমাকি য়াংলউ মরমশাং। থোইয়ম চৎনা মাকাইফমপু নাতৈননা চেংলই কইথেললেননে। ছুএল লালনিকিতি নুরাং থুমোমপা রাউপৎ শাফাপাপু লয়হউ শেংতাকনা লয়মু শেং-রোইনপা থেললেনয়াইনে। থোইয়ম লাইয়িংথৌকি কাও-রেল শনকোলফমপু লালনা। চীঙতোম চীঙয়াঙ মরিল চৎনা। পামপা কৈকোলফমপু নাতৈনা। য়াওশূ কংলয় মতাইমাতি লোয়রেল থূনপীরোক। থূনকোই নানৌরোক লৈথা চারই লউ চাথা নিরোল পিরোল য়ামপা চীঙ। চীঙঙ লাথমপোপ নুমিৎ অরেমপা রোঙলি রাই। থপী অরেমপা পানলিরাই। শাচীক তেশিল রাই থাপা হনচিলরাই। থাংচেং য়িমারু নুংচেং য়িনামুং। নোংপাল লাকসোয়মাঙ লউথা পঙশঙ মতাইথেল। থোইয়ম লাইরেম্মা মখুরোল কংলয় লমনামুং অরুপা নঙপু য়িরাকমনা লমলেন মতীক লোম কংলয় নয়াঙ ফাৎনা তেংথা ঙগলোইএ। হয়েং কংলয় লাথুপ অপিশানা তেংথারশনো। থোইয়ম নঙপু নতোম লাইচ হনলমকে। য়িরাকমকি নোংপাল থোইতোম অহনপা। লুরাং মানতোম

য়িরাকমাতি রাথা লয়মা অঙাংমাপী লমচা মরু তোংপী মখূফমপু কৈনা লান । হলনা হাৎনা লাইফমলেনপু কালনা চোং । নুরা হইতউকোল থুমকাং নউরইতাকপু তেংথারক-কে । লাহন নোং হয়িঙইতা নুরাপুতি হইতউরো কোএ । পাথংপু থুমকা'রো কোএ । নুরা হইতউমা পাথং থুমকাং-মাকা তোয়না শাংনা শান্নরমএ হায়পাকি । নুরা হইতউ-কোল থুনকাং নউরইতাকরো কোএ ।

নরম লমলেন মতাইমাতি খোইয়ম লাই শারোয় হুমফু-মাখোইমাকি য়াংলউ মরমশাং । খোইয়ম চৎনা মাকাইফমপু নাতৈন্না চেংলই কইথেললেননে । হুএপ লালনিকিতি নুরাং খুমোমপা রাউপৎ শাফাপাপু লয়হউ শেংতাকনা লয়মু শেংরোইনপা থেললেনয়াইনে । খোইয়ম লাইয়িংথৌকি ক.ওরেল শনকোলফমপু লালনা । চীঙতোম চীঙয়াঙ মরিল চৎনা পামপা কৈকোলফমপু নাতৈনা । য়াওখু কংলয় মতাই-মাতি লোয়রেল খূনপীরোক । খূনকোই নানোরোক লৈথা চারই লউ চাথা নিবোল পিরোল য়ামপা চীঙ । চীঙঙ লাথমপোপ নুমিৎ অরেমপা রোঙলিরাই । থপী অরেমপা পানলিরাই । শাচীক তেশিল র'ই থাপা হনচিলরাই । খাংচেং য়িমারু নুংচেং য়িনামুং । নোংপাল লাকসোয়মাঙ লউথা পঙশঙ মতাইথেল । খোইয়ম লাইরেম্মা মখুরোল কংলয় লমনামুং অরুপা নংপু য়িরাকমনা লমলেন মতীক লোম কংলয় নয়াঙ ফাৎনা তেংথা ঙমলোইএ । হয়েং কংলয় লাখুপ অপিশানা তেংথারশনো । খোইয়ম নঙপু নতোম লাইচ হনলমকে । য়িরাকমতি নোংপাল খোইতোম অহনপা ।

## কংলয় লমথোন

লুৱাং মানভোম অভোনপা অনিমানা কংলয় লমথোন শকপাপু খোইয়ম সনা মমই ৱায়না চীঙঙু হৈনা মতুং য়িলনা কংলয় লমথোন তেংথা শৈপু শকলুথিকে ।

লাহন নোং খোয়োল মোরী মাইনা । খোইয়ম লংপা য়াথমলোয় তরেৎমাপু । চেলনা চেলনা তানপা মরমশাং। চেংলই পনভোল অপিশা অচৌপা অনিমাপু হেলনা । নরম লমলেন মতাইমাতি কংকা থোংৱো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি । লাহননোং কেকে মোইরাং কোকপা ৱাংপা মনু লাইকমপানা সোয়রেল থমঙাকফমকি । খোইয়ম লাইচম য়াইহৈপাপু লৈতরপাকি । পুক্লিং মরাং কায়না নউরেল লেংতা থোংনা মরান য়ুংকারকএ হায়পাকি । কোকপা নউরেং থোংৱো কৌপাপু । কেকে তাপু থিপা মোইরাং হইমন তানপানা কংকা থোংৱো তৌনা কৌএ ।

নরম লমলেন মতাইমতি য়াওশূ চীঙনুংসোয়ৱো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি । খোইয়ম মালেম চীঙশেমপা তরামানা অহিং য়িনুং সোয়য়াইমাপু চীঙশেমএ । চীঙলেন কৌপা ঙমশা লোইতনা য়িনুং কৌপা সোয়পনা হানলে । অতু নোংকিপু য়াওসু কৌপা চীঙনুংসোয়ৱো তৌনা কৌএ।

নরম লমলেন মতাইগা লাইকমত করো কৌপাতি কৈভৌনোংকিনো হায়রপাতি । লাহন নোং কেকে মোইরাং কোকপা ৱাংপা মনু লাইকমপাকা । লাইচম য়াইহৈপাকা। লেমলই অকাপা ৱানচেং অকুমপাপু সোয়রেল থমঙাকনা লুফুই নানথুমএ । লাইচম য়াইহৈপাতি ময়াই য়াইরংচালনা লেমলই ঙামি কৌরে । লেমলই হুকচঙনা ৱানচেং হাচঙনরে ।

মোইরাং কোকপা ব্রাংপা মন্নু লাইকমপাতি লেমলই চাচিৎ ফাতে ব্রানচেং মরল ফংতে। থোইয়ুম লাইচম য়াইহৈপাপু বুনপী কচক হউরে। মরউ থোইপুং লৌকা চাউনা পাউমেনলকএ। শেল্লোয় য়িপাতাউ লাইচম য়াইহৈপারো। হয়েং লাইরেল য়িনোংমাতন্তি তরা চায়োমনা ব্রংলই থোমহান্নাশে। পাথৌ নঙকি তরা চায়োমলকপাস্সুং অই থোককে। অদুকি তরা চায়োমলকপাস্সুং পাথৌ নঙনা থোকরো য়েংনশে হায়না পাউমেনখিএ। লাইচম য়াইহৈপানস্সুং ফৈএ পাথৌরো হায়না পাটয়ানরে। মবান মাকি লোনয়ুম য়াইতা মতোম-মতোম য়ুমকানখিরে। কৌপা য়িনোং সোয়রপাকা তরা মথোয়কি চায়োমলকপাপু মতোম মতোম শমু লেংতা থোংনা সোয়রেল মথোয়কি থাংপোক শঙতা কুমলকলে। মপাথৌ অনিমা ব্রাইথুমন্নরে কেকে মোইরাং কোকপা ব্রাংপানা পাউমেনলকএ। পাথৌ লাইচম য়াইহৈপারো তরা নঙকি চায়োম মাতি কাতায়নো হায়রপাতা। থোপলাং মাকি লেমলই ঙাহাপ থোপপু অসিনে হায়না পীথোকলকএ। কেকে মোইরাং কোকপা ব্রাংপা মন্নু লাইকমপাতি থোপলাং মাকি লেমলই ঙাহাপ থোপপু হাংনা মিৎয়েং শানথৈরুপাপু। নমু মীহিংচঙ শমু মীথুতোল নমু মীহিংচঙ ঙাকতপু মথায়রপাকি। পাথৌরো নঙকি তরা চায়োম অসিতি হাউঙইনে হায়না পাউমেনলকএ। পাথৌরো তরা অইকি চায়োম অসিপু থোকনা মিৎয়েংলাউরো হায়না পাউমেনলপাকি। গোইয়ুম লাইচম য়াইহৈপাতি কেকে মোইরাং কোকপা ব্রাংপাকি থোপলাং মমই কাঙনা মিৎয়েং শানথৈরুপাপু। তরা মাকি চায়োমাতি লৈঙমতে। য়াংলই

তাউপা মহুইচা থানপা লৌশিংপা। শোংপু মনু চঙ তাউপা লাইতাঙপাপু নৈংঙমলপাকি। থানপা লৌশিংপানা লাইচম য়াইহৈপাপু চেংলউ মিংথিংলপাকি। য়াংলই থোংতুম থোং লাউতুম লাউনা তানলকলে। লাইচম য়াইহৈপানা পাথৌ মোইরাং কোকপা রাংপারো। য়াংলই তাউপা নহুইচা থানপা লৌশিংপাপু থৌথামরো হায়না পাউমেনলকপাপু। কেকে কোকপা রাংপাতি কনচাউ মইরা থোকনা থৌথামলকএ। তাউপা চোহোক হায়না থৌথামলপাকি য়াংলই মঙাও হউনা তউপা মথি নাইরে হায়তপারা। খোইয়ম লাইপু সনা মমই রায়কে হায়না তানশিনথিরে হায়পাকি তানশিলকোলরো কৌপাপু কেকে মোইরাং হইমন তানপানা তাকশিনকোলরো তৌনা কৌএ। খোইয়ম লাইনা লানথিএ হায়পাকি লানপা চীঙরো তৌনা কৌএ। লাইচম য়াইহৈপাপু মনু লাইকমপানা কমলে হায় থাকি লাইকমতাকরো কৌএ।

নরম কংলয় মতাইমাতি য়াওহ চীঙহলনাই মোরী লেপপা চীঙ। নরম কোংমা চীঙ কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং খোইয়ম লংপা য়াথমলোয় তরেংমানা। মোইরাং থূনলক চঙ কেকে য়ুমলক থায়না। কেকে চাউনপা মোইরাং শাংনপাপু অহিং য়িনুং মাপু কেকে থূনলক চঙনা রাতানৈএ। কেকে মোরী লাংচেং লাংমইপা খোয়োল মঙথী মংলান চুমপা য়াংপা মরোল ফাওপা মাসুং খোইয়ম লাইরক তিনলে। লোইতাম থাপু রোন য়াউরা কুমপু চুপপাপু কেকে থূংনিংথৌনা নতারপাকি। কেকে লইকাই লাকপা পুয়মাপু পাউকৌথংলে। য়িতাইরেম কেকে

লইকাই লাকপাশিংবো অহিং য়িনুং সোয়য়াইমতা ক্লাক য়োমতোই তিল চেকলা য়োমলোয় হউপা অসিপু করিনো। লইকাই খুনচেৎ তরেৎমাকি তমপা নুপা চান্মা থোকনা মিৎ-য়েং শানথৈহনশে হায়না পাউমেনথোকলপাকা। ওকচীন লাকপা শাংতোল নাইখু অথৌপানা হাওশি ঙমকা চীংনা অহিং য়িনুং সোয়য়াইমতা মিৎয়েং শানথৈপাপু। অহিং য়িনুংমতা য়াংলউ লমচাও য়িলনা থোইয়ম লাইরুপ তরেৎ-মানা বাতানপাপু চেংলউ মিৎথিংলপাকি। থোইয়ম লংপা য়াথমলোয় তরেৎমাপু শমু খুৎশমননা ফাকে হায়না ভৌরু-পাপূ। থোইয়ম লাইশক বোননা মাওথিরে। কেকে নানমী অয়ামপাতি মিপাই থাথংননা মরান মথোয়কি লোন-য়ুময়াইতা চঙথিরে। হয়েং লাইরেন য়িনোং ঙানলপাকা থোইয়ম লংপা লাইরুপ তরেৎমাতি কনচাউ মইরা থোকনা খোয়োল মালেম লয়থোঙ কায়হনলমলে। বোকচীন লাকপা শাংতোল নাইথু অথৌপানা কেকে খুৎনিংথৌতা লাইরেল য়িনোং ঙানলপাকা নিংথৌ সনা মথোঙ থাতা পাউতমখিএ। কেকে য়িনিং থৌরো থোইয়ম লাইরুপ বোইপানিকিনা শমু খুৎতুম চননা ফাঙমতরে হায়না পাউমেনলপাতা। কেকে খুৎনিংথৌনা তয়মবো অতুনিকিতি কোরউ নোংমা নিনি লমলুমলুবো হায়না পাউমেলনরিঙইতা। ঙাংলউ লাকপা তাথেমপানা য়াঙনা কংলা থৌকারকএ। কেকে খুৎনিংথৌ মোইরাং য়ুমথু পোংলেলহনপাকি সনা মথোঙ থাতা শমু মথুৎ লোলনা পাউতমখিএ। হে য়িপুংঙোতা কেকে খুৎ-নিংথৌ য়ুমথূ পোংলেলহনপারো। নতাইরেম কেকে লউকুমপা।

মোইরাং লাউতাপাশিংনা হায়নরকএ। লংপা য়াথমলোয় তরেৎমানা অসি য়িংন্নুং সোয়য়াইমতা খোয়োল লয়থীন কায়রমলে হায়রয়ে হায়না পাউতমলপাতা। কেকে অমাই লেংনা তিল অশৈ লেংকা ফাংনা য়াকাপা পুমনমাপু পাউ-কৌথৎলে। লংপা য়াথমলোয় তরেৎমাকা খোইয়ম লুপতি-লনপাপূ কনা য়াওপানো হায়না পাওহংপাপূ। নতাইরেম য়িংথোয় কনা য়াওতে মোরী লাংচেং লাংমইপা য়াংপা মরোল ফাওপাতি লংপা য়াথমলোয় তরেৎমাকা তিলনরমএ হায়না পাউথুমলমএ। য়িতাইরেম খোয়োল মৌরীপু পাউকৌথৎ-লো হায়না শাঙাইতূ খোংলোয় থাখিপাপু। নতাইরেম খোয়োল মৌরী মাইপাতি থানলই লউকুমখিএ হায়না পাউ-তমলরপাতা। থানলই মাকি লউকুমফমপু খিনা য়াঙনা পাউকৌথৎলুবো হায়না নিংথৌ কোলোয় য়াথং থারপানি কিনা। শাঙাইতু খোঙলোয় অয়াঙপাশিংনা মোরী থানলই মরউলেনতাকি কৌরুপাপু। কেকেনা মিকৌনপাতি অচেন-পাপু অপাইপাবো কৌএ। চেননা পাইনা কারকএ। অতু নোংকিপু মোরী পাইলউবো তৌনা কৌএ। কংলা তোং-নায়াঙ নিংথৌ সনা মখোঙ থাতা ব্রাইথুংলরে। কেকে থুংনিং থৌনা য়িতাইরেম খোয়োল মোরী মাইবো নঙনা খোইয়ম লংপা য়াথমলোয় লাইরুপ তিনলে হায়পাপু নাতাএ। খোইয়ম লংপা য়াথমলোয় লাইরুপনা ঙাংলউ লম মথকতা খোইয়োল লয়খোঙ কায়পাপুময়ুং লমচই চাহুম সূ। মাঙাল লমশীঙ তরা পাকলে হায়এ। মালেম লয়খোঙ কায়পাপু নঙনা লয়তাইনবো। চীঙঙূ নঙনা থনপা খোইয়ম লংপা

লাইরুপনে তোকফরোইএ। মালেম লয়তাই ঙমতরপাতি কেকে মীথা পুঙ মোইরাং পানম মীথাফমতা থাথোককে। থাঙলেন মথুম শৎনা লাংকোই শারী থোক্লকে হায়না পাউ-মেনপাপু। থোয়োল মোরী মাইনা নতাইরেম অইতি মালেম লয়তাই রাতি থঙতে। থোইয়ম লংপা হৈনা মতুং য়িলনা মালেম লয়তাই রাপু তমচরুথিকে হায়রপাতা। কৈয়ে নোংচা লাইহেলনরকও য়িনুং য় য়রেকফরোইএ হায়না নিংথৌ য়াথং থারপাতা। থোয়োল মোরী মাইপাতি য়েংনা থুনা চৎ-লকএ। থুনা য়েংনা চৎপাপুতি চিংঙইরো কৌএ। অতু নোংকিপু চেংঙই পনতোল অপিশারো কৌএ। চেংঙই কননা চেনলে হায়পাকিপু চেংঙই পনতোল অচৌপারো কৌএ। থোইয়ম লংপা য়াথমলোয় তরেৎমাতি রাতান-থিএ। থোয়াল মোরী মাইপাপু চীঙঙ য়িথোয়কি হৈনা য়িতুং য়িনচপানে। ময়ুম মোইরাং চাউপা পুঙতি থোইয়ম য়িথোয়না মালেম লয়থীকায়পীরে। চীঙঙ য়িথোয়কি য়িশুংলাংকি তমকপু কেকেনা থাঙলেন কোমশৎনা। ময়ুম মোইরাংনা কংলয় মীথা পুঙতা লাংকোই শারী থোক্লা নোং-মনকপারা থঙতে হায়না কোংনা কোংনা য়েংলমএ হায়-পাকি কোংমা চীঙরো কৌএ। মোরী থোয়োল মাইপানা চেননা চেননা তানলকপাপু রারাপাকি। তয়ম মোরী মাইপা লোশি পারো কেকে ননিংথৌনা কোলোয় করি হায়রকপা-কি অচেন থোঙলই য়াঙনা তানলকপানো। হোয়তা হে থোইয়ম য়াথমলোয় তরেৎমারো নতাইরেম অইপু চীঙঙ নথোয় তরেৎমানা মালেম লয়থীনকায়রমপাপু মালেম

লয়তাইম্নো হায়রে। মালেম লয়তাই ঙমতরপাতি থাঙলেন কোমশংননা লা'কোই শারী থোকনকে হায়রে। চীঙঙু নখোয় তরেৎমাকি নোংতম নথোচালপু করমনা নোংতমপী-কাপানো হায়না পাউমেনলপাতা। খোইয়ম লংপা য়াথমলোয় তরেংমানা হে য়িতাইরেম খোয়োল মোরী মাইপারো মালেম লয়তাই রাতী লীহিংনা পুমথাঙ (হুমতাং) রোই। রুতংনা কাপতু রোই পালেম রুয়ুং চাকমায়ুংনা থীঙকু রোই-য়ো। ক ওরেল রুরীক মাল্পাপু মানপী শাথো থংনা লম-তাইনৌরো। লাইমিং লাইশোনতি হুং কার তরুকলক ঙংরো থাকা মাংকা রোননৌরো। ময়েক সুথায়পাতি হয়েং কংলয় লাথুপ অপিশানা থায়শনো। রুরম থাঙকৈ নাইনা ঙাঙনরপাকি। মোরীতি খোইয়ম লাইরুপ তরেৎমাকা পুরুম-নরমলপাকা কেকে লয়কোয় পুঙলমতা হলরাইরকলে। লংপা য়াথমলোয় তরেৎমাকা লেপতনা ঙাঙনরমএ হায়পাকি মোরী লেপপা চীঙ। হনলকএ হায়পাকি য়াওসু চীঙহলনাইরো তৌনা কৌএ। খোইয়ম লংপা য়াথমলোয় তরেৎমাতি থরুয় হকশাং অমত্তা রোইনা তাশিনথিএ হায়পাকি তাশিলকো-নরো কৌএ। পুমথরে লাংপুমরো কৌএ। খোইয়ম লাং-পুম অরিপারো চীঙঙু নঙকি য়াইথঙ নশানম তপতা সনা নঙইথোং পাথাঙ য়উরই মেলনা শালরোনপা। তোংচেং নচইথুল কমপোং নাকা য়ামপাপু রাকনা তেংথা ঙমলমলো ইএ।

কেকে মোইরাং কোকপা রাংপা মনু লাইকমপানা খোই-য়ম লাইপু কমলমলপাকি। পুকনীং মরাং কায়না নউরেল

লেংথোংননা কারকএ কোকপা নউরেং থোংব্রো কৌএ। কোকপা নউরেং থোংপু শম্ম য়েংনা লামনা কেকে চীংঙারেল মোইরাং পিস্নুম চীঙখুৎশাপু নাতেননা নুরা থেলব্রো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি লাইপাথংনা হুনলপাতি লাই নুরানা বোকএ লাইনুরানা হুনলপাতি লাই পাথংনা বোকপা চীঙ। নুরা ফিপুল ঙাইরন চীঙ। হান্নু নুঙনাং খুংতি খুংশানা শীনো মোইতাং তরেঙ য়োংতি বুংশানা। কোরউ নোংথিল পোপোপমাতা লাই নুরাপু য়োমলোয় হউ। লাই পাথংপু স্নোমতাং শাংনা শান্নরমএ হায়পাকিপু নুরা চীংখু থেলব্রো কৌএ। নরম কংলয় মতাইমাতি কোকপা ব্রাংপা মনু লাই-কমপাকি য়াংলই তাউপা মহুইচানা থোইয়ম লাইমু অচৌপা-পূ হুইনা তুংয়িল তানথিপাপূ ফংতরে হায়পাকি ফংপালব্রো কৌএ। নরম লমলেন মতাইমাতি কেংপাং অপিশা অচৌপা অনিমাতি কোংপা ঙাচই থেলনে। নরম কংলয় মতাইমাতি ফিথুপপী চীঙনামুং চীংশা নাপোম অহুমসুপাপু ব্রাকনা কংলয় তেংথা ঙমলোইএ। চীঙঙ নতম য়েং থোইয়ম নপা থননা য়িব্রাকমনা মানপী খূৎতপনা মুকমু লৈতোল কোলনা পুরুম-চরমকে।

নরম লমলেন মতাইমাতি হুইপীতাক হুইথৌপীথোং কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লুব্রাং লোয়নাই নহা য়াওসু তানপানা য়ারউ শাপান লোক চাকমোম ঙমথাই তানলকপাতা। য়াংলই তাউপা মহুইচানা য়ারউ তুংয়িন তানথিপাপু শারেল থোঙখুল থারপাকি থোংনা লাউনা লৈ-ঙমএ হায়পাকি হুইথোপা থোংব্রো কৌএ। লুব্রাং লোয়নাই

নহা য়াওগু তানপানা য়াংলই নও করিকি শারেল থোঙথুল থা-পানো হায়না য়াংলই তাউপা মহুইচাপু তাউপা হুইরিল থংনা য়ানলমএ হুইয়ানফমরো কৌএ। থোইমোম লমপু ঙাকপাতা য়াংলই তাউপা মহুইচাপু পীরমএ হায়পাকিপু হুইপীতাকরো কৌএ। কেকেনা রাহায়না মোইরাংনা মিকৌনপাতি সোয়-পু তাকরো কৌএ। মায়মু রাথোইচা নাউ সোয় শেনপানা সোয় তাক মাপূ শেনলমএ তাকমুরো কৌএ হায়তপারা। য়িথিংরো কৌপাতি কাকলেন মীৎমপা নমু পোং ঙমপানা কাকলেন মশা পাংমানা লাইচ য়িপু থিংনরমএ হায়পাকিপু য়িথিংরো তৌনা কৌএ।

নরম কংলয় মতাইমাতি শেললোয় চীঙমাঙল লংমাই চীঙ খুৎশা মঙাল তরঙ রাংপা চীঙ। য়ারানা পুপা চীঙ। কোনথাঙনা তাউপা চীঙ। শেললোয় নীককানে কাপতু হুইকা থাপা চীঙ। লংমাই মুচেংনা হাকানে তেৎনো পারইপা চীঙ। পারই কাথোং চীঙ। কাথোং কারাং চীঙ। শেললোয় মামু রোকপা চীঙ। লংমাই মানু তাউপা চীঙ। শানপা থাঙথোং চীঙ। লংমাই পীথুপ পীথাই রুনলী রাংলীনা রোঙপা চীঙ। শেললোয় নীকতপা চীঙ। লংমাই হাতপা চীঙ। চীঙশা নাপোম তরানিথোই শুপা চীঙপু তেংথারককে চীঙশা নাপোম অমতি চকলীক মপাল থাপা চীঙ। চীঙশা নাপোম অমততি নোংথরই মরু লিংপা চীঙ। লোইপী চীঙপাক অমতাতি মিরেল পাকল পোকপা চীঙ। য়িরোক লাইচম অমতাতি য়োংমু য়োংশেল শাৎপা চীঙ। চীঙশা নাপোম অমতাতি খুরোই রুপেং পোকপা চীঙ।

য়িরোক লাইচম অমতাতি তুপি হাকোক চীও। চীওশা নাপোম অমতাতি লাইরেল নৌখৈ চীও। চীওলেন চিংশা অমতাতি হুইরিয়া লাইকোংচাপু পোকনা চীও। লোইপী নাকপাক অমতাতি তাইপও নাউথাই চীও। হেমপা লোকচুম অমতাতি শান্থু হাকোক চীও। শাপা কোংতা চীও চীওশাং নাকপাক অমতাতি পেংপী পেংথাং রোওপা চীও। ফৈতোই মথল অমতাতি ন্থমিং থাপা পোকনা চীও। চীংশা নাপোম তারানিথোইমাপু রাকমানা কংলয় ময়াও ফাংনা তেংথা ওমলোইএ। চীওলেন শূপনা তেমনা রাওনপা খোইয়ুম লাইয়ুংথৌ লংপা অপানপা। খোইয়ুম নওকি চীওও নতীক মালেম লয়পু হেলনা লুমথেইপা। খোইয়ুম নওল অরাও নোংপু হেলনা রাংথাইপাক। নশানৌ তমফা লাইরইমা য়োইপু খোইমোম লাইরইমা পানথোইপী। মপল খোইনা রোওপা চান্থু মতু খোইনা পানপা চান্থু অওাওপা মাংথানপী অশিংপা তুংকোলনপী। অনমপা থাতা খেংপী ন্থংশিপা থুংতা পায়পী পুনশীপা কোকতা খোংপী। লুমাও শমচি শিরপাতি পানথো কোপা হউ পাউথুমপা। লুতুং শমচি শিরকা পলেম কোপা পাউথুমপী। নশানৌ রাংওমলোন পানথোইপীকা চীওও শানৌ নতে ননাওকি চীওও খোইয়ুম নকাইফম চীওলেন মতীক হকপা নপোম তেংথা য়ামপাপু। নোংপাল খোইতোম অহনপা লুরাং মানতোম অতোনপা অনিমকনা তেংথারমএ। রাকমতি চীওও নপা য়েং খোইমোম নতম লউনা তেংথা ওমলোইএ। চীওও নওপু নন্থুং নাইকনো খোইয়ুম নওন্থুং কোরউ নপী তোলকনো।

নত ইরেম বাকমা অইতি মানপী খূংতপনা মুকমু লৈতোল কোলনা মালেম লয়স্না অঙাঙ্গপা কোরউ নোং লুপাল অপানপানা ঙাপ.কুম য়েনপংচরমকে। ঙান্না মশূং তমনা তোরানলমকে।

নরম লমলেন মত'ইমাতি য়ুরালরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং হয়িঙই য়িরেং য়িপু বা অমনপা থুনতুং য়িপু অরেমপা।শিংনা লালনথিয়ে য়িয়ু লালরো কৌপাপু। কেকে তাপু থিবা মোইরাং হইমন তানপানা য়ুরালরো কৌনৈএ। লাইচ য়িথোংপী য়িথোংপা। লোকতাক য়িরমপী অচৌপা অচৌপী। শিনথোঙ লাইকমপী লাইকমপা থোংপু নুঙলেন খূমুক চনলমকে থরায় পনলীংহনলোই। থোইয়ম শানৌ মচী মনাও মরিমানা লাইচ য়িথোঙ লমপু য়িনলুতে। বাক অইসুং লাইচ য়িথোঙ লমপু য়িনলোই। শীঙঙুং ফৈথিংখা, থোংপৈ চীনলোন চলনা থরায় পনলীংহনলোইএ মিরেল পনচোংহনলমলোইএ।

য়িরাকমতি নোংপাল হৈনা মতু' য়িলনা কেকে লয়কোয় পূঙপু পাংনা কংলয় লমথোন শৈপু শককংলককে। নরম কংলয় মতাইমতি শাকং পলরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং কেকে নিংথৌ সনা লাথূরাকি মাতাইরেম মায়মুরা থোইচা নাউ সোয়শেনপা লেংথাঙ অরাংপা শেংপা। ঙানোয় শেরনপা ফাপানা। কেকে মনিংথৌ হেপু সনা লাথুরাকিতমকপু। অয়ুক লেমলই ঙাতেক তাল নুমিতাং লেমলই ঙাকং তানলে। শাকং তাংপক য়ুইপাপু নোংতামতা। নুমিতাং ঙাংথ তীনলৌ শোইপাপু

নোংলেপতা লেমলই ঙাংেক ঙানৌ তানলমচুইতা শাকং ফাংপক য়ুইরমএ। য়াংনা শাকংপল কৌএ। কেকে হইমন তানপানা য়াঙকংপলব্রো কৌএ।

নরম লমলেন মতাইমাতি থীয়াঙ পাৎনে। লাহন নোং কেকে মোইরাং নিংথৌ থীয়াঙ মীচাউপাকা। খুমন মুংশারা থূব্রাংপানা ব্রায়রা শাথিরক হুএল লানথিরকপাতা য়াংতৌ লমথাঙমাতা লমব্রোকনরে। পাথৌ খুমন মংশারা থূব্রাংপাব্রো কেকে য়ুমথৈ য়ৌনাতি করিকি হুএল লানথিরক পানো নরাল ব্রোনতোংশিব্রো হায়না পাউমেনলকাপু খূমন মুংশারা থূব্রাংপানা পাউগুমলকএ। য়িরুম তরা চায়োম মল ব্রাংলই থোমহালমনকি ব্রায়রা শাপুমমা হুএল লালপুমমাতপু হইখিতারিপাতি য়িরাল ব্রোনতেরোইএ হায়না পাউথুমলপাতা। কেকে মোইরাং নিংথৌনা পাউমেনলকএ। অতুনিকিতি য়িপিঙঙা চায়না থোঙকেলনা মরোং চুঙফুনশে। থোকলাং অইকি তাচেনমুথিকে ঙাইঙমব্রো হায়না। মোইরাং নিংথৌ থীয়াঙ মীচাউপানা মরাল মোংপা য়ুনতা থোকলাং তাচেনলা মরোং চুংচেনলরে। পাকলই শময়া খোম পুনুং লানপোৎ মঙাল নাইনা শেৎলপাতা। নরম শাকংপললমতা হুএল লানতাথিএ। খুমন মুংশারা খুব্রাংপাকা ব্রারম মতোল লোমনা পাউমেলনরপাতা খেকলাং লমচই ব্রোননরে। পাথৌ নোংয়ায় অথোপাব্রো খূমন লমথোইপা নোংয়ায় লমকেৎপানে তিমেল নতাচাপু হালনা কেনলকব্রো হায়রপাতা। থূমন মুংশারা খুব্রাংপানা তিমেল তানীঙ কাঙ মালং চয়রোয়ননা কেনলকপাপু তিমেন অরেমপাতা মালেম

লয়তা তারে। কেকে মোইরাং থীয়াঙ মীচাউপানা ভিমেল খুৎতা পায়না। শায়েঙ পানকা তিংনা ফেনলকপাসুং শীং-ঙেল অ:রেমপাতা ককলু লুমায় লেংনা তাপানলে। খুমন মুং-শারা থূব্রাংপাসুং অ:চেন থোঙলই য়াঙনা চেনশিনলকএ। মোইরাং থীয়াঙ মীচাউপাসুং অচেন লোকলই হুত্তনা চেন-শিনলকএ। পাথৌ মাপিঙঙা হাওমুক্না লেংফাইনা লাপা তাজিন থূরৌ য়েৎনরে। খূমন মুংশারা থূব্রাংপাতি থককা থোং কেকে মোইরাং থীয়াঙ মীচাউপানা থাকা থানা লোয়-থুরে। মারোয় থোরী কোপানা পাউমেনলকএ হে য়িপু-ঙোতা কেকে খুৎনিংথৌ থীয়াঙ মীচাউপারো য়ারেল থোং-চিতোলনা শমু মহকচাংপু চীকথায়রো। হায়না পাউমেন-লপাতা। থীয়াঙ মীচাউপানা খুমন মুংশারা থূব্রাংপাকি শমু মহকচাংপু চীকথায়রে। খুমন মুংশারা থূব্রাংপাতি মালেম লয়তা ভানা অমন থমলই কুমলে। য়ারেল থোংচীতোলনা চীকপাপু য়িপাৎ পাৎথোকলে থীয়াঙ পাৎরো কোঐ। তাঙচ মরুতোলপু ব্রায়থোকলকএ হায়পাকিপু থূব্রায় পাৎরো কোঐ।

কেকে কংলয় মাতাইমাতি থোইয়ম লাইয়িংথৌ চীঙু লোকতাক মেলোং ফাপা। থাখি লমথাং য়িনপা সনা হিতি হিমা তৈপা লুপা হিতি হিমা লোইপা। সনা ঙাতেন থোঙ-নেৎনপা লুপা ঙানোয় থূথানাপা লুপা নাউরেল য়ি ফুপা সনা নাউরেল হিচনপা লাইয়িংথৌ। থোইয়ম নঙপু চীঙঙু কোরউ নাপী তোলকনো থোইয়ম ব্রাংপা নানুং নাইকনো। নতাইরেম ভয়ম য়িব্রাকমানা মানপী থৎতপনা মালেম লয়সনা

অঙাঙপানা ঙাপাকুম য়েনপৎনা। কোরউ নোংলূপাল অপানপানা ঙারা মশূং তমনা তোরানচরমকে।

নরম তরেৎ সেনতা সেনতরা য়িরায়কোল কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং হয়িঙইতা য়িপু য়িরেং য়িপু অমনপাশিংনা অমন শিকুমপাতি। তরেৎ সেলনা রোঙলপাতি নাতা য়েপএ। তেৎনৌ য়োৎনা রোঙলপাতি থূৎতা পায়এ। তরেৎ মসেনচা নাতা য়েপপাপু লাইচ য়িতা তাথিএ। তননা শমূ থূৎনা রায়থৎথিএ। অতু নোংকি তরেৎ লউসেনতা সেনতরা য়িরায়কোলরো কৌএ।

লউরায়কোলরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। য়োইপু খোইয়ম লাইরইমা সেনতা অয়াঙ ফাপী লেমলই ঙাতাকোন। নোংপাল হিনুচামপাকি মযোমলোন লয়মা নিংথি তরেংপীনা হাওশি ঙমকা চিং। কেকে লয়মা তরেৎমা মোইরাং লয়মা নিপালমানা লেমলই ঙানৈ ঙইতা সেনকি তেংকোৎ থাংচেংপানা লেমলই ঙা য়ানইএ। সনা থারায় শানা ঙাকোৎ নপাপু লাইচ য়িতা তাথিরে। লাইচ য়িরোলনুংকি শমু থূৎনা লামনা রায়থৎলকএ। অতু নোংকিপু সেনতারা য়িরাইকোলরো তোনা কৌএ। কেকে তাপু থিপাশিংনা লউরাইকোলরো রোনলমএ।

খোংমইরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহল নোং মায়মুরা খোইচা নাউ সোয় শেনপানা কেকে মচা শোক শোকপা। মোইরাং মচা ঙাও ঙাওপা মীরায়মা কনাকুমপা অমৎতাপু চঙলককনো। কেকে লয়মা নিংথি তরেংপীনা চিংনা লেমলই ঙাতারিএ হায়না খোংনা লাউনা

তাকলমএ থোংমইতাকরো কৌপাপু। কেকে তাপু থিপানা থোংমইরো রোনলমএ।

নরম লমলেন মাতাইমাতি ফুকায়তাক লমমাহলপু তেং- থারককে ফুকায়তাক কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপা- তি। কেকে মোইরাং মায়মুরা থোইচা নাউ সোয়শেনপানা লেংথাঙ অরাংপা চিলনা ঙানোয় শেরনপা ফানা শারেং লেপলু কাইঙইতা। য়োয়মা য়াইতি নোংপোক মারায়তাকি নেমনা কারকপাতা শারেং লেপলু মনুংতা লেংথাঙ মমি অরাংপাপু লাংনা বুরুপাপু নয় নোংপাল য়ুকৌঙা লেংলই ঙামুকলাংপু থাচিকলপাকি হরাউ পুকনীং চঙনা থাংকৎলু- পাপু। লেমলই ঙামুকলাংপু নংঙমতরাপাকি কনচাউ মথই লৈতনা নউরেল মথুৎশূনা লেপুলু মপুক ফাংনা য়ানথায়রমলে লুকায় তাকরো কৌপাপু। কেকে তাপু থিপানা ফুকায় তাকরো রোনলমএ। নরম কোচি তয়ম য়িরাকমনা মানপী খুৎতপনা মুকমু লৈতোন কোলনা পুরুমচরমকে।

য়িরাকমতি কংলয় মতাইমা য়োইপু থোইমোম লাইরইমা। অয়াঙ লেনথোং লমমাপী ঙাংথ লমমীৎ চুমপী ফোইতিং নুরা হাপু কোলোয় শিনপানা। য়ারা লাংহৈ শিনলঙননা অয়াঙ লমকা হউপী। শানৌ মচী মনাওনা লেমলই ঙাতা পাৎ তীনফান হাতা লউ তীনলাই নোংয়েং লউ তীঙয়ি নাউচেন লউ। থোকতা য়াইফুলোন ফুয়াই লিনচাম লোন। অয়াঙ লউসোয়মোম সোয়রেল চাপিলোক। কংলয় নতীক অরুপাপু য়িরাকমনা তেংথা ঙমলমলোইএ। থোইয়ম নঙনা অথি থীপীকানো চীঙঙ নঙপু অরাই লাংপীকনো। চীঙঙ

নপা য়েং খোইয়ম নতম থননা মানপী খুৎতপননা পুরুমচ-রমকে। খোইয়ম মঙশুঙ নতোম লাইচ হনলমকে।

য়িরাকমাতি নরম কংলয় মতাইমা নোংপাল হিনুচামপা ময়ুমকম। মোইরাং নিংথৌ হেপু সনা লাথরানা লোনয়ুম অথূপা শঙলেন অথুপপা অসিতি কনাকিনো পাউহংপাপু মায়-মুরা খোইচা নাউ সোয়শেনপানা নাতাইরেম হিনুচামপাকি শঙলেন মরান য়াইনে পাউথুমপাপু। য়িতাইরেম নোংপাল হিনুচামপাতি মপারী মমোম করমপা শাৎপানো পাউহংরাই। নতাইরেমতি মমোম লয়মা নিংথি তরেংপী পোকএ পাউথুম-রাইপু কালনা চোংনা। নোংপাল খোইতোম অহনপা লুরাং মানতোম অতোনপা অনিমাকি হৈনা মতুং য়িলনা। মোইরাং কংলয় পুঙপু তালনা কংলয় লমথোন শককৎলককে। রো-কচীন লাকপা শাংতোল নাইথু অথৌপা পুঙলেন য়াইনে। ঙাংথলাকপা মপারী তাথেন অথৌপাপু লৈমু শেংতাকনা লয়হৌ শেংরোইনপা পুঙলেন য়াইনে।

নরম কংলয় মতাইমাতি শারা শঙ কৈথেকপাল। নাম-পাশি থরোইচুপ অয়াঙপা লমথুং কোলরো কৌপাতি কৈতৌ-নোংকিনো হায়রপাতি। কেকে খুৎনিংথৌ য়িরাং ফাং ফাং য়ুমথু পোংলেলহনপাকি নিংথৌ সনা মহাকথক্তা। পোমপী রচেকপু শারারো কৌএ। শারা পোমপী রচেক অচঙপাপূ পোমপী চেক কোন থা। য়িশঙ লইনা শা লমশঙ লইনা থলনা থমলমএ হায়পাকিপু শারা শঙ কৌএ। অহিং য়িনুং শোইয়াইমাতা পামপা কৈনা চাথিরে। কেকেনা অচাপাপুতি অথেকপারো কৌএ। অতু নোংকিপু শারা শঙ কৈথেকপালরো

কৌনৈএ। মোইরাং নানপা থরোই থূনপানা থরোই লেনফু মরু ফং শুমনীং লইকা মরাক চামলপাকি য়াঙনা য়াইথোঙ কুমথিএ। অতু নোংকিপু থরোইচুপ অয়াঙপা লমথংকোলরো কৌএ। নোংপাল খোইতোম অহনপা লুরাং মানতোম অতোনপা অনিমানা লইনা লইনা মশেনচিললকএ। লুরাং খোইপুং মরউ লৌনা নাইরে নাইথূকোলরো কৌএ। খোইয়ম শানৌ মচী মনাওতি লাংশং শঙলাংমইতা রাইথুংলরে। লাংশঙ শঙলাংমইপু তানা থনপা খোইয়ম লাইয়িংথৌ। কেকে লাইচী চইহৌকি সুমতিন লাইকোয় পুঙকোয়থরককি। লাইচী চইহৌননা ফিভম হলনা হউরকপা লাই য়ংথৌকা চীঙঙ থাফংননা রাইথুংলপাপু। নোংপাল শানৌ মচী মনাওতি মালং নোংশা লাংনা কোয়রুরপানিকিনা শমু মাহকশাংপু ঙাংনা লাংনা রুরপাকি লাংশঙ শঙলাং মইরো কৌএ। লাংশঙ শঙলাং মইতাকি লমকা হউনা য়িপেন খোইয়ম লাইরইমা লাইচ য়িরাকফমপু নাতৈননা তোরই হিতেন ফৈতেনপী পাউতা হিতেন লংমাই ফুংকা লাইরুরেলতা রাইথুংলরে। নরম লমলেন মতাইমা নিংথৌ রুকায় মিতমপুঙতা থৌতূ লেপনা য়ুংপা নুঙতি থৌতূ নুঙযুকুম নাতা চেঙচা নুঙঙৌ শিতপা নুঙনে। তয়ম য়িরাকমনা মানপী খুৎতপননা পূরুমচরমকে।

নাতাইরেম তয়ম য়িরাকমসুঙ তুরেল লাংমই পুঙপু লাননা নরম মাঙলউতাকরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপা তি। লাহন নোং খোইয়ম লাইয়িংথৌ অরাং কোরউ নোংনিংথৌনা। পারী খোইয়ম সনা অহনপা নঙতি মালেম তযপাক লাইয়িংথৌপু রোইরুরো হায়না থৌশীরকপাপু।

মালেম লয়ফম চেৎলে। মপল থোইয়ম লাইয়িংথৌনা য়িপারীপু কোরউ নুমিৎ তরাহুম্থোইনি শুখিরে হায়না মালেম লয়ফম চেৎলপারা য়েংকে হায়না মালেম লায়তারকএ। মপারী থোইয়ম লাইয়িংথৌনা মপল অরাং কোরউ নোংনিংথৌপু মালেম লয়তারকএ হায়পাপু শানথওলপাকি। য়ারউ শাতুং কাংতরুক লৈরাং শাথীপী য়ারউ শাপুমমাকা। লেমলই ঙারা ঙাপুমমাকা থরায় খুতোং মথূৎশুতা হাপ থোংলেন তিং পীথক্তা লেপনা লান্চ ঙমএ। মপল থোইয়ম লাইয়িংথৌনা পারী অসিতি মালেম লয়ফম চেৎলপারা হায়না মিৎয়েং শানথৈরপাপু। শারেল য়ারউ শাপূমমাকা লেমলই ঙাপুমমাকা লান্চ ঙমএ হায়পাকি কোলোয় মমিংথোংপু মালেম তমপাক লাইয়িংথৌ কৌপাতি কৈতৌনশিপানো। নুরা কারে শেনকোয় থোংলে য়ারউ শারান নিংথৌপাতুম কোলোয় মিংথোনলকে হায়না য়ারউ শারান নিংথৌপারো থোনলমএ। য়ারউ শাতূং লৈরাং শাথীপীপু থোইয়ম লাইয়িংথৌনা র য়থৎথিএ হায়পাকিপু লৈরাং শাফপীরো কৌনথিএ। লেমলই ঙারা ঙাপুমমাকা থরায় খুতোং মথূৎশূতা হাপনা থাথরকএ। থোয়োল পুমলউথা লেমলই ঙারাতা থরায় থোপচাউমাঙরো কৌএ। লোইতাম কুমরোনলকলাকা লেমলই শূচা নম রানচেং পুমহউ লোনলপাকি। থোইয়ম কুপপা মকুপথোক। চীঙঙু লংপা মরংথোক। য়াকি হউ চামায় লাংনা থোইয়ম পানম চংথোকলকপাতা। লেমলই ঙাপুম নমপাপু নাতারপকি থোইয়ম লাইয়িংথৌনা পাউমেনলকএ। লেমলই ঙাপুম নম রানচেং শুচা নমপা অসিপু

করিনো হায়না পাউহংলকপাপু। চীঙঙু অকোয় অশাউপা থোইয়ম শকরু শার.তপানা। হে য়িপুংঙোতা থোইয়ম লাইয়িংথৌরো। চীঙঙু নঙনা নপল থোইয়ম লাইয়িংথৌ সনা মথোঙথাতা। শারেল য়ারউ শাপুমমাকা। লেমলই ঙাবা ঙাপূমমাকা। থরায় থৃতোং মখুংশুতা হাপনা লানচথিপা অতুপু লেমলই ঙাপুমমাপু লউপীতা থাথরকলপানিকিনা। লেমলই অতুনা শুচা নম ব্রানচেং পুমহউ লোনপাকি নমপানে হায়না পাউতাকলপাতা। অতুনিকিতি য়িপল অব্রাং কোরউ নোংনিংথৌতি বতায়রম তুচোং পনলানথিপানো পাউহংপাপু। চীঙঙু কুরু নামুংপাতি থোইয়ম লাইশক র্‌তনা মাঙথিরে। মপল মার মাথোঙথুলপু থিরকএ মারচীঙ য়ুথমলেন থৃনথিপারো কৌএ। মাঙথিরে গঙলউতাকরো কৌএ। কোয়না কোয়না থিরকএ লয়কোয় অচনপানে। মপল থোইয়ম কুরু শিতপাতি। মালেম লয়থারোল তরেৎতা। শংনা র্‌মিতোননিং হুল পুকনুং চংপী লায়োল চোংকুম। নোনা শংনা লৈঙমএ শংতোল লৈনাউতারো কৌএ। থোহয়ম য়াইথঙ নশা নম। তপত সনা নাহইথোম। পাথাঙ য়োরই মেলনা শালরোনপাপু কমপোং নাকা য়ামপাপু য়িব্রাকমনা থোইয়ম নতীক অরুপাপূ তেংথা ঙমলোইএ কংলয় লাথুপ অপিশাতা তেংথারশনো। মানপী থুংতপ্পনা পুরুমচরমকে।

নরম কংলয় মতাইমাতি চীঙনা হৌহিএ চীংহৌ লমতাইথেৎ। থাংথোকথিএ থাংপী য়ে য়নাউকোল। থোইয়ম থাংপী চীঙমাপী শানৌ মচী মনাওনা কংলয় লমথুপঙইতা

ফিথুপ ফিতাইমাপূ ফিহোংঙই। খোইয়ম য়াথমলোয় তরেৎ-মানা মালেম লয়থিন কায়রমলপাকি। কংলয় লয়রাউ.থানপু নাচুংঙমতপাকি ফুকনা থাংথিএ হায়পাকি চীঙথাংরো কোঅ। শারা তুকেনপা খেল মরাম কোইফোয়পা চীঙপু তয়ম য়িরাক-গানা ভেংথা ঙমলোইএ। চীঙঙু নতীক অরুপাপু হয়েং কংলয় লাথুপ অপিশাতা তেংথারশনো।

নরম লমলেন মাতাইমাতি ব্রোকচীন শঙলেনয়াইনে। হুএল লালনিকিতি মেননাং তনপা তুরেংকাই অঙোপা পলেম পায়মা পীপুকন্নুংকি মালেম লয়তারকপা। মানপী চীনপাল লৈতোন থৎনা খোইমা নারায় হৈতরিপা কউপু শমু নমতা পোনা লমব্রোকফম। কচেং থাঙপুনসুঙ তরা। তিমেল তাপুল তরা। তেৎনৌ য়োৎপুলসুঙ তরা। য়ারউ শাপুমসুঙ তরা। হুএল লান পূমসুঙ তরা। তরা তরা মশীং চান্মা শুনা লয়হউ শে তাকনা লৈমু শেংরোইনপা শঙলেন য়াইনে। নমিৎ অনি চীলব্রোকনা থপী অনি লেংশিলননা থোকপা শঙ নঙপু চীঙঙু নতীক অরুপাপু তেংথা ঙমলোইএ। খোইয়ম নঙপু অথি থীপীকনো চীঙঙু নঙপু অরাই লাংপীকনো। নতাইরেম তয়ম ব্রাকমানা মালেম লয়সনা অঙাঙপানা ঙাপা মশূং তমনা য়েনপৎনা। ঙারা মসু তমনা তোরানচরমকে।

নরম কংলয় মতাইমাতি ব্রোকচীন থোংলেন য়াইনে কোরী পনচন থোং কোনঙৌ পুমতা থোংনে। হুএল লাল-নিকিতি রায়র শাপুমসুঙ চান্মা। হুএল লানপুম চান্মা। কাইরই য়েনপুম চান্মা। য়াংলই ভাউপা হুয়পুম চান্মা হুএল লালচন্নপা থোংলেন য়াইনে। নরম কংলয় নতাইমাতি নয়ু

নুঙথোন লৌথীপা শঙলেনয়াইনে। হএল লালনিকিতি থম-চেৎ থমকাই মনিংথৌ থমচোং লানথোয়াঙপূ লৈমু শেংতাক্লা ময় উ শেংরোইনপা শঙলেন য়াইনে। নরম কংলয় মতাই-মাতি সোরেল ফেনতা নোংহুমলমনে। কংলয় নতীক অরু-পাপু ব্রাকনা তেংথা ঙমলোইএ। কোরউ নপী তোনকনো। খোইয়ম নঙপু ব্রাংপা নন্নুং নাইকনো। চীঙ নঙপু মানপী খুৎতপ্পনা পূরুমচরমকে। শিনশূ তেনপা শিনশু শাংপা মরন-থোল নাতৈন্দনা লাইথুরোমপী শমু ওইনা লাম খোইয়ম ব্রারক ব্রাকোং থোংপু খোইমা মায়রোকননা। মালেম লয়সনা অগাঙপা কোরউ নোংলুপান অপানপানা। ঙাব্রা মশুংতমনা তোরানচরমকে। খোইয়ম নতীক অরুপাপু মালেম লয়তা পকনা পুরুমচরমকে। হয়েং কংলয় লাথুপা অপিশানা তেং-থারশনো।

নরম কংলয় মতাইমতি কংলয় নোংলাউকম সোরেল নোংহুম লমরেক পূঙনে। নরম কংলয় মতাইমাতি ব্রাং-ঙমলোন কইথেল থানপী থেললেন য়াইনে। হুএল লালনি-কিতি হুইচীনলক্কি হুইয়া লোয়নাই। য়ামপী মচল লৈরোং তাউপী। পুকপী মচন থিংকুশু থাতোল লানমিংনাই। চকপা অমে চনু তাঙচ শমনা ফাপি লইচেঙ তোংতমশুনা। পুকনুং য়োইহাউ তানপীকা। নোংপাল চোথারোল লুরাং লাল-হারোংপা চনুকা লানলু অহমপু থোননীকনা হএল লালচ-ননপা থেনলেল য়াইনে।

নরম কংলয় মতাইমাতি চেচা নুঙকোইপীনে। য়াউরই লইয়া থি থোংথম লমনামুংনে। কংলয় নতীক অরুপাপু

রাকনা তেংথা ঙমলোইএ। নরম কংলয় মতাইমাতি মংলেন হককেম পুঙনে। মংলেন লুচন পুঙ নোংয়াই থানৌ লুহনপা পারোঙ থোপথিনপানা শামপা লুতেং পুঙ। থানৌ লুহন পুঙ পারোঙ থোপথিন পুং নোংয়'ই হানোই পুঙনে। নরম কংলয় মতাইমাতি ঙানপা সেরাই কংচা পুংলেন নোংচু য়াইনে। হুএল লালনিকিতি তায়াল মনিংথৌ লীকমান লানথৌয়াঙপু লয়হউ শেংতাকনা লইমু শেংরোইনপা পুঙনে। নরম কংলয় মতাইমাতি য়োইপু থোইয়ম লাইরইমা অয়াঙ লমহউফমনে। নরম কংলয় মতাইমাতি শিনপুরইমা শিলহৌফমনে। নরম কংলয় মতাইমাতি বুভরা শঙলাংচান। অতেং শঙথুংশা হেকঙাই শঙনুংরোন। ফো শরাং শঙথুংশা অয়াঙ লমথুংফম। য়াংলই তাউপা হুইশা মাঙ য়াংউ চীরেল মাঙ। শমু থোঙনা থোইপাতি লাইরোং পুঙ শমু থোঙনা থীনপাতি লুরুক পুঙ। চরই কিরোক পুঙ থাল্লে লউরোক পুঙ তয়ম নাইরোক পুঙনে। নরম কংলয় মতাইমাতি কেকে মোইরাং নিংথৌ লাইয়ু পুনশিপা শঙলেন য়াইনে। কংলা থোন তরেং থোনলাংমই ফর মোইমিং ফোনলাং মইতোংনপা শঙ থমনা/থমলা লাকোয় লুরোই লোইতপনা হেনমোইপা শঙ। লুরাং থমপাল লৈরম মঙা মানা লাইরেল লাংচইথ অথৈপা। য়োইময়াই লাইরেন অঙানপাপু নোংশাপা শঙলেন য়াইনে। মালেম লয়থারোনকি থোংলেন লাইচ য়িরম তরেংমানা থোংলেন য়িফাওরম। ককয়াই শাতিংথু থেংকু নমতানপা তরামঙামনা য়াকা শঙ। পাইথু চেকরোনথোক তরামঙানা য়াকৈ শঙ থাঙলাপু য়ুমচীন সেনপাল থোংপু

চুনপা থাঙেল নাকোই হেন্দপা হুমতাং কাকুপ মায়ফং পরেং য়াল। বুরা ফইকৈ লাকপাপু লাকশোয় তপা শঙ। তুপিনা পাকলই পাকলই ঙইচা থোমনা য়োম। তুপি ঙৌনা রোন-লিঙইতি নুঃঙৌ পাকতইনপা শঙ। লাইরেল ঙাঙনা রোন-লিঙইতি অঙাঙপনা হিংরোন। তুপি মুনা রোনলিঙইতি মুকতম কোয়চা য়েকপা শঙ। তুপি য়াঙলী শোন লাইরেল কোইচা য়েকপু য়েকশোয়তপা শঙ। থোইয়ম লাইশক তম নমু পোংশক শেম। য়ারউ শা শায়েকপূ য়েকশোয়তপা চেক্লা পেম্মা লীয়েৎ তম। বুরেং হুপমারোয় থোইনীং পাইমারোয় পোমপী মশক তমনা চেকলা মরোঙ লাকপাপু লাকশোয়তপা শঙ। লোয়রং শাপা বুয়াম থা থোংনাং শাপা বুয়াম য়েক। পামেল বুথোঙ কোয়না কোপা লী-য়াম থা। চীঙলাই শাপা লীয়েৎনা তমলাই শাপা চীনতিলনা। শঙলেন নাকপক অমত্তা মোইমিৎ লৈচুনা। শঙলেন নাকপক অমতাতি লৈথাম তারৈ য়ালনা হেনমোইপা শঙ। থুনপী নুঙকাং চীঙকি কৈপী য়েক শারোম শারোম শারাই তাঙ শমফাপাতি তরেৎ শেলয়ানপা শঙ। হুএন লালনিকিতি নোংয়াই অমু তরমশূ মতিংকোকনা হিনাউ শা মসোয়রুনা হীরুতোং। পাথং শাকন পাংমনা থোইশাং লমতম হুল। লাংপল তীনপী মরুতুপ থোইয়া চীনতাই মেলনা ঙায় তোক-তৌ থেমপাকা কংলা শঙচি মথানৈএ। তেকরা নুকামপা অমাই শঙ পুপাপু কংলা শঙচি মথানৈএ। মোরিয়া ফম-পালচাপু য়িঙা কুমথাইনা য়িঙেল কুমতমনপাপু চীঙশাং লাং-লেপপা হারি পনথমপা থোইরোং শাফাপাকা কংলা শঙথা

থানৈএ। মালেম লয়খারোল্কি তেকপী খারোনপা মালেম লয়নীন শানা তউরেল থাঙতপ শম পূল্লে য়াথং শেং। রোক-লেন য়াতোন থোংনা তাউখঙপা শঙ। কংলা থোন তরেৎ থোল্লাং মই। নিংথৌ ফমমিৎ কানা শঙ ফে ল্লাং মাই তোং-নপা শঙ। থৌতু নুংঙৌকুম নাতপা চেঙচা নুঙমুকুমনা শিতপা শঙ। পলেম মমা কোয়াঙ লীকশিগু সনা লিনকোয়কি অয়াঙ ফানশা মনাউ লংমাই লমপুপা মথুৎ মোইখুৎ তানপা মমায় মোইমায় তানপাপু কংলা শঙ কারলপু রোইনপা শঙ। খুনপী নুঙকাং চীংকি মনা শংত রোঙপা মপাল পারোঙ য়াথিল মানপা খুনপী নোংদৈ শংনা ঙাইথিংনপা শঙ। থৌতু নুঙমুকুম শিতপা শঙনে।

নরম কংলয় মাতাইমতি কুচ থৌথাফমনে। কুচুরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো হায়রপাতি। লাহন নোং থোইয়ম লাইয়িংথৌ থংচীঙ কোয়রেল নিংথৌপানা। কোরউ নোংনাংপালকি মালেম খুনকুমলকঙইতা। চরই নিংথৌকি কোনথা ফুরীৎ শাচোনপাপূ লীৎনা লায়পাক পাফনঙইতা। চীঙঙু মানা মতে হক থোইয়ম মানা মারোন য়ামকে হায় পাকি। চরই মফি থম মকু মমান হুনা রায়েল থৌথা তমলমএ। অতু নোংকিপু কুচু থৌথাফম কৌএ। কুচু থৌথাফমতা থৌতু থোঙনা নেৎপা নুঙতি থংচীঙ লোকলুথুম লমথী লানচউ লোক মুঙপী লোকলেন থোংকি থোইয়ম থংচীঙ মকাইফমকি পুরুপা নুংনে। চেঙচা নুঙঙৌ শিতপা নুঙনে। কুচু থৌথাফমকি হাওরই নোংপোক পাংপারমতা থৌতু অমা লেপনা য়ুংপা নুঙতি থোইয়ম পাফল অরিপা চীঙঙু মথুফমনে।

থোইয়ম কোলোয় মমিং থোংতপা অসিপু তেংথা ঙমলোই-এ। হয়েং কংলয় লায়েপ অপিশানা তেংথারশনো মানপী খুৎতপ্পনা পুরুমচরমকে। থৌতু নুঙমু শিতপা অমতি ব্রাকনা তেংথা ঙমলোইএ মানপী খুৎতপ্পনা পুরুমচরগকে।

নরম কংলয় মতাইমাতি থৌতু অমা লেপনা য়ুংপা নুঙতি তেকপী ব্রোকশুম শঙনে। নরম কংলয় মতাইমা থৌতু অমা ফৈনা থাপা নুঙতি ব্রাংকোল শায়াকোৎনে। কংলয় লমনা-মুং নামুংপা শয় খুৎনা থিনলপাসুং খুৎনামুং। চেংলউ মিৎনা য়েংলপাসুং মিৎনামুং অথৈপা নঙপু তয়ম য়িরাকমনা তেংথা ঙমলোইএ চীঙঙ নপা য়েংনা পূরুমচরমকে।

কেকে মোইরাং লাইফা নহা রঙাম থাপা লেমলই ঙা-রোয় লাং। য়িনফুই খুৎতা শূকপোক লাইচ য়িমায় লাং লেমলই ঙামি কৌনা সোয়। মরুম সেনতা অয়াঙ ফাপী য়িনফুই মায়রং শোননা হংকেল তাইথপ লাকনফমনে। থাং-তেং য়িমরু নুংচেং য়িনামুং নামুংপা নঙপূ তয়ম য়িরাকমনা কংলয় নতৌক অরুপাপু তেংথা ঙমলোইএ। হয়েং কংলয় লায়েপ অপিশানা তেংথারশুনো। তয়ম য়িরাকমতি থোই-মোম লাইরইমা নোংথাঙ লয়মা ফৌশু শঙ শুমশঙ অচনপাপু পুরুমচরমকে। নরম কংলয় মতাইমতি মোংপা শাকাই-মাঙনে।

কংলয় চৎলম ফানশং মরীল য়িলনা নোংপাল থোইতোম অহনপা লুরাং মানতোম অতোনপা অনিমানা মোংপা য়ুম-চাউরেলপু তালনা কংলয় লমথোন শককৎলকএ। তয়ম য়িরাকমাসুং থোইয়ম হৈনা মতুং য়িলনা ব্রাকমা তেংথা

মশকচিনলককে । খোইয়ম শানৌ মচী মনাওমুং মোংপা য়ুমচাউরেলতা রাইথুংলরে । নতাইরেম তয়ম য়িরাকমনা মানপী থূৎতপনা মুকমু লৈতোল কোননা মোংপা য়ুমচাউ কারেল মাপলমাপু কারেল তেংপু তেংথারককে । য়ুমচি অরাং লাইথংপাতি চীঙতা লাউপা চান্নমনা মোংপা শঙচি মথানৈএ । মোংপা শঙচি অমতাতি তমতা লাউপা চান্নমনা মোংপা শঙচি মথানৈএ । মোংপা য়ুমনীং তুংকি শঙলেন শঙচি অমতি থুনপী নুঙকাং চীঙকি কৈপী য়েকশারোম শারোম শারায়তাং চন্নমনা মোংপা শঙচি নথানৈএ । মোংপা য়ুমনীং তুংকি শঙচি লাইথংপাতি পামপা কৈরেল অথোপা চান্নমনা মোংপা শঙচি মথানৈএ । মোংপা য়ুমচাউরেলকি কারেল তেংপু তেংথারককে। লুরাং লংমাইপানা য়ুনমাঙ কারেল থং অঙোপা পূরিরোমপাতি য়ুমনীং কারেল থং । খোইয়ম লংপা অপানপাতি সনা তরংপানা পারিং কারল নুংতা শমু থূৎপু থুমনা থোথাপা মোংপা শঙলেন য়াইনে । য়োইপূ খোইয়ম লাইরইগা মোংপা য়ুমচাউ লয়মা য়াইফপী । রানা কাতং ঙমপী থানীকপাতা হুলনপা ফাপী শারেল য়াংকোই য়ীমারুতা শমশেংপী । পামপা কৈয়াতোলনা য়েনথনপী । তেৎনৌ লোনকোই থাঙনা লালথিনপী । লুপা হইশোই থাঙনা লানককপী । থোংনাং ফিনপোম লানথোয়াঙ সনা লৈথাম তরানিথোই থেৎপাপু হুএল লালচন্নপী। মৈয়াং অসিথা লাংমই লাংচাউ তরামঙা থেৎপাপু খুনেৎনপী । চীঙঙু অকোয় অশাউপা খোইয়ম শকর, শারূতপাপু ঙাইরোইনপী । খোইয়ম নথোয়কি সনা নথোঙ

থাতা মোংপা য়ুমচাউ কারেল মাঙকি লাকথা কাতোই মথং-মাতি। মোইরাং লয়মা অরেমপী কেকে লয়মা অঙনপী চৎলম ফানশাং হেনপী মোংপা য়ুমচাউ ঙালনা নিংথৌ তালোয় তুখুং শকপী য়োইপু তয়ম লাইশীং চনপী। নোইনু থুমকুম কাকুপনা ভরেৎ শেলকুম মরোল তই। লাংলেন কোওয়াঙ ব্রাশাং তাকুম ফৈনা য়ুংনা তাপীশিংকি চরই ফিথন কানে। কারেল মথং মাতি হাউ্যা থেলন্নু শূ কমপোং মইরা চাউকুমপাপু হুএল লালচন্নপা কানে। কারেল মথংমাতি ব্রাং-কোল লাইনুরা তরেৎমাকি য়াহীপ কানে। কারেল মথং মা-তাতি ব্রাংকোল লাইনুরা তরেংমাকি পোথোক হিথাং কানে। হুএল লালনিকিতি চীঙমই নিংথৌ থাপনপা হুএল কোনমপা কাপাপু লৈমু শেংতাকনা লয়হউ শেংরোইনপা কানে। কারেল মথংমাতি লাইশরা তরেৎমাকি য়ারা ফম-লাংচালনে। পাচা থৌথি'কা শেনকু নানমকা কাইরং হিরোনকা মুয়ুম তোয়তউকা। মতু নিংথৌ ঙাইপা থেংকোয় কা। পীথুপ পীয়োম কা। হুএল লালনিকিতি থূমন মুংসনা থূরাংপাপু লৈমু শেংতাক্লা লয়হউ শে রোইনপা কানে। কারেল মথং মাতি য়োইপূ থোইয়ম লাইরয়ম। ফুরেপ লয়মা লুচাউপী লাকথ লয়মা পাউতোইপী মোংপা য়ুমচাউ লয়মা কোরউ নোংচারেনকি তমপা অচোৎ অচাং থলনা কানে। হুএল লালনিকিতি থুরোয় মনিংথৌ থুরাংপা অথোপাপু লৈমু শেংতাকনা লয়হউ শেংরোইনপা কানে। কারেল মথংমাতাতি থোইয়ম পোনলি পোনলাং মকাইফমনে। হুএল লালনিকিতি শারোঙ মনিংথৌ লোনলাং শাফাপাপু

লৈমু শেংতাক্লা লয়হউ শেংব্রোইনপা কানে। কারেল মথং-মাততি লোকতু থোমতু অপানপাকি য়াহীপ কানে। হুএল লানপৎ সিলুহোং অথোপাপু লৈমু শেংতাকনা লয়হউ শেংব্রোইনপা কানে। কারেল মথংমাততি য়োইপু থোইমোম লাইরয়মা ফুরেপ লয়মা লুচাউপী লাকথ লয়মা পাউতোইপীকি মালং নোংলুম কানে। থোইয়ম পোনথি পোনলাংনু ফুমন ব্রানমলনু মকাফমমে হুএল লালনিকিতি য়ারউ শাচারোক মশীং চাম্না লেমলই ঙাচারোক মশীং চাম্না লৈমু শেংতাক্লপা কানে। পারোং কারল চংলম মথুল য়িলনা কারক থাথংপাতি মালং নোংলুম কানে। থোইগোম কোনচীন তি'থোকপা সায়াকোংতা ফমপা মেনথোম য়াইথোম লোইপা। লইশারীক্কিতে মনি'থৌ ব্রারক মুংনাঙ অপিশা ফাপা। মোইরেংচামপা অপিশা থোইয়ম মকাফমনে। হুএল সালনিকিতি মুঙথম লালহিং অথোপাপু লয়হউ শেংতাকনা লৈমু শেংব্রোইনপা কানে। কারেল মথং অমতাতি থোইয়ম ব্রায়ী নোনোপা ব্রায়ী ব্রাকোন পামপা ব্রাকোন লোইরেম ফাপা কেকে হুইরেলথই নামুংপা মকারেমনে। হুএল লালনিকিতি লোকমূ লোকলাং মনিংথৌ হুএল লোকশু অথোপাপু লৈমু শেংতাকনা লয়হউ শেংব্রোইনপা কানে। কারেল মথং অমতাতি থোইমোম রাংবরেল থানচাউপা তুরেল মাইচ মীথোঙ থৈপা মীঙৌ সনা নপপা য়িমু হংথোঙ লোনপা লেমলই ঙাথোঙ থিংপা ঙারা ঙারেল কোনপূ কোনমা তইনা কোনথাপা চীঙু অশুপপা থোইয়ম জচাউপা মকাফমনে। অনান মনিংথৌ কূহীরেও চাকনীক নাথোঙ শিনা নাহেনপা। মোইরীক ঙঙকোয় শিনা

থারংপা । কুমলং থ্াঙতা য়েৎপা লয়হউ শেংতাক্লা লৈমু শেংরোইনপা কানে । কারেল মথং অমতাতি ঙাংঙোই কৌপা অঙাংঙা থোইনাই খুনতাপা কানে। চাকলীক অহোঙ কা নোংথরই অচাউ কানে । তাইপঙ শান্নু হাকোকফা শাপা কোংতাফমনে । হুএল লালনিকিতি ঙাইখোং মনিংথৌ খোংঙাপাপু অহোঙ লালচন কানে । কারেল লপলেন কাকি লাকথ কাতোইমতি খোইয়ম লাইকোক অহনপা নুমনাং কাউখঙপাকি য়াহীপ কানে । মানতক থীয়াইতাক তাকুপ থানিং লোনপী চীঙ নীঙশোং মাউপী লোক ফুমং শামাঙ রাই য়াংকো শারী ফমনে । হুএল লালনিকিতি থূনুং য়েনতি পূঙথাথা মমা লয়নুং মাফোংনু চনু ঙানু খেরেচা চীনপাক পাতি পুঙয়াই চল থংকোং পূঙতোল থোংনা হেনমোইপা অহোঙ অচাও ফংনা কানে। কারেল মথং মাতি য়ীরাং মপারী থোকথই নমপু মরোল য়াম লুপা কোনথাং ফিথুপ হকপাশিং-কি নাউশং চাশঙ কানে। হুএল লালনিকিতি হাওনু লীকশঙনু শাফপীপু হুএল লানচল কানে । কারেল মথংমাতি চাশঙ নাউশং কানে হুএল লালনিকিতি থূনপী লোনলাং মনিংথৌ হুএল ভারোমাঙ অথৌপাপু লইমু শেংতাকনা লয়হউ শেং-রোইনপা কানে । কারেল মথংমাতি চাপু নাউপু কানে। হুএল লালনিকিতি মারকেং মনিংথৌ হুএল খেপা অথৌ-পাপু লইমু শেংতাকনাপা কানে । মোংপা কারেল মথংমাতি য়ারউ শামি কোনা কানে। হুএল লালনিকিতি মানতীঙ মোরা মনিংথৌ হুএল শেকপাউপাপু লয়হৌ শেংতাক্লা লইমু শেং-রোইনপা কানে । মোংপা য়ুমচাওরেলতি মোইমিৎ লৈচুনা

লৈথাম ভারৈ য়ালনা হেনমোইপা শঙ থাঙলাপু য়াঙনম পরেং থোং থাঙেল নাকোয় হেনপা হুমতাং কাকুপ মায়ফং পরেং য়াল। ব্রুরা ফইকই লাকফাপা শঙলেন য়াই। নোং-পাল কাঙতরা কাঙতোল লৈনৌপা তাঙচ মরূইতোলনা রোন-খিলা। লইহো য়ূতাউ থাচপা লানা রূতোল রূফাং য়োমনা পামোং পাথোম তইনা লোইয়া লৈতেং রোইনা হেনমোইপা শঙকি শঙলেন চংলম ময় য় কাকি কারেল তেংপু তেংথারক-কে। মোংপা শারোঙ কারেল মথ মাতি কেকে খুংনিংথো য়ীরাং পুনীকলাইকি চীরোঙ হাইরোঙ কানে। কারেল মথংমাতি কেকে লয়মা অঙনপী মোইরাং লয়মা অরেমপী য়োইপুবইমা তোংলিংপাল য়োইনাউ লয়মা রাইরউ লীককু-মপী। থংচীঙ য়ুমলেন লয়না থাঙো য়ুমলাই থনপী মনাক তেংনৌ শে চই লোন মথা পুমলাং থাথেৎপী থোঙহুক মরায় থোইপীশিংকি চরূই ফিখন কানে। কারেল মথ' মাতি য়ো-ইপু লয়মা মকেংলোয় শংকন লয়মা মঙাইবোয় লোইপী কো-ইরেং ব্রুশোকতু রূশোক শায়াম চেকভূনা মলেম লয়তা তাপা চেককুমপী। হইরাঙ নানৌ অতেংপী ক্কা শুং তাই পানচুমপী পানা লাকি নামেপী। শীংলেন লয়শেম তনৌপীশিংভূনা তাউচীঙ হইশোই কা ক্কা ত' থাম ঙউং পানা লায়াৎ তইনা কানে। কারেল মথ' মাতি লুরাং লংমাইপানা য়ুমমাঙ কারেল থংনা কা। মোংপা শারোঙ লপনেন কা থায়চ মিতম কানে। থোইয়ম লংপা অপানপা পারিং ক রল নুংতা শমু থূৎপু থুমনা থো থাপা শঙলেন য়াইনে। অঙউপা পুরইরোমপানা য়ুম-নীঙ কারেল থংনপা শঙ। থোইয়ম থরা চে'ঙা য়ুচেং য়ুহা

মরিমনা চুপলেন হুইথাপা শঙ। চীঙহ্রু লয়খোমতাউ নোং খোমতাউ লয়শাতাউ নোংশাতাউ মরিমনা পার-ইপা শঙলেন য়াই। ঙাংথ নমতোংপা নমতোংপী। রোকচীন পাথৌখু পুথৌহল। থূয়োল লীকতীকপী লীকতকপা। থামপী হনপী কোকচাউ হন্নু লাইথম। ঙাংলউ কোংশিপী কোংশিপা। চেংলই থিংনাংখূ থিংনাংহল। হীকা ফানলউ নউরেংখূ নউরেংহল। খোইয়ম মহীশাং পুন্নমাপু খুৎশম পানলোইননা লয়পাক পাফমপ। শঙলেন য়াই। য়িমমাঙ কানা নোকপাতি য়িমনীং তুংতা তাতপা য়িমনীং তুংনা কপপাতি য়িমমাঙ কানা তাতপা মাঙসোক লাইথংপাতি থূমন লীকতোল অথৌপাপু য়েনপঙ হুইরই চলনা লাকথ লানমিং থানা হুএল লালচন্নপা শঙ। থাংচেং য়ীমারু নুংচেং য়ীনামুং লাইচ য়ীরম তরেংমানা খোংলেন য়ীফাওরম। লুরাং থমপাল লৈরম মঙামানা শীংলেন লৈশাং রায়। থাখোং য়ীমরু লাইখোং য়ীনামুং মারোং খোংলেন য়াইপু তৈনা চেন। কেকে হাও-ত'খোংনা পানফপা পুঙলেন য়াই। খোইমা লাংপল তোম-পোক রায়। পামেল হায়ি রূচাউ হউপা লম। হায়ি রূতোন থকতা য়োইপু থাপী শালরোন চেক তমফা থাপী য়োইয়োই চেক। চেকলা ঙঙশি থারংপী পোমপী মতৈ মনাউনা খুন্নু লুমথী চীলরোকনা। পামেল হায়ি রূতোন থকতা খোংখৈ রায়। লংমাই নিংথৌ থাঙথিনপাকা নানফৌ নিংথৌ হোং-তারোংপাকা কিংনাউ নিংথৌ হইরাঙ কোইপাকা অহুমমানা পামেল রূথা থানা হোঙনেম পুঙ। থৌতু নুঙমুকুম নাতা চেঙচা নুঙঙৌকুম শিতপা শঙ। লাংকোই শাকোন মুপী মচাতি

হুইমু মশূং তমনা য়ুমশঙনৈএ । কৈপী য়েকশাহোম শাহোম শারাই তাঙতি য়িরুম মশূং তমনা লইপিনৈএ । কৈরেল হোমপী শাতি তরেৎ শেন য়ানৈএ । লাংকোই লুরাংপাতি শাইপু শেল তোপনৈএ। কাওরেল ব্রৗক মানপাতি তাইরেল নারোঙপীচা মশুং তমনা নাহৈনপা শঙ । মোংপা শারোঙ লপলেন কা থোইয়ম সনা মথোঙ থাতা থোইয়ম শানৌ মচি মনাও মরিমানা কংলয় লমথোনলুপাপূ রাইথুংলবে । নাতাইরেম তয়ম য়িরাকমাশুঙ থোইয়ম হৈনা মতূং য়িলনা মোংপা শারোঙ লপলেন কাতা য়িমায় নোংনেম লাইনা পাংনা ব্রকনা হিথাংলকে ।



# মখুমগী শক্তম

চীঙঙু মোইরাং থাংজিঙগী মন্দিরদা লৈরম্বা ১৭ নত্রগা ১৮ শুবা শতাব্দিদা শারম্বা ওইগনি হায়না লৌনরিবা ; মকোক্তা মচী অমত্তং হোরগা চীরোঙ অহুম লোঙবা, ময়ায়না সনা মচু মানবা, মমাঙনা পীথ্রাই মচু, মনীংনা লুপা মচু মানবা, চীঙঙু অতিংকোক গুরুগী শায়োন তরাগী মনুংদা ৮ শুবা শায়োন্দা ওইখিবা মশানা কৈগী মরোং মানবা শা অমগী শক্তমনি।

(পণ্ডিৎ ৺শেখো সিংহ)
মাইবহনবা
মোইরাং থাংজিঙ মাইমা লোয়শঙ

---

This is the photo of the untraceable 17th or 18th century statue which was once in the glorious temple of Lord Thangjing, the reigning deity of Moirang. It is believed to be the eightth out of the ten forms of birth of Lord Atingkok in the replica of a tiger having three-pronged tips of a single horn on the forehead, the front one in the colour of brass, the middle one in golden and the last one in silver colour.

**Courtesy :- Late Pandit M. Shekho Singh**
**Maibahanba**
**Moirang Thangjing Maiba Loisang**